# ফীরম লমাই

# বাহৌদোক

মণিপুরদা সংস্কৃত লোল অমসুং সাহিত্য তম্ব অসি য়াম্না শাথীনমক শিথখরে। মণিপুরগী হাইস্কুল, কলেজ অমসুং বিশ্ববিদ্যালয় ফ ওবদা লোল অসিগী মফম লৈখিত্রে। মণিপুর সরকারগী টোল অমা অমসুং অ ত লয়াই সংস্কৃত বিদ্যালয় মরি-মঙাদা ছাত্র খরতং মমিংদা ওইনা তমজুনা চহী কয়ামকুম অসি লাকই। হৌখিবা চহী মার মঙা অসিদা মণিপুর সরকারনা পুক্লুং থোগংপদগী সংস্কৃত পরিষদনা কোইনা চঙ্নুনা প্রচার তৌবা অমসুং সংস্কৃতকী পরীক্ষা লৌবা হৌবকই. হৌজিক মণিপুরগী মফম কয়ামরুমদা পুন্না সংস্কৃত বিদ্যালয় কুনলোম লৈরে। চহী অমদা ছাত্র চামঙা-চাতরুকলোম পরিষদকী পরীক্ষাশিংদ ফম্লি। সংস্কৃত লোলগী চর্চা য়ামনা বাংলবা লমদম অসিদা মণিপুর সংস্কৃত পরিষদনা অহানবা ওইনা সংস্কৃত সাহিত্যগী মরিদা সংগোষ্ঠী (Seminar) তৌনবা হোৎনখি। লমদম অসিদা সংস্কৃত সাহিত্যগী মরীদা Seminar তৌবা অসি শরুক য়াবিনবা লৈরোইদ্রা। হায়না য়ামনা কিনা থন্নখি অতুবু এখোয়না খল্লম্বগী ওন্ন তৈনবদা য়ামনা মহৈ য়াম্না মসি পাঙথোকখি। লৈনবা অসিদা মী চাম য়াম্খেরোম্না শরুক য়াখি। মহাকবি কালিদাসকী পুন্সী অমসুং মাগী তোঙান তোঙানবা মকুওইবা লাইরিক তরাগী মরীদ পণ্ডিত তরানা প্রবন্ধ পাখি। প্রবন্ধশিং অতু নমথোক্নুনা ময় মগী মাঙদা পুথোকচরি। মসিনা পৃথিবী শিনবা থুংনা ফাওরবা কবি অসিগী মরীদা য়ামনা মপুং ফানমক নত্রবসু খন্নমথৈদি খঙবা ঙম্নগনি আশা তৌজে। সংগোষ্ঠী অসিগীদমক মণিপুর সরকারগী এডুকেশন দাইরেক্টরেটনা লুপা লিশিং অহুম, সোশিয়েল বেলফিয়ার, আর্ট অমসুং কলচরগী দাইরেক্টরেটনা লুপা লিশিং অনি, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা

লুপা চামগ্গা অমসুং মণিপুর বিধান সভাগী অধ্যক্ষ শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা মাগী দিস্ক্রেশনরী ফন্দগী লুপা লিশিং অমা পীবিখি। সংগোষ্ঠী অসি হৌদোকপগী সভাদা মণিপুর বিধান সভাগী অধ্যক্ষ শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা প্রধান অতিথি ওইবিখি। লোইননা মমল য়াম্লবা ভাষণ পীবিদুনা পরিষদপু পুক্নিং থৌগৎ পীখি। শ্রীদ্বিজমনি দেব শর্ম্মা, পরিষদকী সভাপতিনা সভ হৌদোক পদা অমসুং সংগোষ্ঠীদা সভাপতি ওইবিখি। প্রোফেসার নীলকান্ত সিংহনা সংগোষ্ঠী অসিগী দাইরেক্টর ওইবিখি অমসু কালিদ সকী পুন্সী অমসুং সাহিত্যগী মরমদা মমল য়াম্লবা ভাষণ পীবিখি।

ঐখোয়না সংস্কৃত সাহিত্যগী মরীদা নৈনবা ইহান হানবা সংগোষ্ঠী অসিদা করিগীদমক্তা কবি কালিদাসপু খল্লুরিবনো? মহাকবি কালিদাস সংস্কৃত সাহিত্যগী কবিশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী ফাওবা অমসুং খ্বাইদগী মীনা পাম্লবা কবিনি। ভারতকীদ নত্তুনা পৃথিবীগী মমুংদা খ্বাইদগী ফাওবা কবি অমদি নাটককারনি হায়বা য়াই। কবি কালিদাসতি মহৌশা থুংশেমগী পুজারীনি। প্রকৃতিগী ফজবা য়েকপদা মহাক্নুসা কবি ওসি ফাওবদা সংসারগী সাহিত্যদা লৈতে। কবিশিংগী মগুণ শিংথারকপদা কালিদাসপু খ্বাইগী মাগুদ থম্মি

পুরা কবীনাং গণনাপ্রসঙ্গে কনিষ্ঠিকাধিষ্ঠিত কালিদাসঃ
অদ্যাপি তত্তুল্যকবেরভাবাদনামিকা সার্থবতী বভুব॥

থাইনা মমাংগুদা কবিশিং থুংথেংনা মশীং থারকপদা খ্বাইগী অহানবদা থুংনাউবীদা কালিদাসকী মিং থমখি। অদুবু কালিদাসকা মান্নবা কবি অমা লৈতবদগী অনিশুবা থুংচা থেক তুনা মশীং থাবা য়াত্রে। মরম অসিনা থুংনিংথৌগী অনামিকা (মিংনাইদবী) হায়বা মিং অসি অর্থ লৈহল্লি। কালিদাসকী মরমদা লাইরিক অসিদা য়াম্না নৈনরক্লপদবনা য়ামনা হক্লবনা

কাল্লদে অচুব, মাগী পৃথিবী ফাওরবা নাটক "অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্" পাক্সবদা পুক্লিং শুপ্লংপ্রবা জর্মনগী কবি গেটেনা শকুন্তলাগী ফজবা থাক্না ইখিনা শৈরেংগী E B. Eastwick না ইংলিসতা হন্দোকপা অসি নৈননিঙাইনি—

Wouldst thou the young year's blossoms
and the fruits of its decline,
And all by which the soul is charmed,
enraptured, feasted, fed,
wouldst thou the earth and heaven itself
in one sole name combine ?
I name thee, O 'Sakuntala' and all at once
is said.

নংনা বসন্তগী লৈরাং অমদি কালেনগী হৈরাং মফম অমতদা উবা পাম্লবা, মহুগী অওইবা শক্তমগা হাকথেংননিংলবা, মীওইবগী পুক্লিং শুপ্লংলিবা, মু ঙাইহল্লিবা, পেলহল্লিবা অমস্থং মপুং ফাহাল্লবা, পৃথী অমস্থং স্বর্গগী ফজববু পুন্না উনিংলবা অচু ওইরবদি শকুন্তলা নৈনৌ।

কালিদাসনা ইবা লাইরিক মথাগীশিংসিনি হায়নৈ—অভিজ্ঞান শকুন্তলম্, বিক্রমোর্বশীয়, মালবিকাগ্নিমিত্র, রঘুবংশ, কুমার সম্ভব, মেঘদূত, ঋতুসংহার, কুন্তেশ্বর দৌত্য, অম্বাস্তব কল্যাণস্তব, কালীস্তোত্র, কাব্য নাটকালঙ্কার, গঙ্গাষ্টক, ঘটখর্পর, চণ্ডিকাদণ্ডকস্তোত্র, চর্চাস্তব, জ্যোতির্বিদাভরণ, দুর্ঘটকাব্য, নলোদয়, নবরত্নমালা, পুষ্পবাণবিলাস, মকরন্দস্তব, মঙ্গলাষ্টক, মহাপদ্মষটক, রত্নকোষ রাক্ষস কাব্য লক্ষ্মীস্তব, লঘুস্তব, বিদ্বদ্বিনোদ-কাব্য, বৃন্দাবনকাব্য, বৈদ্যমনোরমা, শুদ্ধচন্দ্রিকা, শৃঙ্গারতিলক, শৃঙ্গাররসাষ্টক, শৃঙ্গারসারকাব্য, শ্যামলাদণ্ডক, শ্রুতবোধ অমস্থং সেতুবন্ধ।

মথক্তা ইরিয়া লাইরিকশিং অসি অয়াম্বনা ফংলি, খরা ফংদবশু য়াওই। হায়রিবা লাইরিকশিং অসি লোইনমক কালিদাসনা ইরম্বরা ? হায়বা অসি য়ামনা য়েংনরিবা য়াহং অমনি। লাইরিকশিং অসিদা য়ামনা হন্থবা থাক্কী লাইরিকসু য়াওরি। মখোয় অদু পৃথিবী শিন্না ফাওরবা মহাকবি কালিদাসনা ইরম্বা ওইথোক্কে। তরাশুবা শতাব্দীগী হৌরকপদা লৈরম্বা কবি রাজশেখরনা কালিদাস অহুমগী মরীদা পল্লম্মি—"একোঽপি জীয়তে হন্ত কালিদাসো ন কেনচিৎ। শৃঙ্গারে ললিতোদ্গারে কালিদাসত্রয়ী কিমু।" মথক্তা পল্লিবা লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা অহানবা তরেৎ—রঘুবংশ, কুমারসম্ভব, মেঘদূত, ঋতুসংহার, অভিজ্ঞান শকুন্তল, মালবিকাগ্নিমিত্র, বিক্রমোর্বশীয় অসি কবি কালিদাসকী খুৎইনি হায়নৈ। কনাগুম্বনদি ঋতুসংহারসু কালিদাসকী নত্তবরা হায়না চিংনবা য়াওই।

অরোইবদা সংগোষ্ঠী অসিগীদমক মতেং পীবিখিবা মণিপুর সরকারগা বিভাগশিং, প্রবন্ধ পাবিখিবা পণ্ডিতশিং অমদি শংক য়াবিখিবা পুম্নমক্কী মফমদা পরিষদকী মাইকৈদগী তৌবিনল খল্লবা উচ্চরি।

নীলবীর শাস্ত্রী
জেনরেল সেক্রেটরী
মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ, ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ১০।৩।৮২ ইং

# মহাকবি কালিদাসকী মরমগী বিচারগোষ্ঠী

শ্রীদ্বিজমণিদেব শর্ম্মা

ঙসিগী মণিপুর সংস্কৃত পরিষদনা পীনবা কালিদাসকী মরমগী বিচারগোষ্ঠি অসিদা য়াওবগী আজা ফংবা অসিদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজে। ঐহাকমক্তি অসিগুম্বা গোষ্ঠীদা, বিশেষ ওইনা কালিদাসকী ওইবা অসিগুম্বা সভাদা, থরায় য়াওবা হী কয়া য়াম্না তিনগদগে হায়বগী মরমদা য়াম্না চিংনরমই। অদুবু ঙসি তিল্লিবা সাহিত্যপ্রেমীশিংনা কালিদাসকী মরমদা থরায় য়াওবা উবদা ঐহাক ঙমখে নৈতনা পেল্লে। গোষ্ঠী অসিগী উদ্দেশ্য মপু ফানা পাঙলগনি হায়না থাজরে। তিনবিরিবা সাহিত্যপ্রেমীশিংবু ঐনা ধন্যবাদ তৌজরি।

ঐহাক্না বি: এ: তম্বা হৌরমদাইদা সংস্কৃতকী বিশিষ্ট জ্ঞান ফংনবা হোৎনবা হৌখি। কালিদাসকী কাব্য পুম্নমক পাবা হৌখি। মাদুগা লোয়ননা ভারতকী অমসুং ইউরোপকী পণ্ডিতশিংনা ইবা কালিদাসকী মরমগী সমালোচনাগী লাইরিকশিং পারমই। মেটে অমসুং রবীন্দ্রনাথকী সমালোচনানা খ্বাইদগী পুক্নীংহুবা ওইখি। কবিনা কবিগী গুণবু মপুংফানা খঙবা ঙম্বা অমসুং মাদুবু মতিকচানম্না ফোংদোকপা ঙম্বসি হৌনশানি।

কালিদাসনা মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিংদা মহাক্কী মরমদা কৰিমত্তা ইরমজ্রে। মরম অসিনা মহাক করম্বা মতমদা পোকখিবগে, করম্বা মতমদা শিখিবগে, মফম কদায়দা পোকখিবগে, অসিনচিংবসি খঙননবা মচাক কৰিমত্তা থেংনদ্রে। মহাক্কী মতম পুখোরুবা হোৎনখদা পণ্ডিতশিংগী কোক মতম কুইনগী মাঙদগী ঙাক্তনক্তি। করমনা হায়, মহাক্কী মতমদি খ্রীষ্টনা পোকপগী

মাঙগীনি ; কনানা হায়, তুংগীনি। মাগী মাগী মতকী সমর্থন তৌবা যুক্তি কয়া পুথোক্লরি। পুম্নমক অসি মাখোয়গী ওইসনু। মাখোয়গী হোৎনমল ওইনা অচুম্বা অমম্ভুং খ্বাইনা লৌনবা য়াবা মতম পুথোকপা ঙম্বা ওইসনু। অয়াম্বা পণ্ডিতশিংনা কালিদাসকী মতমদি খ্রীষ্টগী মাঙগী অহানবা শতাব্দীনি হায়নৈ। মত অসিবু অনৌবা অকনবা মত থোরক্লিফাওবা ঐখোয়গী ওইনা লৌশি।

কালিদাস কদায়দা পোকখিবগে হায়বগী মরমদম্ভু মখল মথাগী মত ময়াম লৈ। বাঙ্গালীশিংনা হায়, মহাক বঙ্গদেশতা পোকখি। কালী হায়বসি বঙ্গদেশতা ইরাৎনবা লাইনি, মিং অচুদগী কালিদাস হায়বা মিং ওইখিবনি। মহাক কাশ্মীরদা পোকখি হায়না খনবা পণ্ডিতম্ভু য়াওই। মহাক্লা ইরম্বা লাই-রিক্তগী ঐখোয়না অনুমান তৌবা য়াই, মাদুদি মহাক অসি উজ্জয়িনী সহরদা পোকখি। মত অসিবু অয়াম্বা পণ্ডিতশিংনা লৌনৈ।

কালিদাসকী মাঙদা ভাস, সৌমিল্লক, কবিপুত্রনচিংবা খ্বাইনা য়ানবা কবিশিং লৈরমই। নহা ওইরিবা কালিদাসনা মাখোয়গী মরক্তা তিনবা য়াননবা অমম্ভুং মহাক্কী কাব্যবু খ্বাইনা তরাম তরাম তৌবিনবা হেৎনবা তারমই। কনাগুম্বনা খল্লি, বিক্রমোর্ব্বশীয়না কালিদাসকী অহানবা ফোংবা নাটকনি। অরিবা কবিশিংগী কাব্যদা হৈনহুনা লৈরম্বা মীশিংনা নৌনা থোরকপা কালিদাসকী লাইরিকপু অনৌবমা কয়া য়াম্না ফরমগদগে হায়না নোক্লবগুম তৌবা রাঙাঙ্ তাবদগী কালিদাসনা শাউদুনা মথংগী মালবিকাগ্নিমিত্রদা অসুম্না ইখি।ঃ—

"পুরাণমিত্যেব ন সাধু কেবলম্ ন চাপি কাব্যং নবমিত্যবদ্যম্।
সন্তঃ পরীক্ষ্যান্যতরদ্ ভজন্তে মূঢ়ঃ পরপ্রত্যয়নেয়বুদ্ধিঃ ॥

অরিবঙা ক্লনা অফবা নত্তে, কাব্যস্ অনৌবতনা থাগৎলোই-দবা নত্তে। সজ্জনশিংনা পরীক্ষা তৌরগা অনীগী (অরিবা অমস্ং অনৌবা) মরক্কগী অমব্ লৌখংলি। অপঙবা মীগী বুদ্ধিদি মীনা পীবা থাজবনা চিংদ্না পুগদবা ওই।

নৌনা হৌরকপা কবিনা অহানবদা অস্মনা পেন্দ্রবা ফোং-দোকপা অসি কালিদাসতনা তৌখিবা নত্তে। উত্তররামচরিত লেংবা ভবভূতিস্ অস্মনা ইরমই :—

"সর্ব্বথা ব্যবহর্ত্তব্যম্ কুতো হ্যবচনীয়তা।
যথা স্ত্রীণাং তথা বাচাং সাধুত্বে দুর্জ্জনো জনঃ॥

ঐখোয়গী ইথৌ ঐখোয়না ঙম্বমখে তৌগদবনি। মীনা থীনা ঙাওনবদগী নাম্বোকপদি কদাইদগীনো? নুপীগী অমস্ং রাইগী শেংব-শেংদবগী মরমদদি মীওইবা হায়বসি ফত্তে; হায়বদি নুপী অমস্ং রাইগী দোষ মীনা য়াম্না থিনীংগল্লি।

বিক্রমোর্ব্বশীয়না কালিদাসকী অনীশুবা নাটকনি হায়না খনবা পণ্ডিতস্ লৈ। মাখোয়না হায়, বিক্রমোর্ব্বশীয়গা লোননা মালবিকাগ্নিমিত্রগী লোনদগী নানবা অমস্ং অর্থ ফোং-দোকপদা ফজবা হেল্লি, মরম অসিনা মালবিকাগ্নিমিত্রনা অহানবা অমস্ং বিক্রমোর্ব্বশীয়না অনীশুবা নাটক ওইগনি।

কালিদাসকী ঐখোয়না হৌজিক খঙনরিবা লাইরিক্তি মথাগী অসিনি : বিক্রমোর্ব্বশীয়, মালবিকাগ্নিমিত্র, শকুন্তলা, কুমার-সম্ভব, রঘুবংশ, মেঘদূত, ঋতুসংহার অমস্ং শৃঙ্গারতিলক। লাই-রিকশিং অসিগী অমমমবু মক্তিকচাবা পণ্ডিত অমমম্না মকুপ তানা নৈনদ্না ইবা প্রবন্ধ মথং মথং ওইনা সভাদা পাথোক্কনি। সভ্য পুম্নমক্না মাখোয়ব্ মমুৎতানা নৈনবিরগা লাইরিকশিং অসিগী মরমদা হেন্না মপুংফাবা পোৎ পুথোকপা ঙম্বিগনি হায়না আশা তৌই।

ময়াঙগী মরক্তগী মেঘদূত, শকুন্তলা অমসুং রঘুবংশনা অরাংবা, ককবা থাবল কোংদোকপদা অমসুং শঙ শীজিন্নবগী হৈশিংবগী মতৌ উৎপদা হেন্দোকই। লাইরিক অহুমসিগী মরমদা মশিংকচাব পণ্ডিতশিংনা প্রবন্ধ পাথোকপিগনি। ঐহাক্সু শম্না শম্না লাইরিকশিং অসিগী মরমদা খরদং হায়রগে।

মেঘদূত খণ্ডকাব্যশিংগী মরক্তা অংথোইবনি। মসিগী বস্তু লৈতবগুম তোই। অথোদা শোয়বা কুবেরগী চৈরাক ফংবদগী মহাক্কী নুপীগা কায়নরবা রামগিরি চীংদা মতোমতা লৈবা নহা ওইবা যক্ষ অমনা অলকাদা লৈবী মহাক্কী নুপীদা পাউ থরা পীবিরম্মু হায়না পাইরিব। নোংদা হায়জবগী রাহৈশিংনা খণ্ডকাব্য অসিগী বস্তুনি। মসিনা কবিমক্তা রাওদনা মিথাং শাবক্তুন্না কালি-দাসনা মহাক্কী লৈহাওচেনবা কল্পনাগী শক্তিতনা অস্থূপ ফজরবা অমসুং পুকনীং চুনবগী শক ওইবা মেঘদূত কাব্য অসি লেং-খিবনি। মন্দাক্রান্তা ছন্দদা হোৌবদগী লোইবা ফাওবা লেংবনা পাবদা অমসুং তাবদা কাব্য অসি মুংঙাইকগী শক ওই। মসিনা জর্মনীগী অকাওবা কবি Goethe বু তম্মাংপা শুমথি। কাব্য অসিগী রাখল Schillar না মহাক্কী Maria Stuart তা শীজিন্নখি।

শকুন্তলা সংস্কৃতকী নাটকশিংগী মরক্তা অথোইবনি। মাসিবু পাবদা তম্মাংপা ওইদুনা Goethe না থাগৎ-রাহৈ কবিতা ওইনা ইখি। শকুন্তলাগী মরমদা হায়বা য়াবা থাগৎ-রাহৈগী লোইবা লৈগনি নীংদে। অদুগ অনীদং খনগত্তুনা হায়নীই। নাটককী নায়ক-নায়িকানচিংবগী চরিত্র শকনা মেক্তবা হোৎনবা অহোৌশানি। ফরিজু লৈতবা চরিত্র য়েকপদা ফাওবা মমগী মতৌ উৎপা কবিদি অতাঙবনি। কালিদাসনা শকুন্তলাগী চতুর্থাঙ্কদা য়েক্লিবা নায়িকাগী চরিত্র অসি বিরহগী শক্তি।

প্রকৃতিগী উরী-বারী, উপাম্বী, হৈ-লৈ পাম্বীশিংনা শকুন্তলাগী পুনসীগী তংন থানবা য়াদবা জীব ওাক্তা ওইব্রে। শকুন্তলানা মপুরোইবগী কোল্লুংদা চংলমদাইদা মাঙোন্দা পীবা কণ্বমুনিগী কায়নরমদাইগী পাউতাক, মহাক্কী মপুরোইবদা থাবা মুনিগী চীংলেম্বা পাউ, কায়নরমদাইদা মহাক্কা শজীক পীজহুনা য়োক্লম্বা শজি মচা অমম্লুং মহাক্কা ঈশিং চাইহুনা য়োক্লম্বা বনজ্যোৎস্নাউরীগী দমক্তা শকুন্তলাগী পুকনীংদা হৌখিবা ঈরাং, অয়োকপা মচানুপী কায়নবদা কণ্বমুনিনা রাখিবা, অসিনচিংবনা নাটক্কী শরূক অসিবু পৃথিবীগী সাহিত্যগী খ্বাইদগী ফজবশিংগী মরক্তা অমা ওইংল্লি।

করিস্নু লৈতবা চরিত্র য়েকপগী বা মথক্তা পনগ্রে। ঐখোয়না শকুন্তলাগী তরূকশুবা অঙ্কগী পুলিসকী চরিত্র লৌখৎসি। শচীতীর্থদা ইরুজবদা শকুন্তলাগী খুত্তগী নাম্ব্রখিবা দুষ্যন্ত-নিংথৌগী খুদোপ অহু ওা অমনা য়োৎখি। ওা অহুবু ফাবা ডুম অহৎবু খুদোপকা কোম্নরনা ফারবা মতমদা পুলিসনা চংখিবা শাজং অহুবু অমুক্তং নীংশিংসি। কালিদাসকী পুলিসকী চরিত্র ওন্থোক্লা সজীব ওই। মাহুবু পাবমক্তদা মতমহুগী পুলিসশিংগী থৌদো চপচানা থগুবা ওমহ। চহি লিশিং অনারোমগী তুংদা হৌজিক ফাওবা পুলিসকী শাজং অমম্লুং থৌদো অহুম্মক লেঙ-দনা লৈরিব্রা হায়বসি য়েংশিনগদবা হীরমনি। মতম অহুগী পুলিসকী চাউথোকপা, অচুম-চুমদগী মরমদা থোইনা থৌশাদবা, মানা শীমাংবা মরাল নমহুনা হাহুনা শীনবা হোংনবা, মীবু কিহনবা, পুকচেন শেংবগী মরমদা চিংনবা য়াবা, অসিগুমবা পুলিসকী শককম অদু হৌজিক ফাওবা লেঙদনা অদুম্মক লৈরিব্রা হায়বসি য়েংগদবা ওই। কবি হায়বসি মতম অমত্তগী নত্তে, মতম পুম্নমক্কীনি হায়নৈ। পুলিসকী চহি লিশিং

অনীরোমগী মাঙগী লমচৎশাজৎ অদু হৌজিক ফাওবা হোংত্রি অমসুং ফগৎলক্ত্রি হায়রবদি হৌজিক্কী পুলিসকী ব্রা ফাওবা য়াওনা কালিদাসনা মতম অদুদা ইরম্লত্রা ? ঐখোয়না Shakes-peare গী "Othello" গী Iago গী লমচৎ য়েংশি। Iago গী চরিত্র য়েকপদা Shakespeare না ফত্তবা মীনা কয়া য়াম্না হৈশিংনা কদায় ফাওবা ফত্তবা ওইবা ঙম্নগে হায়বদু উৎলি। কবিশিংগী চরিত্রাঙ্কন তৌবা ঙম্নগী শক্তি অঙকপনি। মাখোয়না শেমগৎপা চরিত্রদি মখল মখলগী ওইনা আদর্শগী শকফম ওাক্কনি।

রঘুবংশ কবিগী খ্বাইদগী কোনবা কাব্যনি। চহি কয়াগী ওইনা কাব্যসাধনা তৌরকপগী ফল ওইনা শব্দগী শীজিন্নবদা, অর্থ ফোংদোকপদা অমসুং অলংকারশাস্ত্রদা হৈশিংবা অমসুং মপুংফাবগী মতৌ পূম্নমক রঘুবংশদা ফংই। সনাগী শক ওইবা লোকোক্তি কালিদাসকী কাব্যশিংদা য়াম্না ফংই। মাসিমক্না মহাক অসি লোকপ্রিয়নি হায়বা ফোংদোকই; কালিদাসকী ব্রাহায়না মীগী থম্মোইদা পানবনি; মহাক্না মীগী শাজৎ-লীচৎ মুন্না খঙবনা শেনা হায়দোকপা মতমদা মী পূম্নমক্কী পুকনীং চিংশিল্লি। অদুনা কবিনা হায়বা ব্রাবু মীশিংনা কাউবা ঙমদবনি, নীংশিংদুনা নৈনীংবনি। ঐখোয়না খঙই, ঈশৈ শকপা-শকপীশিংগী মরক্তগী মাখোয়গী ঈশৈবু মীশিংনা নীংশিংদুনা অমসুং শোন্দুনা নৈনীংবা মহাক অদু লোকপ্রিয়নি। অহুম্বা মীনা কাউবা ঙমদবা অশিংবগী মতৌনা থম্লবা অমসুং জ্ঞান পীনবগী শক ওইবা ব্রাঙাঙনা কালিদাসনা মহাক্কী কাব্যগী ফজবগী মতৌ অমসুং গুণ য়ামনা হেনগৎহল্লি। মহাক্না মরু ওইনা অর্থান্তরন্যাস অলংকারগী মতৌংনা অসিগুমবা লোকোক্তিশিং অসি ফোংদোকই। অসিগুমবা লোকোক্তিশিং অসি মহাক্কী কাব্যশিংগী মরক্তগী রঘুবংশদা খ্বাইদগী হেনা য়াওই। কালিদাসনা অভিজ্ঞতানা

পরিপূর্ণ ওইরবা মতম্‌সিদা ইকোন কোনবদা রঘুবংশ ইথি হায়ন-রিবা মরম অসিননি।

কালিদাসকী মরমদা নৈনগদবা হীরমগী লোইবা লৈতে। মহাক্কী কবিত্বগা মরমতদা নত্তনা মহাক্কী মতমগী ভারতবর্ষগী অবস্থা, সামাজিক অবস্থা, নিংথৌনা মতৌ করম্না পাল্লম্লগে, মাখোয়গী মথৌ করি করিনো, মতমদুগী ভৌগোলিক অবস্থা, লানগী থুজুথুংলাই, থুংশাহৈবগী থবক, নুপীশিংগী ফিভম, ধর্ম্মগী ফিভম, অসিনচি বসি নৈনগদবা হীরম ওাক্কনি। থুদোংচাবা মতমদা পুম্নমক অসি নৈনবা কান্নবা ওইগনি।

## অভিজ্ঞান শকুন্তলম

শ্রীব্রজবিহারী শর্ম্মা

অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ হায়ব নাটক অসি মহাকবি কালিদাসনা মমৈথংদা ইবনি। মহাক অসি পৃথিবী থুংনা ফাওরবা অমসুং ইউরোপকী লোল কয়াদা অনুবাদ তৌখ্রবা নাটকনি। শকুন্তলাগী ৱারী অসি মহাভারতকী আদিপর্বদা য়াওরি। দুষ্যন্তনা মৃগয়া লাকপদা লম্বী শোয়খিদুনা মহর্ষি কন্বগী আশ্রম য়ৌরকপদা মরোল্দোম লৈরম্বা শকুন্তলাগী মনাক্তা চঙলকখি। শকুন্তলাগী মচীন্নগী মহাক্তা মাগা জন্মবৃত্তান্ত তাখি। মহাক্তা শকুন্তলাবু গান্ধর্ববিবাহ তৌদুনা লৌনিংলম্মি। মহাক্তা মচানিপা পোক্লবদি, মচানিপা অদুনা রাজসিংহাসনগী উত্তরাধিকারী ওইব হায়রবা শর্ত্ত অসিদা দুষ্যন্তনা লুহোংববু শকুন্তলান য়াখিরম্মি। চহী মাপনগী মতুংদা মহাক্কী মচানিপা সর্বদমনবু পুদুনা দুষ্যন্ত মহারাজগী মনাক্তা লাক্লম্মি। মহারাজ দুষ্যন্তনা লোকনিন্দা

কিবদগী মহাকপু লংনরম্মি। অদুবু "মুপী অসি নহাক্না লুহোংপ্রবী-নি, মসিবু লৌশিল্লু" হায়বা দৈববানী অসিগী মতুংইন্না দুষ্যন্তনা মহাকপু লৌশিনখি। অসিগুম্ব মহাভারতকী মীরম ওইবা কাহিনী অসিবু কালিদাসনা মশাগী অপূর্ব্ব কল্পনাদা নাট্যগী মশক ওইনা শেম্লম্মি। অনসূয়া অমস্নুং প্রিয়ম্বদা অনি অসি কবিগী মানসকন্যানি হায়বদি কবিগী পুক্নাংদগী পুথোক্লকপনি লোকনিন্দা কিদুনা পত্নীবু প্রত্যাখ্যান তৌরুব অসিনা দুষ্যন্তবু ফজহনখিদে, অদুবু কবিগী কল্পনাদগী হাপচিনখিবা দুর্বাসাগী শাপতগী কাওথোক্লুবা হায়বা অসিনা ফজদবদগী কনখি। ৬শুবা অমসুং ৭শুবা অঙ্কগী বৃত্তান্ত অসিদি কবিগী মরনাইগী ওইবা সৃষ্টিনি। ৬শুবা অঙ্কদি দুষ্যন্তগী অরা-মৈচাক অমস্নুং পুক্নীং শেংদোক্লকপগী মতাংনি; ৭শুবা অঙ্কনা ঋষিগী আশীর্বাদনা শেংজরবা ফজরবা মিলনগী মতাংনি। পদ্ম পুরাণগী স্বর্গখণ্ডদস্নু শকুন্তলাগী ৱারী অসি য়াওই। অদু ওইরবস্নু কালিদাসনা মাগী লমল অমত্তা তোন্দে। কালিদাসনা "অভিজ্ঞান শকুন্তলমদা" বর্ণন তৌখিবা ৱারী অদুমক পুরাণ অসিনা খুদং ইল্লম্বরা অমসুং পদ্মপুরাণ অসি কালিদাসকী মতমদগী কুইরবা মতুংদা ইরম্বরা হায়নস্নু থাজনৈ।

কটঠ জাতককী ৱারী অমগা শকুন্তলাগী ৱারী অসিগা মান্নৈ। কাশীগী নিংথৌ ব্রহ্মদত্ত হায়বসিনা বনদা কোয়না কোয়না লাকপদা মশক মতৌ নিংথীবী নুপীমচা অমবু উক্লবদা ওকখিদুনা মহাকপু লুহোংখি বোধিসত্ত্বনা সন্তানগী মশক ওইনা মাগী গর্ভদা চংখি। নিংথৌনা বিদায়গী মতমদা মঙোন্দা খুদোপ অমখক পীরগা ৱাহৈ অমখক হায়রম্লগা চংখি নংগী গর্ভগী সন্তান অসিনা মুপী ওইরবদি খুদোপ অসি য়োঙ্খোক্লগা মমল অহুনা মাবু মী ওইননবা শেম্বিগদবনি, নিপা ওইরবদি

ঐগী ইনাক্তা পুদ্‌না লাক্কদবনি। নিপা ওইরে, খর চাওরক্ত-বদা মচানিপা অদ্‌ পুদ্‌না মমানা নিংথৌগী নাক্তা লাকখি। তৌইগুম্বস্‌নুং নিংথৌনা ইখংখংদবগুম তৌরম্মি। অচুাং অদ্‌ মাগী মচানি হায়বগী প্রমাণ কয়া পীবদগী নিংথৌ অদ্‌না মমা-মচাবু লৌশিনখি।

'অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌' দা য়াওরিবা খুদোপকী মতা অসি কালিদাসনা কট্ঠজাতকতগী লৌরম্বস্নু য়াই।

## য়ারীগী মওং

নটীগা লোইননা চুাংন শানবগী মতাংদা নান্দী পাঠগী তুংদা নটীনা শকখিবা ওল্লাংথাগী শৈশক্তা শুমহৎগ্রবা সূত্রধারনা হৈশিংবা মরোম্দা শজিবু তান্নরক্লিব দুষ্যন্তবু রঙ্গমঞ্চদা পুশিল-লকখি। দোলাই তোংদ্‌না দুষ্যন্তনা মাওদা চেল্লিবা শজিদা তেল কাপকদৌরবা মতম অদুদা তাপসশিংনা খুচহল্লকখি— "আশ্রমগী শজিনি মদো, অদুনা হাৎপা হৌনদে। মসি মহর্ষি-কণ্বগী আশ্রমনি।" আশ্রমদা লেংশিল্লগা অতিথিসংকার লৌবি-নবা দুষ্যন্তদা মখোয়না হায়জখি। মখোয়না খুচহনখি— হৌজিক হৌজিক্তি মহর্ষিকণ্বদি আশ্রমদা লৈতে, অদু ওইরবস্নু মহাক্না মচানুপী শকুন্তলাগী মথক্তা অতিথি সেবাগী দায়িত্ব পীরম্লগা চৎখিবনি। দুষ্যন্ত মহারাজ, সারথিগী মক্কমদা মতম খরদং চুাইরম্নু হায়রম্লগা আশ্রমদা লেংশিনখি। য়ৌবমক্তদা উখিরম্মি—উখোওদা লেংমান্নবী নুপীমচা অহুমখক্তা ঈশিং হৈদ্‌না লৈরম্বদ্‌। উগী মক্কমদা থুপ্তুনা মহাক্তা মখোয়বু মুন্না য়েংদ্‌না লৈখি। সখীশিংনা কৌনবা তাবদগী মখোয়শিং অদুগী মনুংদা অমদি শকুন্তলা কৌবোইরে হায়বসি মহাক্না খঙখি। চংদগিচুাই লৈতবা মাগী শকফম্মি। দুষ্যন্তনিংথৌ ওক্লম্মি মাগী শকফমদা।

খোইমু অমথক্লা পাইশিল্লক্লুনা শকুন্তলাগী মমায়দা তোংলরবদা মহাক্লা কিয়দুনা ঐবু থর কনবিয়ু কনবিঘু হায়না লাউবম্মি। সখীশিংনা ফাগী তৌদুনা "দুষ্যন্ত নি থৌবু কৌ" হায়খিরম্মি। অসিগুম্বা খুদোংচাবা মতাংগ অসিদা তাপ চোংথোক্লক্লুনা মকম অদুদা সং চংখি। উবদা সখীশিং অদু অভ্যথনা তরাম্ন ওকচনবগী ) দমক তহা তহাখি। শকুন্তলাগী মতম অদুদা পুকনিংদা আশ্রমগা চানদবা রাথল অমথক ফাওখি। দুষ্যন্তনা মশাবু নিংথৌগী মনাই অভম অথৌ অমনি হায়না হায়দে কখি। রাবী রাতাইগী মতাংদা মহাক্লা শকুন্তলাসি কণ্বমুনিনা যোক্লকপী কন্যানি, অশেংবদি বিশ্বামিত্র ঋষিগী ঔরসদগী মেনকা কোবী অপ্সরাগী গর্ভদগী পোকপীনি থংখি। নিংথৌনা পুক্লীংদা খনখি—"ক্ষত্রিয়কন্যা ওইরবনিনা মসিবু ঐনা লুহোংহনা লৌবদা চিংননিঙাই লৈতে।" মবক অসিদা পাউ অমা লক্লে—"দুষ্যন্ত মহারাজ তেঙ্গোল পুহনা মৃগয়াগীদমক লাকপদগী আশ্রমদা অকায়বা থোকলে শামুলমশা অমথক আশ্রমদা চঙলকপদা মী পুম্নমক য়াম্না কিনরে।" মহ তাবদা নিংথৌনা অকায়বা অমম্লুং অকি-অখঙ পুম্নমক ঐনা কোকহনগনি হায়রহনা হৌগংখি। শকুন্তলানা মথোংদা কুশগী তুম্বৌনা থিল্লে অমম্লুং শেংলি-ইল্লিবা মফি অহ উশাদা পল্লে হাযবা শাহন। ভৈহাক নিংথৌবু য়েংলম্নগা সখীশিংগা লোয়ননা খাংপোকশংদা চংখি। দুষ্যন্ত হল্লকখিদি হায়ববু পুক্লী দি তুংলোমদা লৈহৌই। (প্রথম অঙ্ক)

নিংথৌনা অতৌকপদা বিদূষকতা শকুন্তলাগী রাবম অহ তমখি। বিদূষকনা খল্লম্মি। "নিংথৌ অসিনা তপোবনবু প্রমোদ বন ওইহনপ্রেদনকো।" নিংথৌনা করি উপায় তৌবগা আশ্রমদা অমুক্লং চংবা য়াগদগে হায়না বিদূষকতা হংখি। মরক অসিদা চংনবগী খুদোংচাব অমা থোকখি। ঋষিকুমার অনী লাক্লুনা

তমলরে— 'হিংচাবশিংনা যজ্ঞগী অপনবা পীররে, অহুনা মতম খরদং মহারাজনা আশ্রমদ লৈবিরবদি য়ামনা নুংঙাইজগনি।' মহারাজনা রাহৈ অহুবু হাক্কচবদ খুং খাজিনবগুম থোকখিহুনা হরাউ হরাউনা য়াখি। মতম অসিমক্তদ কোন্নুংদগী রাজমাতাগী য়াথং অমা লাকখি 'পুত্রপিণ্ডপালন' হায়ব ব্রতগীদমক দুষাস্ত লাকউ। অমরোমদা ঋষিগী য়াথং, অমরোমদা মমাগী য়াথং, নুং অনিগী মরক্ত হা ওইখি দুষান্ত। অদুনা বিদূষককী মক্কমদা চণ্ডজখি। দুষন্তনা হায়খি—"মরূপ! ইমানা মতম খুদিংদ নহাকপু মচামক্লি হায়ন খনবনি। নাকমক ঐগী ইহুং শিল্লু।" বিদূষকনা থবক অদুবু থোইদোকন ইকাইখুমনবগী থবকনি খন্দুনা হরাওনা য়াখি দুষন্তনা মচীনচোম্ব বিদূষকত মেনখি— "মরূপ! শকুন্তলাগী মরমদা ঐন নঙোন্দ তমখিব রা অহু অচুম্ব নত্তে ফাগিনি, অচুম্বনি খল্লুগনু।" (দ্বিতীয় অঙ্ক)

তপস্যাগী অকায়ববুদি কোকহনখি দুষ্যন্তনা. তৌইগুম্বস্নুং শকুন্তলাবু উদনা লৈবদি মহাকনা ঙম্লমদে। কদোমদা চৎলগা মাবু উবা ফংগদগে? লতাকুঞ্জরোমদা চৎলগদি ওইবা য়াই হন্দুনা মহাক্কা অসোমদ হান্ন চৎখি। শোয়দ্রে মাগী অনুমান; লতাকুঞ্জরোম- দগী নুপী মখোল তারম্মি। শকুন্তলা মশা ঙমদ্রে। সখী অনি অদু করি তৌগদগে খনবদা থোক্তে—অদবু মমৈথংদদি খঙলকখি— "রাজর্ষি অদুবু হেক উখিব নুমিং অদুদগী হৌখিবা লাইনানি।" সখীশিং অদুনা অস্তুমনা খন্নখি— শকুন্তলাবু থম্মাল মনাদ প্রনয় পত্র অম ইহল্লগ মদু লৈকানুংদ চলহল্লগ নিংথৌগী খুত্ত মখোয়ন য়োহনব। তৌইগুরম্নুং মদুগী কান্নবা লৈত্রে! নিংথৌ মশা- মক্ক শকুন্তলাগী মনাক্তা লাকলে। মতা অনীনা শজি মচাবু মমাগী নাক্তা পুশিনবিক্কগে হায়বা শাদুনা কুঞ্জদগী থোকখি। গৌতমী লেঙশিল্লক্লে হায়বগী ইঙ্গিত শকুন্তলান পীরক্লবদা নিংথৌ লতাকুঞ্জগী মক্কমদ থুপ্তুনা লৈখি। (তৃতীয় অঙ্ক)

দুষ্যন্ত নিংথৌনা শকুন্তলাবু গান্ধর্ববিবাহ তৌদুনা পৌরগী রাজধানীদ হনখি। হায়বিরখি—য়ামনা থুন শকুন্তলাবু পৌরনব মী থারক্কনি হায়ন। তৌইগুম্বস্তুং মতম কয়ানিমক্কুম হৌগ্রে - দুষ্যন্ত মহারাজনা কনাবুসু থারক্কে, শকুন্তলা মপুরোইবগী বাখলদা লুপ্তুনা লৈখি। অশোমদা দুর্বাসামুনি লেংলকখি—লাওদুনা শকুন্তলাবু য়েংথোকহন্নব হোংনখি, তৌইগুম্বস্তুং মহাক্কি মপুরোইবগী বাখলদা লুপ্তুনা লৈখিবনা করিসু খঙলমদে। দুর্বাসা শাউরদুন শাপ পীরম্মি—"মহাকপু নহাক্না তত্তনা খল্লিব মহাক অদুনা নহাকপু খঙদব ওইরসনু।" অনসূয়া অমস্তুং প্রিয়ম্বদা হায়বী সখী অনীনা চেনখিহুনা দুর্বাসাগী মখোঙদ তুরুই। অদুবু দুর্বাসানা শাপ অদু লৌথোক্কি লৌথোকখিদ্রবসু করিগুম্বা খঙবা য়াবগী খুদম অমত্তং পীরবদি শাপকী ময়ায় অদু চম্বা ওইসনু হায়ন তাকপীরকই। বাফম অসি সখী অনীদুতন খঙখি, কনা অমদসু তমলমদে।

মতম অসিদ কণ্বঋষি আশ্রমদ হল্লকখি। মহাক্না আকাশ-বাণীদগী পুম্নমক খঙখিরম্মি। মহাক্ক শকুন্তলাগী গান্ধর্ববিবাহ অদু য়াবিখি অমসুং মহাকপু মপুরোইবগী মনাক্তা থিন্নবগী থৌরাং তৌখি। শার্ঙ্গরব অমস্তুং শারদ্বত হায়রব শিষ্য অনীগ অমসুং অহল ওইরবী তাপসী গৌতমীগবু লোইনহন্নগ থিনব হায়ন লেপখ্রে। শকুন্তলাগ অমস্তুং তপোবনগী প্রকৃতিগ থানব য়াদব মরী লৈবনিন শকুন্তলা মখোঙ থাংব য়াদে। তপোবনগী প্রকৃতিসু শকুন্তলা কায়নগদবগীদমক য়ামন বায়। শক্তি মচা-শিংন ফিজি পায়দুন শকুন্তলাবু চিংলি, অদুবু চত্তবদি য়ারোইদৌরি। কণ্বমুনিনা কান্ন-কান্নরব পাউতাক কয়া শকুন্তলা পীরি অমসুং দুষ্যন্তগী মনাক্তসু মাগী পাউজেল অদু থাগ্রি। শকুন্তলা মপুনাক্তা যাত্রা তৌখি। ( চতুর্থ অঙ্ক )

শাঙ্গ´রব, শারদ্বত অমস্তুং গৌতমীনা শকুন্তলাবু পুরক্লনা কোম্নুংদা নিংথৌগী নাক্তা লাকখিরম্মি। শাঙ্গ´রবনা নিংথৌদা মাগী মুপী গর্ভিনী শকুন্তলাবু লৌশিনবিয়ু হায়খিরম্মি। দুষ্যন্ত খাই লাওই। শকুন্তলাবু মহাক্কা লৌরবা মুপীনি হায়বসি খঙবা ঙমখিদে। শকুন্তলা কোক্তা বক্সনা পালবগা মান্নখি। শাঙ্গ´রব শাওখি। শারদ্বতনা প্রমাণ পীয়ু হায়না শকুন্তলাদ হায়খি। শকুন্তলান অনসূয়া অমস্তুং প্রিয়ম্বদাগী রা অহৃ নীংশিংলকখি :— "করিগুম্ব নিংথৌ অহৃন নঙবু খঙলমত্ৰবদি খুদোপ অহৃ মঙোন্দা হেক উৎলু।" শকুন্তলান খুদোপ অহৃ লৌথোক্কে মাক্লবদা মখুত্তা খুদোপ য়াওরমদবহৃ উরে। দুষ্যন্তন খান য়েংদুন থীন হায়রকখি। মমায় চোপ্পবী শকুন্তলান উপায় লৈত্ৰদুনা হন্দক-মুক্তি মখোয় অনীগী ঙৈহাক্তুংগী থোকখিব মিলনগী মতমগী ওইব অরোনব রা কয়ামকুম নিংথৌদা তাহলখি, মদু তারগা নীংশিংবিনব হায়দুনা। অদুমনমক ওইদুনম্মু নিংথৌ অদুনা করিসু নীংশিংখিদে। শকুন্তলা হায়নিঙাই লৈতনা রাখি। শারদ্বতনা হায়রকখি -'গুরুগী য়াথংগী মতুংইন্না মহারাজগী মফম-দা শীন্নজরম্নবনি। লৌশিনবিগে লৌশিনবিরোই, নীংবিব মতুংইন্না তৌবিয়ু।' পুরোহিতনা হায়রকই—'গণকশিংন হায়ব লৈরি—দুষ্যন্তগী মচানিপাদি রাজচক্রবর্ত্তীগী লক্ষণ পক্কনি। ইবেম্ম অসিগী মমিং মমাই পাংত্রিব ফাওবদি ঐগী য়ুমদা লৈসনু। অঙাং অদু লক্ষণ পকপা ওইরক্লবদি থাঙ্গেশেংন মহারাজন লুহোংপ্রবনি হায়বসি লেপসি। দুষ্যন্ত বিচার অসিদা য়ারে। শকুন্তলা কপ্প কপ্প পুরোহিতকা লোইনন চংখি। মতম খরগী মতুংদ মঙানগী মশক ওইবী মূর্ত্তি অমখক আকাশদগী পাই-থরক্লগা শকুন্তলাবু পুদুন চংপ্রে হায়ব খঙনখি। দুষ্যন্তন চীন্দ হায়খি—'ওইদব অসিগুম্ব থবক অসিদ কোক শাহল্লুদুন কান্নব

পোং নত্তে। অদুবু পুক্কুংদদি তংত্তাদব অমথক তত্তনা থোকখি।
( পঞ্চম অঙ্ক )

মহারাজগী মিং থাব খুদোপ অহূগী হাক্তক্তগী কোন্নুং অহূ পুন্নাং লাংখি। পোলিশশিংনা ডোম ( ভাফাবা ) অমবু খুদোপ হুৱানবনি হায়হুম ফারে। ডোম অহূন হায় 'রো অমথক শেমগে হায়হূন কক্লুবদ মাগী মবুক্তগী খুদোপ অসি ফংবনি।' পোলিশশিংগী রাখলদদি ডোম অসিন হুবনি হায়বসিনি। দুষ্যন্ত মহারাজগী নাক তান্ন খুদোপ অহূ পুরক্লে, নিংথৌন উরে, মহূ হেক উবদ দুষ্যন্তন ক উরম্ব পুম্নমক অহূ নীংশিংলকই। শকুন্তলাবু লৌশিনহিন্দবগা অরাববু মথং মথং ফংখি। শকুন্তলাবু নাওপুবী ওইথ্রবনি খল্লুবদ মহারাজ অমুকস্থ হেন্ন রাখি। অরাব ঈপাক্ত লুপ্লিব নি থৌগী পুক্লিংদ ইন্দ্রগী সারথি মাতলীনা হৈশিংন থৌনা হাপ্লম্মি। হিংচাবশিং জয় তৌনবগী মতেং খন্নদং মহারাজদ ইন্দ্রনা নিরি—হায়ন মাতলীনা দুষ্যন্তদা হায়ররে। মহূ দুষ্যন্তনা হয়াও হয়াওনা য়াখি। ( ষষ্ঠ অঙ্ক )

ইন্দ্রগী শত্রুশিংবু মায়থিব পীরম্লগ দুষ্যন্ত সম্মানগ লোয়নন হল্লকখি। মতম অহূদ সারথিন মাতলাগা মফমদগী খণ্ডখি—হেমকুট পর্বত ইনক নক্ক লৈরে—মহূদ মহর্ষি মারীচগী আশ্রম লৈরে হায়ব। ইন্দ্রগী অপোকপ-অপেকপী মারীচ অমস্থং অদিতিবু খুরুমজরুনবগীদমক আশ্রম অহূদ মহারাজ কুমথখি। আশ্রম অদুগী ফজবদি স্বর্গগী ফজববুস্থ হেল্লি হায়ব য়াই। দুষ্যন্ত চঙশিল্লক্লে মহর্ষি মারীচদ পাঙ হঙংনব মাতলীন চখ্রি। মরক অসিদ দুষ্যন্তন অঙাং নিপামচা অমথক উখিরম্মি। নোংশা মচা অমথক শান্নবম্মি মহাক। মাগী মশক হেক উবদ মুংশিবন দুষ্যন্তগী থম্মোই মথুম মরাং হৌরম্মি। অঙাং অদুবু শেল্লিবীশিগী মফমদগী মহাক্ক তারম্মি—অঙাং অদু পুরুবংশগী

অঙাংনি অমস্থুং মমান শকুন্তলা কৌই। দুষ্যন্ত খাই লাওই—অঙাং অসিবু ঐহাক্কী ইচারা? হায়ন খনখি। অশোমদনা অঙাং অদুগী মখুদা দ শিরস্থ রক্ষাসূত্রদু তন্তুনা লৈপাক্তা তাখিরম্মি, মদুবু দুষ্যন্তনা তাপ খুঙ্গংলুবদ তাপসীশিং অদুন করিনো করিনো? লাউনরকখি। মখোয়ন দুষ্যন্তদা হায়খি—মপা মমা নত্তব কনাগুম্ব অমন রক্ষাসূত্র অসি শোক্লুরবদি মসিন লীন ওইদূন শোক্লূরিবদুবু চীকহ। অসিগুম্ব অঙকপ থোদোক অসি তম্নুনবগীদমক তাপসী অমখক শকুন্তলাগী মনাক্ত চংখি। শকুন্তলা পরপ পরপ লাকখি। দুষ্যন্তনা ইঙক-ঙক্ক শকুন্তলারোমদ য়েংলকখি অমস্থুং মহাক্ক শকুন্তলাদ মানা লানখিব পুম্নমক ঙাকউ হায়জখি। মহাক্ক হায়খি—অঙকপ অমখক্ক ঐবু কুপখিবনা নহাকপু ঐন খঙখিদ্রবনি। শকুন্তলাগী মমিক্লগী তাখিব পিরাং অদু দুষ্যন্তন তৈথোকখি। দুষ্যন্তনা মচানিপা অমস্থুং মাগী নুপী শকুন্তলাগ লোয়নন মারীচ অমস্থুং অদিতিগী চরণ খুরুমজরে। মখোয় অনীনা আশীর্বাদ পীবিখি। শকুন্তলাগী পুক্কীংদ কহিগুম্ব নুংঙাইহব অমত্ত লৈখিদ্রে। কণ্ব মহর্ষিগী মফমদ দুষ্যন্ত অমস্থুং শকুন্তলাগী মিলন বার্ত্তা থাখি। ( সপ্তম অঙ্ক )

কালিদাসগী মিৎয়েংদি কাচিন কোয়া য়োৌই। ফজব নীংখিজববু উগনবনি, ফজববু উরগা উবদ নত্তনা অমুকস্থ হেন্ন ফজব রাহেন মহাকপু পুন্দুনা থম্মি। দুষ্যন্তনা দোলাই তোংদুনা শক্তি তান্নরক্লি, শক্তিনা চেল্লি, মহাক্ক কিদুনা তুংহন্ননা য়েংলক্লি, অতিয়াদ চোংলক্লি। পুম্নমক অসিবু পাঠকশিংগী মিত্তা শংশংন উহনবগুম তৌব মহাক্কী বর্ণনানি। সারথিনা খুর্জি থারগা দোলাই খোঙচৎ হেলহল্লবতুংদ অরোহিব খোঙজেল তাল্লক্লবা শগোলগী বর্ণনা অসিমু অচঙব বর্ণনানি—তিংথোক্লক্লব

মশা লেঙত্রেব হায়বদি হাইত্থমত্রব মমৈ, চপয়ুংলেব মনাকোং, পাইখংলক্লিবা উফুল, অমস্থং মহুগা লোইননা দোলাইন চং-লকপগী বর্ণনা অঙকপনি। কৈশিংলেব চিত্রকারনা য়েকলিবা চিত্রব্ য়েংবদা পেঙ্গবগুম মাগী বর্ণনা অসিদং থেংনজবদস্থ পেঙ্গনিংঙাইনি।

কালিদাস চরিত্র স্থষ্টিদা অঙকপ ফ ন হৈব কবিনি। মী-ওইবগী থম্মোইলকানুংদ কবম তৌন লূপকদবনো হায়বদ্ খংখিব কবি ওইবন মাগী কলমদগী পোকখিব 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম্' হায়ব নাটককী পাত্র-পাত্রীশিংগী চরিত্রশিং অসিনা মথৱায পানবগুম তৌরি।

দুষ্যন্ত :—মশক ফজবনি, পূক্নীং ফজবনি, মাগী পূক্নীং অদুদা অচুম্ব, থৌনা অমস্থং সংযম লৈবনি। মতাক মগুণগী মতুংইন্না নাট্যশাস্ত্রগী লোনদা হাযব তাববদি ধীরোদাত্ত নাযক হায়গনি। মথোংকারকপ মতমদ মৃগয়াদ লানবা লৈতবনি, অমস্থং মানা পালহনগে হাযবদ্ পান্দব লৈতবনি। তৌই-গুম্বস্ "আশ্রমগী শানি" রাহে অসি তাবগ লোয়ন লোয়নন দোলাই চিংলিব শগোলগী থুজিবুদি মহাক্ ফাবা ঙম্মব্রা ? ঙম্মদে। তাপসী কন্যা অমগী যিঙঙমদব আকর্ষনগী মথুন্তা দুষ্যন্ত মায়থিখি। মহাক পূক্নীং লাকশিনবগীদমক হোংনখিদব নংলমদে, অদুবু করিগুম্বদস্থ চঙহৈদব মরমদ পুরুবংশদ পোকপ শিংগী পুক্নী দি চঙব তৌদে। অকব মীশকশিংগী মফমদদি য়াব-য়াদবগী, হৌনব-হৌনদবগী চিংনরকপ মতমদ শেংলব পূকনীংন হেক্ক মতাকই। অফবদগ লোইনরকপ দুষ্যন্তগী পূকনীংন ফত্তব নত্তব লম্বীদ চঙশিনব হৌনদে।

তৌইগুম্বস্থং শেংলব আশ্রমদ চঙশিল্লবদ মহাকন পুকনীংগী অরাংব মতৌবু থিংব ঙমখিদে। শোয়কদবগী পাঙ্গলন ফাগ্রগা

মাগীদমক দগু ( চৈরাক ) অমথক খন্দূনা থমখি। দুর্বাসাগী শাপ, অকাউব হায়বসিগ লোয়নন দ্ুষ্যন্তগী নাক্তা থুংলখি। শকুন্তলাবু লৌশিনবিদবগী দৃশ্যদ দ্ুষ্যন্তগী চবিত্র ভাবুকশিংগী মমাগুদ তক্ক তঙ্না মশক উংখি:—মহাক্ক শকুন্তলাগী ফজব শকফম্বু স্বীকাব তৌদবদি নংলমদে, স্বীকার তৌবমদবদি শকফম ফজবীবুনি, মরমদি মহাক্ক 'ঐনা লৌগ্রবীনি' হায়না শকুন্তলাবু খণ্ডলমদে। প্রজাশিংনা মাগী অচেৎপ চরিত্রব্ু উবদ ঙক্করম্মি। ফনস্থ চেৎসন্নু, শকুন্তলাগী মমিংকী পিনা, ঋষি মচা অনীগী থেক্ক খোযন তায়ব ব্রাহৈনা অমস্থুং তথি-তথিব ব্রাহৈন মশান মশব্ু চিংনখি। দুর্বাসাগী শাপকী প্রভাব শোয়ফদবনি, মাব্ু থিঙ্গদব লৈতবনি। শাপ কোক্কব মতুংদ কপ্পতন মথৌদাং ওই রিব দ্ুষ্যান্তব্ু শকফম অম ওইনা উবি। মহাক নীঙমদব মৈগী সনা ওইখি। শকুন্তলাব্ু নীংশিংলক্কহন মাগী মূর্তিব্ু য়েক্কম্মি। য়েক্কব মূর্তি অহু অম্পুকী মতীক ফজে য়েংবদ থব্রায় পাল্লিবীগুম উখি।

মিলনগী মতাংদ দ্ুষ্যান্তন মানা কাউথোক্ক্ুবহুব্ু উপমালঙ্কারগী মতেং লৌহন ব্যাখ্যা তৌরম্মি। "মিত্তাংব মীনা লৈরাং পরে ব্ু লীননি খন্দূন ছন্দোকপগুম ঐন নঙব্ু ছন্দোকখি।" অসি হায়দ্ুন শকুন্তলাগী মখোঙদা তুখি দ্ুষ্যন্ত।

শকুন্তলা:— উচেকনা মশা খন্দুন মমানা ছন্দোক্কম্লবী মহাকপু অহানবদা য়োকখি হায়দ্ুন মাগী মমিং 'শকুন্তলা' কৌখি। মমৈদ কণ্বমুনিনা মহাকপু চাওননব য়োকখি, অদ্ুন মহাক ( কণ্ব ) অসি মহাক্কী মপাশীংদা চনখি। বনভুমি পুম্নমক মাগী মাতৃভুমিনি, উবী-রারী, শা-উচেকশিংগ লোয়নন মহাকপু কণ্বমুনিন য়োকলকখি। মরম অসিননি হৈপাল-লৈপালশিংগী মফমদ মহাকন পোকমিন্নব পোকমিন্নবীগী প্রেম অদ্ু থমজখিবদি।

মহাবন হৈপাল-লৈপালদ ঈশিং চায়ন্দ্রিবৈদ ঈশিং থল্লমদে, ফনমক লৈত্তেং পাম্বী ওইরমবস্থ মহাক্ক উনা অমত্তা পং থং-লমদে। মপুনাক্ত চংলমদাইগী মতমদা শজি মচাশিংন চংকল্লোই হায়বগী মতাগুম মফি ফাদুনা যানখি। বনভূমিগী প্রকৃতিস্থ মাগা কায়নরমদাইগী মতাদ কপখিবনি। মপুনাক্তা চংলমদাইগী মতমদ মহাক্ক শজি অমোম আশ্রমদ লৈবিবী অদ ন, খুলো পালৌদন মচা পোকপগী পাউ অদু পীরক্কবগী বা হায়জবম্নি। বিধাতান তুমিন্ন নোক্লি নাউপুরিবী নহাক্কী নমাই নম্বিং পা বগী ই-পাউদি কনান লৌগদোবি? তাযনা।

শকুন্তলা পুক্লা তুধবিংবীনি অমস্থং ইকাইগীবিমী, ইকাইব হায়বসি নুপী ওইবীশিংগী থোইদোকপ গুণনি। গুণ অসি মক্তন মাগী হেল্লব শকফম্ব অমুকম্ব হেন্ন হেলহল্লি। মংমগী মতুংইন্ন মাগী পুক্লাং অহু, অপাম মুংশিগী কাযদোংফম ওই-রক্লে। রাখল অসি মবুক্কদি পুগুমখিদে, অদুবু মচান্দগীদি থোকড়মখিদে। অনসূযা অমস্থং প্রিয়ম্বদাগী মফমদ কাউব হায়দোকপ ড়মজদে।

অনসূযা-প্রিয়ম্বদা অনীন মতম খুদিং থোদোক খুদিংদ শকন্তলাগী মতেং পাংই। অহুম অসিনা পুল্লগ শকুন্তলা অম ওইবগুম তৌই। মশা অনী অসি শকুন্তলাগী অভিজ্ঞান-নি হায়ব যাই। অভিজ্ঞান অসিগ শকুন্তলাগ লোযনহৌদে হায়বগী দমক দুষ্যন্তন মাবু খঙলমদে।

ইকায়খীবী ওইরবসু মপুবোইবন লৌশিনবিন্ত্রবী শকুন্তলান মশাগী ক্ষিবেপ তানবগীদমক হোংনবদ হুনব তৌখিদ। মপু-রোইবগী মফমদ অথীব থোনফম হায়ব ফাওবদসু কল্লিসু চিংনবমদে। হো নজব পুম্নমক অবেম্ব তারবদ মহাকন পৃথিবীদ "বিবর দেহি" ইমা লৈব ক লৈক্রক পীনবিবো হায়জবম্নি।

অনসূয়া অমস্তুং প্রিয়ম্বদা :—মখোয় অনী অসিগী খেন্নবদি অসিনি—অনসূয়াদি রাখল খল্লগ ওাংব ওশ্মি অমস্তুং রারেপ অম লৌবস্ ওশ্মি, প্রিয়ম্বদাদি চীনফেন ফবী, রাঙাং হৈবী ওইরবস্ অনসূয়াগুম্ন ওইগদব মরমদ পাক হেক খনব ওমফাত্তে। মখোয় অনী অসি শকুন্তলাগীদমক্তদি মশা ফাউববু কাউথোকচব ওম্বীনি। দুর্বাসা ঋষিদ মহাক্কী শাপপু কোকহনবিনবগীদমক মখোয় অনীন হোংনখিবত্নগুম কনান হোংনবিগবনো ?

"অভিজ্ঞান শকুন্তলম্" হায়ব নাটক্কী বৃত্তান্ত অসি মহা-ভারত অমসুং পদ্মপুরাণগী মন্নুংদা য়াওবা খ্বায়নস্ খওনরব রারী ওইবন নাটক হায়বা দৃশ্য কাব্যত্নুনি। 'নাটকং খ্যাত-বৃত্তং স্যাৎ পঞ্চসন্ধি সমন্বিতম্" ( সাহিত্যদর্পণম্ )। মহাক অসি শৃঙ্গার রসগী নাটকনি। মসিগী নায়ক ওইরিবা দুষ্যন্ত মহারাজ অসি দক্ষিণ হায়বা ধীরোদাত্ত নায়ক অদুনি।

"অবিকত্থনঃ ক্ষমাবানতিগম্ভীরো মহাসত্ত্বঃ।
স্থেযান নিগূঢমানো ধীরোদাত্তো দৃঢব্রতঃ কথিতঃ॥"
এষু ত্বনেকমহিলাস্ সমরাগো দক্ষিণঃ কথিতঃ।

সাহিত্যদর্পণম্

"শকুন্তলা" না রস অসিগী নায়িকানি। মহাক অসি অস্তমস্তব অঙ্ক ফাওবদি পরকীয়া মুগ্ধা কন্যা হায়বী নায়িকানি। মত্নুগী মতুংদদি স্বকীয়া মধ্যা নায়িকানি।

"পরকীয়া দ্বিধা প্রোক্তা পরোঢ়া কন্যকা তথা
প্রথমাবতীর্ণযৌবন মদবিকারা রতৌ বামা।
কথিতা মৃদুশ্চ মানে সমধিকলজ্জাবতী মুগ্ধা॥
বিনয়ার্জ্জবাদি যুক্তা গৃহকর্ম্মপরা পতিব্রতা স্বীয়া।"
"মধ্যা বিচিত্র স্মুরতা প্ররূঢ়স্মরযৌবনা।
ঈষৎ প্রগলভবচনা মধ্যম ব্রীড়িতা মতা॥"

বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গারনা প্রধান রসনি। গান্ধর্ববিবাহগী মতাংদনা পূর্ববাগগী মশক ওইবা বিপ্রলম্ভনি, মতুংদনা প্রবাসগী মশক ওইবা বিপ্রলম্ভনি। গুণনা প্রসাদনি রীতিনা বৈদর্ভীনি।

'ধীরোদাত্তঃ ক্ষিতীন্দ্রঃ পুরুকুলতিলকো দক্ষিণো নায়কোঽস্মিন্
প্রাক্ কন্যান্তে স্বকীয়া মুনিবর তনয়া নায়িকা মুগ্ধমধ্যা।
শৃঙ্গারে বিপ্রলম্ভে প্রথম চরময়োঃ পূর্বরাগ প্রবাসৌ,
বৈদর্ভী নাম রীতিঃ প্রচরতি বহুল স প্রসাদো গুনশ্চ।।

মথক্তা পনখি "পঞ্চসন্ধি সমন্বিতম্" হায়না; সান্ধ মঙাত্তুদি মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ, বিমর্ষ অমসুং নির্বহণ নক্রগা উপস হুতি। নাটক অসিগী মশাদা করম্বা মতাঙদা করম্ব সন্ধি য়াওবগে?

অহানবা অঙ্ক পুন্না মুখসন্ধিনি, অনীশুবা অঙ্কদগী হৌরগা অহুমশুবা অঙ্কগী মনুংদা দুষ্যন্তগী অনুরাগনা মরম ওইদুনা নোংম নোংমগী ওইনা শকুন্তলানা মতীন ময়াং কংশিল্লকপ, চাবা থকপা যাশিল্লক্তবা অসিগুম্বা ফিবম উরকপদা অনসূয়া অমসুং প্রিয়ম্বদা হায়বী মতা অনীনা শকুন্তলাগী মফমদা মশাগী অরাবগী মরম হংলকপদা শকুন্তলানা স্বর ফুইনা হোন্দোক্লগা অতোপ্প কনাদবু হায়কগদগে? অদুবু অরাবদি নখোয়দননি হায়বকপদা মতা অনীনা অসিগীদমকনিনে ইতা! ঐখোয়না অম্বুক তক্রবিবসে। অরাব হায়বসিদি মরুপ মপাংশিংদ শরুক খাইদোকপ্রগ খাঙকবনি ইতা! হায়ব মতাঙ্ অসি ফাওবসি প্রতিমুখসন্ধিনি। মসিগী মতুংদা—

দুষ্যন্তগী— অরা' শরুক য়ারিবী মুংঙাই শরুক লৌরিবী
হলে মতা অনীন তাক্তনা তোক্লরোই লায়নদি।
লৈন-লৈন হন্ন হন্ন য়েংখিরম্মি খোঁনাং মীৎয়েংন
মুংশি নপাও তাজগে তপথব ভুমক্রে পাম্মুবী।।

রাইে অসিদগী হৌরগা অহুমশুবা অঙ্ক লোইবা ফাওবসি গর্ভসন্ধিনি। মরিশুবা অঙ্কদগী হৌদুনা তরুকশুবা অঙ্ক লোইব ফাওবসি বিমর্ষসন্ধিনি। তরেৎশুবা অঙ্ক হেক হৌবদগী লোইব ফাওবসি নির্বহণসন্ধিনি।

মথক্ত উৎথ্রিব সন্ধি মঙা অসিদা ওইবিব কার্য্য অবস্থা (থৌবে°) স্থ মঙানি। মখোয অদুদি—অ বস্ত, যত্ন, প্রাপ্ত্যাশা, নিযতাপ্তি অমসুং ফলাগমনি। শক্তিগী মতুং ইন্দুনা তপোবনগী মনুংদা দুষ্মন্তনা চঞ্চলকপদা মুনি কন্যা শকুন্তলাগী নিরপম-সৌন্দর্য্য। তিল্লবা শকফম উরুবদগী মাবু ফংনিংবগী ঈহৌ অম দুষ্যন্তগী থম্মাইদা হৌবকখি, অদুম তৌদুনা দুষ্যন্তগী শকফম উরুবদগী শকুন্তলাগী থম্মোইদস্থ ঈহৌ অসি হৌরকখি। অসিং গুম্ব নায়ক নায়িকা অনীগী হৌবিবা ঈহৌ অসিগা মমিং আরম্ভ কোই। মসিনা অহানবা কার্য্যগী অবস্থানি। মসি মুখসন্ধিগী কার্য্যবস্থানি।

অনিশুব প্রতিমুখ সন্ধিগী কার্য্যাবস্থাদি—— দুষ্যন্তনা শকুন্তলাবু ফংগে হায়বগী মক এক এক ঈনশিন্না থিরকপসিনা প্রযত্ন হাযবা অনিশুবা কার্য্যাবস্থানি।

অহুমশুব গর্ভসন্ধিগী কার্য্যাবস্থাদি—

অহুমশুব অঙ্কগী মনুংদা দুষ্যন্ত মহারাজগী—

"অবা শব্দক যারিবী নুংঙাই শক্তক লৌবিবী
হংলে মত্তা অনীন তাক্তুনা তোক্ররোই লাযনদি।
লৈন লৈন হন্ন হন্ন যেংখিরম্মি খৌবাং মীৎযেং
নুংশি নপাও তাজগে তপথবা ভমদে পান্মুবী।।"

রাইে অসিন তাক্লিব দুষ্যন্তগী মফমদ লৈরিব শকুন্তলাগী অনুরাগ অদুমক্তুন দুষ্যন্তন মহাকপু ফংবদা উপায অংদি

লৈরে হায়না খনখি, অদু্গা শকুন্তলানদি দুষ্যন্তবু ফংবা য়ারোইদ্রা হায়না খনখি—মতুঙ্গী রাতাদি—

দুষ্যন্তনা শকুন্তলাবু হুন্দোক্লম্লগা কোন্থুংদা হনগ্রবদা অশোমদ শকুন্তলা মাগী বিরহগী অকনবা তাপ ফংলহনা লৈরবদা প্রিয়ম্বদা কৌবী মাগী সখীনা অনসূয়া কৌবী সখীগী মফমদা "ইতা! মহাক্কীদমক নুংশি শৈরেং অমতং শেম্মু, ঐন মহু লৈরাং লৈনা চম্লগ পূজাগী পোৎলম শাহুন নিংথৌগী মখুৎ য়ৌহনখিগে" হায়বদা অনসূয়ান "ইতা! মহুনতুম ইশম-শম্ম য়াম্ন ফৈ নীংই। শকুন্তলানবু করি হায়রিবগে?" হায়খি, মতু তাবদ শকুন্তলান "নখোয়না ফরে হায়রববু ঐন করি হায়ব হৌনবগে? হায়খি। মতুংদা প্রিয়ম্বদান "অহু ওইরবদি নশাগী ফিবমগী অচাব থোং-মেলব রাহৈন শেম্ব শৈরেং অমতং নীংশিংউ" হায়না শকুন্তলাদ হায়খি। মদু তারগ শকুন্তলান "খনববুদি মখনগে রাওইবি-রকলোইদ্রা হায়বগীদমক থম্মোই অসি নীকই" হায়না খুমখি।

মরিশুবা বিমর্ষসন্ধিগী কার্য্যাবস্থাদি—

শকুন্তলা দুষ্যন্ত অনীগী গান্ধর্ববিবাহ থোকপ্রবনিন মখোয় অনীসি চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবদা অকায়বদি পংলৈ লৈত্রবনি, অদুবু দুর্বাসা মুনিগী শাপ অসিনা অপনবা ওইদুনা লৈব অসিনি।

মঙাশুবা নির্বহণসন্ধিগী কার্য্যাবস্থাদি—

দুষ্যন্তনা শকুন্তলাবু মচানিপা ভরতকা লোয়নননা ফংখি। অসিগুম্বা কার্য্যগী অবস্থা অসি 'ফলাগম' কৌই।

মপুনাক্ত খোঙশাল্লমদাইদ মতম কুইন লোয়নরক্লবী বন-তোষিণীবু শকুন্তলান ইতা! নখোয় অনীদ বনতোষিণী অসি শীন্নরম্লবনি হায়বদু তাবদ মখোয় অনীন কপ্প কপ্প ইতা! ঐখোয় অনীবুদি কনাদ শীন্নবিরম্লবগে? হায়খি।

কবিশিংনা হায়রম্বা লৈ—

"কাব্যেষু নাটকং রম্যং তত্র রম্যা শকুন্তলা।
তত্রাপিচ চতুর্থোঽঙ্ক স্তত্র শ্লোক চতুষ্টয়ম্ ।।"

অর্থদি— কাব্যশিংগী মনুংদা নাটকনা ফজে, নাটকী মনুংদ অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌না ফজে, মহূগী মনুংদা মরিশুবা অঙ্কনা ফজে অমসুং মরিশুবা অঙ্কগী মনুংদা শ্লোক মরিনা ফজে।

কালিদাসকী মরমদা অমৈ কবিশিংনা হায়নরম্ব লৈ—

"পুরা কবীনাং গণনা প্রসঙ্গে কনিষ্ঠিকাধিষ্ঠিত কালিদাসা।
অদ্যাপি তত্তুল্য কবেরভাবাদনামিকা সার্থবতী বভুব ।।"

অথ দি— মমাংঙৈদা মতীকচাবা কবিশিং কনানো হায়না শীংথানরকপ মতাংদা কালিদাস হায়বা কবি অসিবু খুংনাগুবী থেক্তুনা অহানবা ওইনা শীংথাখি। ওসি ফাওবদা মাগুম্বা কবি অমা লৈতবনা খুনিংথোবু থেক্তুনা শিংথাব য়াখিদে। মরম অসিনা "অনামিকা" হায়ব য়াহৈ অসি অর্থ লৈব য়াহৈ ওইখি।

## "বিক্রমোর্ব্বশীয়ম্"

শ্রীবীরহরি শর্ম্মা

মসি অঙ্ক মঙাত্তদা উংপা, ত্রোটককী মওংদা মহাকবি কালিদাসনা ইবা দৃশ্যকাব্য অমনি। ত্রোটক হায়বসি উপরূপকগী মখল অমনি। মসিদা নিংথৌ পুরূরবা অমসুং উর্ব্বশী কৌবা অপ্সরাগী প্রণয় কথা মুংশি-মুঙোনগী য়ারি) বর্ণন তৌই।

কলাগী মিংয়েংদা য়ে নুরবদি—"বিক্রমো,র্ব্বশীয়" নাটককী মও' অসি মালবিকাগ্নিমিত্র অমসুং অভিজ্ঞান শকুন্তলগী মরুমদা লৈ। উর্ব্বশী অমসুং পুরূরবাগী থোইদোক্না লিরবা বেদগী ওইবা য়ারি অদু কবিনা ভাব, ভাষা অমসুং শৈলীগী শৈরেংগী)

য়ুমক্ষমদা ইনৌ-নৌবা মওংদা নিংথিনা উংলি। কবিগী কল্পনা, অসিদা মপুং ফানা বিকাশ তৌই। ভরত মুনিগী শাপ, কার্ত্তিকনা তৌখিবা নিয়ম, উর্ব্বশীনা উরীগী শক্তম লৌখিবা, পুরুরবাগী উন্মাদপ্রলাপ ( অঙাওবগুম্না তেংথাবা ) অমসুং মঙা-শুবা অঙ্কগী থৌরম পুম্নমক অসি কালিদাসনা কল্পনাতনা মরম ওইদুনা য়েকথোকই। মসিনা মরম ওইদুনা নাটককী ওইবা ৱারিগী শক্তমদা মথরাইগুম্না লাকই। নাটক অসিদা শৃঙ্গারগী শরুক অনি—বিপ্রলম্ভ অমসুং সম্ভোগ শৃঙ্গারগী থোইদোক্লা পরিপোষক ওই ( মপুং মরৈ ফাই )। পাত্রশিংগী মশিং য়ামদ্রবস্থু মখোয়গী চরিত্র থম্মোই শোকপা মওংদা উংলি। শকুন্তল নাটকগা চাংদম্নবদা নাটক অসিগী ভাষা ( লোল ) লাইথোকই অমসুং প্রমাণ-পান্থে ওইবা ৱারেংসু য়াওদে, অদুব প্রসাদ অমসুং নিংথিজবা গুণদি মপুংফানা লৈ। ত্রোটক অসিদা অপিক-অপিকপা ছন্দশিংগী তোঙান-তোঙানবা মওং অমসু থুম্নবা মহাওতনা য়াম্না হেন্না শিজিন্নৈ। অহানবা অঙ্কদা উর্ব্বশীগী ৱাঙ্খরুরগা অমুক হিঙ্গৎলকপগী বর্ণন খ্বাইদগা তোঙাল্লি—

'আবিভূ'তে শশিনি তমসা মুচ্যমানেব রাত্রি
নৈশস্যার্চ্চিহু'তভুজ ইব চ্ছিন্নভূয়িষ্ঠধূমা।
মোহেনান্তর্বরতনুরিয়ং লক্ষ্যতে মুক্তকল্পা
গঙ্গা রোধঃপতনকলুষা গৃহ্নতীব প্রসাদম্' ॥

থাজগী মঙাম্না শিল্লকুবদা অমস্ব কোকথ্রবী অহিংগুম। মৈথুগা অমম্বা কোকথ্রবা, অহিংদা চাকখংলকইবা মৈরিগুম। মপান কিস্থদুনা অনৈবা ঈশিং চেল্লম্বদগী অরুবা ঈচেল লাক্লবী গঙ্গাগুম। নিংথিবা শক্তম পুরিবী মহাক অসিবু থম্মোইগী অংকপদু কোকখিবগুমনা উরে।

চাংদম্নরিবা অসিদা পোংশক অহুমনা মপুং ফানা নিংথি-জবগী মওং তশেং-তশেংনা ফোংদোকই, মসি অতোপ্পদা ফংঙমদবা মওংনি।

কালিদাসনা অয়াম্বা মকমদা অসিগুম্বা পোংচংশিংগী শিজিন্নবা অসি মশাগী বর্ণনাগী মশক ওইবা পদ্যশিংদা শিজিন্নৈ, মসিগী লাইনা ফংবগী মওং মাগী পাত্রশিংগী শক্তমদা য়াওরি, মহুদি—নিংথৌগী মচিন্না মশাগী রাজধানীগী দলালশিংদা অমসুং উপ-বনশিংদা ফলিবা পোংচংশিংগী শিজিন্নরকপা অসি মহৌশাগী ওইবা মওংদা শিজিন্নবা উরি—

'উষ্ণালুঃ শিশিরে নিষীদতি তরোর্মূলালবালে শিখী
নির্ভিদ্যোপরি কর্ণিকারমুকুলান্যা লীয়তে ষট্পদঃ।
তপ্তং বারি বিহায় তীরনলিনীং কারণ্ডবঃ সেবতে
ক্রীড়াবেশ্মনি চৈষ পঞ্জর শুকঃ ক্লান্তো জলং যাচতে'॥

কালেন থাগী মৈশালাংলবা রাহোংনা উগী মখোঙদা লৈরিবা ঈংলবা আলবালদা ( উগী মখোঙ অকোইবদা থল্লিবা গুহাদা ) কুন্দুনা লৈরি। খোইমুশিংনা কর্ণিকার কৌবা উপালগী অপোম্বা মপানশিংগী মনুংদা চংশিল্লগা লোত্তুনা লৈরি। ঈশিংদা তাওদুনা শান্নরিবা ঙানুথঙ্গোংশিংনা নুমিৎকী মৈশা লাংদুনা শারবা ঈশিং থাদোক্লম্লগা মপান্দা হৌরিবা থম্বালগী মখোঙদা চংশিন্দুনা লৈরি। শান্নফম য়ুমশিংদা পোন-মনুংদা য়োক্তুনা থম্লিবী তেনবা কৌবী চেক্লানা লাইজ ঈখৌ লাংদুনা তোইনা ঈশিং নিরক্লি। কয়াদা চমত্রবা মহৌশাগী ওইব্রবা বর্ণনানো?

অহল ওইরবা নিপা অমনা মাগী মপুন্সি মীনাইগী থবক্তা লেল্লি, মানা থল্লকই, হৌজিক নুমিৎ থরগী মনুংদা অসিগুম্বা পুন্সি অসি থাদোক্লম্লগা পোথারগনি। অহুব, মাগী অহল ওইরকপগী অবস্থা অদুনা মীনাইগী মথৌ তৌনবগী মতিকচাবা

মতম্মি খল্লিবা মীনাই অতুনদি করি খল্লমগনি হায়বা রা অসি কালিদাসনা থম্মোই শোক্লা বর্ণন তৌখি—

'সর্ব্বঃ কল্যে বয়সি যততে লব্ধুমর্থান্ কুটুম্বী
পশ্চাৎ পুত্রৈরপহৃতভরঃ কল্পতে বিশ্রমায়।
অস্মাকন্তু প্রতিদিনমিয়ং সাদয়ন্তী শরীরম্
সেবাকারা পরিণতিরভূৎ স্ত্রীষু কষ্টোঽধিকারঃ'॥

মীওইবা খুদিংমক মপাঙ্গল মথৌনা লৈরিবৈ, পাখঙ্গী অহন ওইরবা মতমদা থবক্কী পোৎলুম পুম্নমক মচাশিংদা শিন্নরম্নগা পোথারগে খল্লকই। ঐগীদি মসি মীনাইগী কৈশ্মশং ওনখ্রে, কোন্ংমন্নুংগা ন্পীশিংগী সেবাদা থোইদোক্লা অরাবা পীরি। অহন অসিগী নিঙম্লক্কবা অসি য়ামনা চম্বা মওংদা থোইনা থম্মোই কাইহল্লি।

কালিদাসকী কবিতাদা তশেংনা রা অসিমদি য়াওরি, মহুদি—মহাক্লা করিগুম্বা পোৎশক অমা বর্ণন তৌবা মতমদা পোক্তুগী মপুংফাদ্রিবা ফাওবা থাদোক্তে। মসিমক মখাদা পুখৎলিবা অসিমক্কদা উবা ফংই, মহুদি—মহাক্লা উর্ব্বশীগীদমক্তা ঙাওরবা নিংথৌ পুরুরবাগী মচিন্মক্লা উর্ব্বশীগী মরিদা করিগুম্বা খুদং ঙাংথোকহনবা পাম্মী। মহু পদ্য অমক্তনা মাগী নিংথিজরবা শকুমগী পরিচয় পিরি, মসিগা লোইননা মহৌশাগী ওইবা বিষয়স্ বর্ণন তৌরি—

"পাণ্ড্বাং স্পৃশেদ্বসুমতীং যদি সা সুগাত্রী
মেঘাভিবৃষ্টসিকতাসু বনস্থলীষু।
পশ্চান্নত. গুরুনিতম্বতয়া ততোঽস্যা
দৃশ্যেত চারুপদপঙক্তিরলক্তকাঙ্কা"॥

থোৎনোরবা নিংথিবা শকুম পুরিবী মহাক অহনা, করিগুম্বা নোংনা চোৎলবা লৈঙোইতগী মশক ওইরবা বনগী লৈমাই

মথক্তা খোঙদারম্বা থোক্লবদি য়েংবদা নিংথিরবা লুম্লবা ভুংয়ানগী অরুম্বনা ভুংলোমদা নমথরবা, 'অলক্তক' কৌবা খোঙগী লৈতেংগী অঙাংবা মচুনা লৈতেংলবা মাগী নিংথিরবা খোঙ্গুন পরেং উরম-গদোবনি।

পুথংলক্লিবা অমসুং মথক্তা বর্ণন তৌগ্রিবা ৱাহৈ কয়া অসিদগী পাঠকশিংনা ত্রোটক অসিদগী মখল-মথেল মথং-মথং খোইদোক-হেন্দোকপা মওং মতৌ পুথোকপিবদা থোইনা লুনা থোক্লরোই।

ত্রোটক অসিগী ৱারি অসি কনাদা য়ুমফম ওইবনো অমসুং মতুদগী করি করি তোপথোকই ? ৱাহং অসিগী পাওখুমদি—

উর্ব্বশী অমসুং পুরূরবাগী বিষয় অসি ঋগ্বেদনা য়ুমফম্নি। মসিদা হো দোক হোংজিন কয়ামুক্তি তৌগ্রে, অতুবু য়ুমফম ওইবগী মওংদি অতুম কাইদনা লৈ।

ঋগ্বেদগী য়ুমফম অসিমক্তদা মহাভারত, বিষ্ণুপুরাণ, পদ্ম-পুরাণ, মৎস্যপুরাণ, শ্রীভাগবত অমসুং কথাসরিৎসাগরদসু উর্ব্বশী ঋগ্বেদবু য়ুমফম ওইনা লৌবনা ফবা হেল্লি। অতুগা ৱা অসিমদি হায়নিংঙাই লৈ, মতুদি—কালিদাসনা ঋগ্বেদ নত্রগা করিগুম্বা অতোপ্পা লাইরিক অমদগী ওইরবসু ৱারিগা শরুক অতু লৌখি, মতুদা মতিকচানা ওস্থোক ওনশিন তৌরগা পুক্লিং হুবা মওংদা য়াম্না নিংথিনা শেমদোকখিবনি, হায়বসিমদি।

পুরাণশিংগী ৱারিগা ত্রোটক অসিদা উংলিবা ৱারিগা অনি অসি থবদংদা খেংনবা নত্তে,—

(১) পুরাণশিংগী মতুং ইন্নদি মহারাজনা অহানবদা উর্ব্বশীবু ইন্দ্রগী সভাদা নত্রগা নন্দনকাননদা উখি। লাইরিক অসিদদি হেমকুটদা জ্ঞান য়াওদনা লৈরম্বা মওংদা উনখি।

(২) পুরাণশিংদা ঔশীনরীবু নিংথৌগী মহারাণী অমনি হায়না লৌদে। হরিবংশদদি উর্ব্বশীবু নিংথৌগী মহারাণীনি হায়। মহাভারতনদি ঔশীনরী অসি নিংথৌগী চান্নবীদি ওই; অদুগা নিংথৌনা লুহোংহনা লৌখি হায়বদি ইরমদে। ত্রোটক অসিদনা উর্ব্বশীবু বিবাহ তৌহনা লৌখিবী মহারাণীনি হায়না লৌই।

(৩) পুরাণশিংদা উর্ব্বশীবু ভরতমুনিনা অমসুং করিগুম্বদনা তুবুক্কনা শাপ তৌখি। করি করিগুম্বদনা মিত্রাবরুণগী শাপকী মতাংসু য়াওই। অদুগা লাইরিক অসিদদি তশেংনা ভরত-মুনিনা শাপ তৌখি হায়বা অসিমক ইরম্মী।

(৪) পুরাণশিংদা উর্ব্বশী কাইনবদগী রারবা নিংথৌ পুরু-রবাগী মফমদা ভগবানগী থৌজান্নি হায়না ইরি অদুগা গন্ধর্ব্বগী থৌজানগী রা ওইনসু ইরম্বা লৈ। লাইরিক অসিদদি ইন্দ্রগী থৌজান্নি হায়না ইরি।

(৫) পুরাণশিংদদি উর্ব্বশীনা নিংথৌবু ফি য়াওদনা লৈরম্বা উখি অদগা শাওদুনা চংখি। করিগুম্বদনা গন্ধর্ব্বনা হুদনা পুখি। লাইরিক অসিদদি মচাগী মশক উবা ফাওবদং মখোয় অনি কাইনদনা লৈগদবনি হায়।

(৬) পুরাণশিংদা কাইনররবা তুংদা অমুক হন্না সঙ্গমনীয় মণিনা মরম ওইদুনা মখোয় অনি অমুক উনবগী রা অসি য়াওদে।

(৭ মতাংশুবা অঙ্কগী রারিশিং অসিস্তু পুরাণদদি য়াওদে, মসি তশেংনা লাইরিক অসিদতা য়াওবনি।

(৮) পুরাণশিংগী মতুং ইন্নদি উর্ব্বশীবু নিংথৌ পুরূরবানা মর্ত্তলোকদা পুরকখি, মশামক্তা অভিসারিকা ওইদুনা লাককখিদে।

(৯) পুরাণশিংদা নিংথৌবু অরাবা ওইনা থাদোকখি অচুগা লাইরিক অসিদনা ভারতীয় মর্য্যাদাগী মতুংইন্না পুন্না নুঙাইনা লোইশিল্লি।

অসিগুম্বা মওংশিং অসিদগী তশেং তশেংনা উরে, মতুদি— কালিদাসনা পুরাণগী ৱারিশিংদা অসিগুম্বা হোংদোক হোংজিন তৌদুনা নিংথিজবা শকুম কয়াদা রচনাদা হৈশিংবগী মওং মীপুম খুদিংদা উংকে হায়বগীদমক হোংনখি, মদুদা মপুং ফানা মহৈ য়ানবা ঙমখি।

## পাত্রালোচনা

## ১—পুরূরবা

রূপক অসিগী নায়ক পুরূরবানি। রূপকদা নায়ক অসি ধীরোদাত্ত ওইগদবনি হায়বা অদুমক মহাক অসি ওইরি। পুরূরবা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা অমসুং মী খুদিংনা লুনা চান্না তৌবা নিংথৌ অমনি। মহাক অসি ইন্দ্র ফাওবনা মতেং লৌনিঙাই ওইবা নিপা অমনি হায়না লোই। নিংথৌ অসিগী মগুণদি মীনুংশি খঙবা অমসুং পুকচেল চাওবনি। মহাক্না মী অমতগী মপুক্কিং নুঙাইতনবা থবক তৌদে। রাণী ঔশীনরীনা নিংথৌগী উর্ব্বশীদা পুক্কিং লুপ্পা উবদা নুঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি, মদুদি—নিংথৌনা মখোঙ পাইদুনা হায়জরবা ফাওবদা মানা করিস্থ ওইদনা খনথ্রবনি, অদুবু মাগীদমক্তদি নিংথৌনা তৌফম থোকপা সম্মান ব্যবহার হান্নগী মতৌগুম কাইদনা তৌখি। মহাক অসি উর্ব্বশীদা মথৱাইদি লুপ্পী, অদুবু মাগী থম্মোইদা মশাগী রাণী অমগী মফমদসু অফবা অচুম্বা ৱাখল থনম্মী। উর্ব্বশীগী মাইকৈদা অমুক য়েংবিয়ু—করিগুম্বা নিংথৌনা মীনুংশি খঙদবা ওইরম্লবদি, উর্ব্বশীনা মাঙথ্রবদা পোংশক কয়ামুক্তা চংদুনা অঙাওবগী মতৌগুম হংনিঙাই থিনিঙাই করি লৈবগে? অদুবু নিংথৌগী প্রেম অসি জাব পুম্নমক্কী প্রেমগী আদর্শ ওইরম্মী,

মানা মথন্নাইবু শান্নপোৎ ওইনা থন্নগা প্রিয়াগী লৈক্ষম থঙবা পাল্লম্মী। শকুন্তলাগী দুষ্যন্ত অমসুং বিক্রমোর্ব্বশীয়গী পুরূরবা অনিসিগী খেন্নবদি—দুষ্যন্তনা নিংথৌ ওইনা প্রেমী ওইবনি, মাগীদমক্তদি নিংথৌগী তৌগদবা মথৌ অহূতনা মরু ওইরম্মী, পুরূরবাগীদি প্রেমতনা মরু ওইরম্মী। মরম অহূনা চহি কয়া চুপ্পা কোনুংথাদোক্তুনা তোঙান্না লৈবা ড়মখি। অহূগা দুষ্যন্ত-না শকুন্তলাবু কৌরুনবগীদমক্তা মশামক চৎপা ড়মখিদে, মাগী মী থারম্মী। পুরূরবাগীদি প্রেমদা অদুগুম্না পুক্নিং হুনিঙাই ওইবা মওং মক্ষম খুদিংদা বিকাশ তৌই, মদু থোইদোক্না আস্বাদ্য ওই (রস লৌনিঙাই ওই)।

## ২—উর্ব্বশী

উর্ব্বশীদা লাইগী মওং অমসুং মীগী মও' অনি পুন্না লৈবগী মওং উবা ফংই। মাগী শক্তম অমসুং মগুণ থোইনা পুক্নিং হুনিঙাইনি। মানা সখীশিংগা লোইননা চংখিবা লিচৎ-শাজৎ থোইনা নিংথিজৈ। নিংথৌনা মাগী উপকার তৌখিবা মতমদা মহাক রাস্থুনা লৈরম্মী। জ্ঞান লাক্লবা মতমদা রাথল অসি লাকখি, উপকার অসি হিংচাবনা তৌখিবনি হায়না। মসিদগী খঙলে মদুদি—য়াম্না ওৎনৈবনা মপুক্নিং লাংতক্নরি-ঙৈদসু নিংথৌবু উনিংবগী অপাম্বা মাগী থম্মোইদা লৈরম্মী হায়বসি। মসিমক্তনা মাগী প্রেমগী থাক থঙবা ড়ম্লে। প্রেমগী হুনা লু-তোংনচিংবা হকচাংগী মক্ষম পুম্নমক্তা শিনথুংনা চংশ্রে হায়বা। উর্ব্বশীগী চরিত্রদা নিংথৌ পুরূরবাগী মক্ষমদা মাগী কল্লবা প্রেমগী লিচিং পুম্নমক্তগী তোঙাল্লি। মানা পুরূরবাগা লোইননা প্রেমগী ঈপাক্তা তাওরিঙৈদা মঙোন্দা করিগুম্বা মানা-পম্নাগী রাথল অমত্তা লৈরমদে। অহানবা উনবা মতমদা

অভিসারিকা ওইনা লাকখি। নিংথৌগী মনাক য়ৌরবা মতমদা মাগী শক্তম, অসি ওইরকখি। মহুদি—পদ্ম'র হায়দোক্কনি হায়বা কাওখি। মাগী থম্মোই তক্ত তহেল্লি হায়বসি মানা ঔশীনরীব, ইন্দ্রাণীগা মান্ননা চাংদমুখির্বা মতমহুদা তশেংনা উৎখি। মহাক্কা থাজে, মহুদি—নিংথৌনা ঔশীনরীদা প্রেম লৈ হায়বসি। অহুনা মানা নিংথৌগা লোইননা লৈরিবা অচেৎপা প্রেমহু মশাগী লিচৎ শাজন্তা কবিগুম্বা অমত্তা উহনখিদে। নিংথৌগী মফমদা উর্ব্বশীগী প্রেমদি অস্মুক চেৎনা লৈ — মহুদি— মানা নিংথৌগা কাইনগনি কীবদগী পোকপদঙাইরিবা মচাব, অতোপ্পা মফনদা লাপ্না থম্বা ঙমখি। তশেংবমক্তি মসি খ্বাইদগী ব্রাংলবা ত্যাগ (থাদোকপা) মখল অমনি। মমা ওইবীশিংনা মচাব, তোঙান্না থমখ্রগা মপুরোইবগী প্রেম মপুং ফাহনবা হায়বসি থোইনা লুরবা ব্রাহং অমনি। অহুব, মহাক্কা মসিদা লাইনা পাংথোকপা ঙমখি। মহাক অসি সাধারণগী ( ময়ামগী ) ওইবী নুপীনিদি হায়নৈ। অদুবু মাগী লিচৎশাজৎ য়েংলুরবদি কুলবধূ ( শাগৈগী মৌ ) অমগা চপমান্নৈ।

## ৩—ঔশীনরী

মহাক অসি রাণী অমগী মওদা চিত্রণ তৌবদি অহুক য়াম্না তশেং-তশেংহনবদি ঙমদে, অদুমকপু বিক্রমোর্ব্বশীয়গী ঔশীনরী অসি হন্নাও তয়াম্বা ফংজন্নবী নুপী অমদি ওইনা লৈ। মঙোন্দা মসিগী অন্নাবসি মতম খুদিংমক্তা থাদোক্কনা লৈ, মদুদি— ঐগী ইপুরোইবা অসিনা কনাগুম্বী অতোপ্পী নুপী অমব, আশা তৌদুনা লৈ হায়বা অসি। মসি মানা নিয়ম ব্রত তৌবা অমসুং ব্রাশক লৌবতনা প্রমাণ তৌই। মানা মপুক্লিংগী ফিরেপ অদু শেংদোকপা ঙমখিদে। মমম অদুনা তোঙান্না

অদুম লৈশ্রে। অশোমদা করি তৌরিবগে হায়বগী ৱাখল তৌখিদে। অদুগা মাগী চরিত্রদা অমোংপা অমত্তা পকখিদে।

## ৪—কঞ্চুকী

কঞ্চুকীগী চিত্রণ অসিদি য়াম্না স্বভাবিক (ইচমচম্বা) ওই। মঙোন্দা অহনগী মতম ওইববদা কোন্নুংগী নুপীশিংগী সেবা তৌবা হায়বসি য়াম্না খুদোংথিনিঙাই ওই। মঙোন্দা মসি থোইদোক্না মহৌশাগী ওইবা মওংনি। মহাক্কী পুন্সিসি তশেংনা কৈশুমশং ওইরে হায়বা ৱাসি মানা থোইনা নিংথিজববা শেক্তেক শৈদাদা ফোংদোকই—'সর্ব্বঃ কল্যে বয়সি যত্তে লব্ধুমর্থ ন · হায়বা পদ্য অসিদা। ৱাহৈ অসি য়াম্না স্বভাবিক ওইবা মওংনি।

## ৫—নিপুণিকা

নিপুণিকা হৈশিংলবী মীনাই নুপী অমনি। মানা মতম খুদিদা মবেম্মগী অাাং-অতোপ্পী ৱাখল তৌই অমসুং অতোপ্পা অমনা (কনাগুম্বা অমনা) তৌরকপা মচাক মরল মাঙহন্নবগী থবক্তা নিংথিনা মিংয়েং চংশিল্লি। মাগী থাগৎনিঙাই অমদি অসিনি, মগুদি—মানা খুদোংচাবা মতম করিগুম্বদা নাম্থোকহনখিদে

## ৬—বিদূষক

বিদূষকগী থবক ন্দংক অসিদা পুক্লিং নুঙাইহনবা, ফাগি ফারাং তৌবা নত্তনা করিগুম্বা উৎনিঙাই থবক অমত্তা লৈতে। মহাক্তি চানবগী ৱাখল অমসুং অপংবগী থবক তৌই। করিগুম্বদনা অরোন অথুপকী ৱাফম থুগাই, করিগুম্বদনা ভুর্জ্জ-পত্রদা ইবা চিঠি মাঙহল্লি। অসি ওইরবসু মানা তৌখিবা নুঙাইনবা ফাগি-ফারাংদি য়াম্না নিংথিনা তৌই। মহাক অসি ওইজব। পাম্বা মীশক অমনি। অমরোমদনা মহাক অসি নিংথোগী

মুংওনগী ঈচুল পোকহল্লিবা কামদেব কৌবা লাইনা মাগী মশক মতৌ ফজরবী রতি কৌবী মুপীগা মাগী চান্নরবা মরুপ বসন্তগা লোইননা ভগবান শঙ্করনা ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা আশ্রম অদুদা লাকখি। কামদেব হেক লাকপগা মাগী মরুপ বসন্ত ঋতুগী মতেংনা শিবগী আশ্রম অদু মতম ইনৎ নত্তনা বসন্ত ওইহল্লি। কামগী প্রভাবনা মফম অদুদা লৈরিবা শা-উচেক ফাওবগী পুক্লিংদা মরাং হৌহল্লি। ভগবান শঙ্কর ধ্যান তৌরম্বদগী মিৎ পাংথোক্লকই, মতম অসিদক্তি হিমালয়গী মমোম পার্বতীশু থমচেৎ মরুগী মালা পরেং মপুরোইবা ওইনা ফংজগে নিংজরিবা ভগবান শিবদা খুরুমদুনা কৎলি। মতম অসিদা তাঞ্জা চারে খন্দুনা লৈগী লিরুং পায়রবা কামদেবনা সম্মোহন কৌবা লৈগী তেন্না ভগবান শিবদা কাপলুরে। সময় ওইবা ভগবান শঙ্করগী অশুমতুবা মিৎতগী পাইথোক্লকপা মৈরীনা কামদেব খুদক্তা উৎ ওনখ্রে। চীং নিংথৌ হিমালয়না মচা ইবেম্মা পার্বতীবু ইন্দ্রগী শামু ঐরাবতনা ময়াদা থম্বাল হাপতুনা পুবগুম মপান্থোম অনিনা কোনশিন্দুনা পুখ্রে। মপুরোইবা কাইনরবী রতিনা থম্মোই শোক্লা অরা তেংথাখি, মহাকম্ মথরাই থাদোক্তুনা মপুরোইবা কামদেবগী তুংইন্নগে তৌরবদা আকাশবাণীনা "শিব মহাদেবগী থৌজালনা অমুক হন্না হিঙ্গংলকখিগদবা নপুরোইবগীদমক য়েংদুনা নং নশামকপু মাঙহনগনু"। হায়রকপদগী থরাই থাদোকপগী রাখল তোকখি। নিংবা কায়রবী ইকাই নুশী য়ান্নরবী পার্বতীনা ভগবান শঙ্করগী তপস্যাদা পুক্লিং লুপখি। মথোং কারকপী লৈশাবী অমা ওইবগী কেবা মৌবা, ফজবা ফিজ্রেৎ লৈতেং পুম্নমক থাদোক্তুনা উকুশেং, শম্নাং জটা পুদুনা অকিবা ফংলবা তপস্যা তৌখি। কালেনগী শারবা নুংশাদা মাইকৈ মরিদা মৈ থারগা নুমিৎকী মৈশাগা, মৈশা ৫ থাংদুনা ধ্যান তৌই, ঈংলবা নিংথমাগী

উল্লেল থাওদ্না ঈশিংদা কুমদ্না অকনবা তপস্যা তৌই। অসিগুম্বা অকনবা তপস্যা অসিনা মৰম ওইদ্না ভগবান শঙ্কর মশামক লেপ্তুক্তুনা দর্শন পীনরৈ অদ বু মচা নিঙোল ওইবগী হৌন লমচৎ খঙলবী পার্বতীনা থাজ য়োঙ্গবগী থবক্তি মপা মমাগীনি হায়না খ্মজখি। ভগবান শঙ্করনা সপ্তর্ষি থাদ্না লুহোংবগী রাকম চীংনিংথৌ হিমালয়দা হৌদোক্লই। অস্মা অফবা নুমিৎ অমসুং থাবান য়েংদ্না হর পার্বতী অনি লুহোংই। লুহোংলবা তুদা শিব-পার্বতী অনি মনিংতম্না চৎলি, শায়ে। সুমেরু পর্বত, মন্দরাচল, কৈলাসনচিংবা মফম কযাদা চীং কযাদা চৎলি। মতাং অসি মহাকাব্য অসিগী ৮শুবা সর্গ ফাওবগীনি অমসুং মহাকবি কালিদাসনা ইরম্বা কুমার সম্ভব মহাকাব্যদি মসি ফাওবদনি। মহাকবিগী মিংদা কনাগুম্বা মশক মমিং অশেংবা তাক্লমম্লবা কবিনা ইরম্বা মথাগী সর্গ ৯ দা কুমার পোকপা; কুমারগী অঙাং ওইরিবৈগী কুম্মৈশিং; কুমারবু লাই মযাম্বা সেনাপতি হাপ্পা, লাইয়ামগী লান্মীগা হিংচাবগী লান্মীগা লান্থেংনবা —কুমারগা তারকাসুরগা অকনবা লাল থেংনবা, কুমারনা তারকাসুর হাত্না অরাবা কোক্লবা স্বর্গগী লাই মযাম্বা মকোক্তা উপ্পা লুহুপ কুমারগী মখোঙদা থমজুনা খ্রুম্বা পুম্নমক অসি ইবি।

কুমারসম্ভব মহাকাব্য (Epic) নি। মসিগী সর্গ (Canto) ১৭ লৈ। ভারতকী সাহিত্যগী সমালোচকশিংনা মহাকাব্যগী মরমদা ইরম্বা অহু শম্নপ্পা মথাগী থর অসিনি— ১। মহাকাব্য অসি সর্গবদ্ধ ওইগদবনি (২) মসিগী নায়ক অহু ধীরোদাত্ত ওইগদবনি (৩) মসি সর্গ ৮ দগী হেন্না চাউবা ছন্দ ( Meter ) কয়ামরুম্না শিনবা ওইগনি অহুবু রারীগী ঈচেলদা অপনবা পীদনবা সর্গ অমদা ছন্দ মখল অমতমক ওইগনি (৪) মহাকাব্যগী

ৱারী অহু ইতিহাসতা কাওবা ওইগনি নত্রগা অঙ্কবা মীগা পকশিন্নবা ওইগনি (৫) শৃঙ্গার ( নুংশী-নুংঙন ) বীর ( অকন-অথৌ ) অমসুং শান্ত ( অইংবা অতপ্পা ) রসশিং অসিদগী অমগা শাগোন্নবা চংকদবনি (৬) প্রকৃতি বর্ণন মসিদা নগর, সমুদ্র, চী, তুরেল, অয়ুক-নুমিদাংবাই, লানথম, যাত্রা ( লমচংপা ) ঋতুশিংগী বর্ণন য়াওগদবনি। নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংনা পিরিবা মতশিং অহুগী শন্নপ্পা মওংসু মখাগী অসুম্না ওইবা য়াই—(১) মহাকাব্য ( **Epic** ) হায়বসি পাক চাউরবা **Narrative** না মপুং ওইবা কাব্যনি (২) মসিগী নায়ক অদু লাল পাম্বা ওইগনি অতৈ পাত্রশিংসু থৌনা লৈবা ওইগনি (৩) মহাকাব্যদা সুপ্নগী মীগী চরিত্র য়েকপা ওাক নত্তনা অপুনবা জাতিগী থবক ইংখাং পুম্বা বর্ণন তৌগদবনি। মীদগী জাতিগী ৱাখলনা হেন্না মপুং ওইগনি (৪) মহাকাব্যগী বিষয় অহু পরম্পরাগা মরী লৈনবা অমসুং মীনা পাম্নবা ওইগনি (৫) ৱারী পুন্নমক অদু নায়ক অদুগা পক্লনা লৈগনি (৬) মসিদা ছন্দ অমখক্তমক শীজিন্নগনি। মহাকাব্যগী মরিদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা পীরিবা মতশিং অসি ইমান মান্নে হায়না লৌবা য়াই। ওসিদগী চাউরাক্লা চহী লিশিং অনিবোমগী মমাঙদা ইখিবা মহাকবি কালিদাসকী মহাকাব্য অসিদা হায়খিবা লক্ষণ পুন্নমক অসি লৈ হায়না লৌবা য়াই। মসিগী ৱারী অসি ভারতকী মহাভারত, ব্রহ্মপুরাণ, ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ, শিব পুরাণ অমসুং কালিকা পুরাণদা ফংই। মসিগী নায়ক শ্রীশিব মহাদেব দেবতানি, সর্গ ১৭ নি, ছন্দ কয়ামকম য়াওরি, শৃঙ্গার রসনা মপুংনি বীর অমসুং শান্তরস য়াওরি, চী, তুরেলনচিংবা প্রকৃতিগী বর্ণন, ঋতু বর্ণন, লালগী বর্ণন, পুন্নমক চিথদনা য়াওরি।

কুমারসম্ভব ইবগী অহানবা লংজিল— মহাকবি কালিদাসকী

মরমদা হায়নবা কয়ামরুম লৈ, মদুগী মনুংদা মহাক অসি নহা ওইরিঙৈ পুন্সৌদা য়াম্না পাংলম্মি, লাইরিক লাইশু হৈরমদে হায়ব-সিসু অমনি। পণ্ডিত খরগী শরোদগী মহাক য়াম্না লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈরবী বিদ্যাবতীগা লোইননা লুহোংখি। লুহো-লবা মতুংদা মাগী নুপীগী মকমদগী ইকাইবা নংলদুনা মমুম থাদোক্লুনা চংখি অমসুং ভগবতী গৌরী নিংজয়দগী গৌরীগী থৌজান্না কবিত্ব শক্তি ফংখি। মমুমদা হল্লক্লবদা মাগী নুপীদা "অনাবৃত্তকপাটং দ্বারং দেহি"। হায়না সংস্কৃত লোলদা য়াম্না ফজবা লোন্দাদা থোঙহাংদোক্লবা হায়রম্মি। মসিগী পাউখুমদা মাগী নুপীনা হায়রকই—"অস্তি কশ্চিদ বাগ্বিসেষ."। মাগী নুপীগী তেল্লবা পাউখুমগী ৱাহৈ পরে মচা অসিদগী মাগী ফাওরবা কাব্য অহুমগী লংজিল থোকখি। মহুদি অস্তি হায়বা ৱাহৈনা হৌদুনা কুমারসম্ভব; কশ্চিং হায়বা ৱাহৈনা হৌদুনা মেঘদূত অমসুং বাক্ হায়বা ৱাহৈনা হৌদুনা রঘুবংশ কৌবা মহাকাব্য লাইরিক অহুম অসি থোকখি। কুমারসম্ভব মহা-কাব্যগী অস্তি হায়বা ৱাহৈনা হৌগা ইহান হানবা শ্লো কতি মখাগী অসিনি—

অস্ত্যুত্তরস্যাং দিশি দেবতাত্মা হিমালয়ো নামনগাধিরাজঃ।
পূর্বাপরৌ তোয়নিধি বগাহ্য স্থিতঃ পৃথিব্যা ইব মান দণ্ডঃ ॥

(অরাংথংবা মাইকৈদা লাইগী শক্তম ওইবা হিমালয় কৌবা চীং অমা লৈ, চীং অসিগী নোংপোক নোংচুপ সমুদ্র ঈরোম্নুদা লপতুনা লৈরনা, মসি পৃথিবীগী খল ওন্নবা চৈগুম নিংথিরি।) অহানবা শ্লোক অসিমক্তদা লৈরিবা মহাকবিগী উপমা অসিনা ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবীগী চীং পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংলবা চীংজাও অসি খল ওন্নবা মচৈগুম উপমা তৌদুনা ঐখোয়গী মাঙদ. হিমালয়, সমুদ্র অমসুং পৃথিবী পুম্বগী শক্তম

অমা মহাকবিনা থনম্মি। পরেং অনিতনা শাবা শ্লোক মচা অসিনা অম্মুক য়াম্না ফোঙদোক্নবা শক্তি লৈ। মরম অসিননি কবি অসিগী মমিং হেক পনবদা "উপমা কালিদাসস্য" চাং তম্নদুনা হায়বদা কালিদাস হায়না পৃথিবী ফাওরিবা অসি। অসুম্না হিমালয়গী বর্ণন তৌবদা হিমালয়বু গিরিরাজ (চীংনিংথৌ) নি হায়বসি কবিনা অসুম্না হায়রি—

লাঙ্গুলবিক্ষেপবিসর্পিশোভৈরিতস্ততশ্চন্দ্রমরীচিগৌরৈঃ।
যস্যার্থযুক্তং গিরিরাজশব্দং কুর্বন্তি বালব্যজনৈশ্চমর্যঃ॥

চীং অসিদা চমরী কৌবা শঙ্গীশিংনা মফম পুম্বদা মমৈনা হাই-হুম্বগী ফজবনা থাবলগুম ঙৌরবা চামরনা হুমদুনা গিরিরাজ (চীং নিংথৌ) হায়না মিং অসি অর্থ থোকহল্লি। অমুকসু উনগী মফম ওইদুনসু হিমালয় মগুণ হন্থবা লৈতে হায়বসি কবিনা অসুমনা বর্ণন তৌরি—

অনন্তরত্নপ্রভবস্য যস্য হিমং ন সৌভাগ্যবিলোপি জাতম্।
একো হি দোষো গুণসন্নিপাতে নিমজ্জতীন্দোঃ কিরণেষ্বিবাঙ্কঃ॥

(উপা মণিমুক্তা কয়াগী তুংফম ওইবা চীং অসিগী ফজববু মাঙহনবা ঙমদে—মরমদি থাগী মাইহিংনা মশেক মঙাল মরক্তা মাঙখি, মতৌ অসুমনা দোষ অমত্তং লৈবদি অফবা গুণ ময়ামগী মরক্তা মথন্নক্তা মাঙজখি।) প্রকৃতিগী ফংবশিং শীংথাবদা কালিদাস মপা লৈত্তবা কবিনি। কবিগী হৈশিংলবা তুরীনা হিমালয়গী ফজবা য়েকপদা হিমালয়গী চীংমাইদা হৌবা রাপালশিংসু কিন্নরশিংগী ঈশৈ শকপদা ঈশৈগী তান্থা পিরি—

যঃ পূরয়ন্ কীচকরন্ধ্রভাগান্ দরীমুখোত্থেন সমীরণেন।
উদ্গাস্যতামিচ্ছতি কিন্নরাণাং তানপ্রদায়িত্বমিবোপগন্তুম্॥

(চীঙ্গোম্নুংদগী হৌরকপা মালংগী ঈপোম্না রাগী অহেংবা মখুলদা য়ৈরুবনা কিন্নরশিংগী রাংনা শকপা ঈশৈদা তান্থা

পিনিংবগুম্লি।) করিগুম্বদা শীংথারি শামুশিংনা হাক্চবা হোং-পদা মউন্না তকলুবদা দেবদারু পাম্বৈদগী শিঙ্খরকপা মহী-মথোম্না চীংমাই পুম্বা মনম নুংশিহনবা।

মহাকাব্য অসিগী নায়িকা ওইরীবী চীং নিংথৌ হিমালয়গী মমোম পার্বতীগী ফজবা শীংথাবদা পারিবা মী পুম্নমক্কী থম্মোই শুঙ্কংলি। হৌখিবা মপোক্কগী হৌনা মরী লৈনরক্লবা শঙ্কর অমসুং পার্বতী অনিগী মরীবু কবিনা অসুম্না শীংথারি—

অথাবমানেন পিতুঃ প্রযুক্তা দক্ষস্য কন্যা ভবপূর্বপত্নী।
সতী সতী যোগবিসৃষ্টদেহা তাং জন্মনে শৈলবধূং প্রপেদে ॥

(হৌখিবা মপোক লাংলোনদা শিবগী চান্নবী ওইখিবী দক্ষগী মচাইবেম্মা সতীনা মপা ইবুঙোনা মপুরোইববু থৌশা-খিদবগী থাওমনম্রবা অরাবনা যোগগী শক্তিনা হকচাং থাদোকপ্রবী (পার্বতী) না হিমালয়গী নুপী মেনকাগী গর্ভদা মফম ফংখ্রে।) পানখৎলকপগী থাজগী মকোয়না নোংমা নোংমগী মপূং ফাগৎ-লকপা, মশেক-মঙাল হেনগৎলকপগা পার্বতীগী নোংমা নোংমগী ফজবগা লোইননা মপুং-মরৈ ফাগৎলকপগা চাংদম্নহনা কবিনা হইরি—

দিনে দিনে সা পরিবর্দ্ধমানা
লব্ধোদয়া চান্দ্রমসীব লেখা।
পুপোষ লাবণ্যময়ান্ বিশেষান্
জ্যোৎস্নান্তরাণীব কলান্তবাণি ॥

অমুকসু বসন্তদা লৈ ময়াম শাৎতুনসু খোইমুনা হৈনৌ মপান্দদা খোইদাই। মতৌ অহুম্না হিমালয়না চায়াম পোক্তুনসু মচালক্কগী মীথোই-গীহেল্লবী পার্বতীবু য়েংজবদা মিংকী অপেনবা নাইখিদে। মথোং কাখৎলকপগী ফজববু কবিনা অসুম্না শীংথারি—

উন্মিলিতং তূলিকয়েব চিত্রং সূর্য্যাংশুভির্ভিন্নমিবারবিন্দম্।
বভূব তস্যাশ্চতুরস্রশোভি বপুর্বিভক্তং নবযৌবনেন ॥
(তুরীনা য়েক্লিবা লাইগুম কোরৌ মশেক্লা শাংকাইহল্লিবা থম্বালগুম।
মথোং-কারকপগী ফজবনা হকচাং কায়াং পুম্বা মকা লামহল্লি ॥)

অসিগুম্বী পার্বতীনা চৎপগী খোঙথাং খূদিংদা তঙাংবা খজিললা স্থলকমলগুম নিংথিরি। থাজগী ফজবা, থম্বালগী নুংশিবা লৈনম অনিমক পুন্না পার্বতীগী মাইথোংদা লৈ হায়বসি কালিদাসনা অসুমনা শীংথারি—

চন্দ্রং গতা পদ্মগুণান ন ভুঙক্তে
পদ্মাশ্রিতা চান্দ্রমসীমভিখ্যাম্।
উমামুখন্তু প্রতিপদ্য লোলা
দ্বিসংশ্রয়াং প্রীতিমবাপ লক্ষ্মীম্॥

তথক্লবা ফজবগী লাইরেম্বী লক্ষ্মীনা থাজদা লৈরুবদা থম্বালগী লৈনম ফংদে, অমুকস্তু থম্বালদা লৈরুবদা থাজগী ফজবা ফংদে। চৌং নিংথোগী মনোম উমাগী মাইথোংদা লৈরুবদদি অনিমক্কী (ফজবা + লৈনম) গী নুঙাইবা ফংবা ওম্মি। মালংগী ঈপোম লাংলবা অশংবা থম্বালগুম তথক তথক্লবা শাংতক ভৌবা পার্বতীগী মিংয়েংবু শজী অমোমশিংদগী তমলুবরা নত্রগা শজী অমোমশিংনা উমাদগী তমখিবরা হায়্রসিনা কবিনা তিনবিরিব-শিংদা রাহু ওইনা থনম্মি। অমুকস্তু পীশুমগী কবিনা ফজববু অহুম্মা য়েক্লি -

মাগী তুরীনা য়েকপ্রবা অঞ্জন
খোইখোইনা শাংতকপা পীশুম উবদা।
কামদেবনা থাদোক্লি নাপল মাগী
লৈগী লিরুং অমমুং ভেমগা ফজবগী ॥

অমুকস্তু মহাকবিনা হায়রি করিগুম্বা শাউচেক্লা ইকাইবা হায়বতু লৈরম্মবদি উমাগী খোইখোইবা ফজবা শন্নাং উবদা

চমরী হায়বা শজীনা মাগী মমৈগী ফজবদা পামশিনবা রাখল থাদোক্লমগদবনি। মথক্তা পঞ্জিব্রা থরদং অসিনা পার্বতীগী অহানবা শক্তম্লি। অকে-অমৌ, ফিজেৎ-লৈতেং থাদোক্লনা সন্ন্যাসিনী অমগী শক্তম লৌরবদা মতুগী ফজবস্ কবিনা অশুকপা ফংনা শীংথারি। নিংবা কায়রবী পার্বতী উকুশেং—শম্লাং জটা পু লাইনিং পরে চেংপী ওইখ্রে, অদুবু মহেশ'গী ওইবা মাগী ফজবদি ময়েং তাব লৈতে—

চোইজাইনবা শম্লাংনা ফজথিবা মাইথোংন্থ জটানস্ অদুম মফজে। থম্বালদা খোইমুনা ওাক নত্তে চরাংনা পকপদস্ অদুম মফজে ॥

ব্রতধারণ তৌরিবী পার্বতীনা পোং অনিখক মতাং চাবদা লৌগে হায়না শিন্নরম্বগুমই, মদুদি নৌরবী উরীশিংদা থেক-নৌবা অমস্নুং শজী অমোমশিংদা তথকপা মিংয়েং। রাকচিংগী উল্লেল থাওদুনা অহিংগী মতমদা ঈশিংদা কুমদুনা তপস্যা তৌরিবী পার্বতীবু কবিনা অসুম্না বর্ণন তৌরি—রাকচিংগী উন্না থম্বাল পুম্বা মাঙহনগ্রবস্ থম্বাল লৈনম চেল্লবী তনিক্লবী চিনবান লৈরাং লৈরোন্না তিনবী পার্বতীগী মাইথোং থম্বালনা ঈমাই অসি থম্বাল লৈরিবগী মতৌ অদুম ওইরি। শক্তম ওন্থোক্লনা পার্বতীবু চাংয়েংবা লাক্লিবা শিবমক্তা হংলি—

মথোং কারকপী ফিজেৎ লৈতেং থাদোক্লুনা
অহন্দদা পকচগদবা উকু শেংপনা।
সন্ধ্যাগী থা থরাম্মীচাক মরক্তা
নুমিংকী মশেক য়ৈবগুম থোক্লোইদ্রা ॥

কুমারসম্ভব মহাকাব্যগী মন্নুংদা ভগবান শঙ্করগী অশুমগুবা মিত্তগী পাইথোক্লকপা মৈরীনা চাক্তুনা কামদেব উৎ ওনথ্রবদা মাগী নুপী রতিনা তেংথাবা মতাং অসি য়াম্না মক্ক ওই। রতি মপুরোইবা কৌদুনা হায়রকই—

ঈশিংগী ঈচেলনা পল নিংখায়প্রবদা
ঈশিংনা থরাই ওইবী থম্বালগুম।
নঙোন্দা থরাই হাপচবীবু থাদোক্কুনা
মিংকুপ্পদা কদাইদা চেনখ্রিবা ॥
অহিংগী অমম্বনা কুপ্লবা লম্বীদা
নোংখোং তাবদা মিপাইরবী চান্নবীশিং।
হে নুংশিখোইবা! ন নত্তনা
কনানা অপাম লমদম য়োংহনগনি ॥

মথরাই থাদোক্কুনা মপুরোইবগী তুংইল্লগে চপযুংনা লেপ্লবী রতিনা কামদেব শিরবা তুংদা মিংকুপ অমত হিংতুনা লৈরম্মি হায়বসি খনবদা খাঙঙমদে—

হে চান্নখোইবা! ঐহাক শোয়দনা
নতুং ইল্লক্লগনি অহ্ব অরাবদি।
কামদেব কাইনরবী রতিনা মিংকুপ থরদং
হিংলম্মি মীচৈসিদি লৈহৌরনি ॥
থাবলনা থাজগী তুংইন চংমিন্নে
নোংথাংসু লৈচিলগা থানদে
মুপী ওইবীশিনা মপুরোইবগী তুংইল্লি
হায়বা থরাই পান্দবশিংফাও খঙই ॥

অমুকস্তু রতি দেবীনা মপুরোইবগী চান্নজরবা মরুপ বসন্তদা হায়রকই—"ঐহাক্না শিরবা তুংদা ঐখোয়গীদমক ঈশিংগী খুজোক অমতং পীরকউ, মতুনা নংগী মরুপকা লোইননা ঐখোয় অনি পুন্না থকমিন্নগনি।" অমুকস্তু হায়রকই—

হে বসন্ত! পিণ্ডদাননচিংবা অশি থোরমদা
নংগী মরুপ কামদেবগীদমক।
অনৌবা মনা লোইনবা হৈনৌ-মপাল
পীরকউ মতু মানা য়াম্না পামজবনি ॥

মতৌ অস্মুম্না মৈনুংদা চোংশিন্দুনা থন্নাই থারগদবী রতিবু আকাশবাণী তৌরক্কুনা থামখি। কুমারসম্ভব মহাকাব্য অসি শৃঙ্গার রসনা মপুং ওইদি হায়ববু মসিদা অরাংবা থাক্কী দার্শনিক বিচার য়াওদবা নত্তে। অনিশুবা সর্গদা ইন্দ্রনচিংবা লাই ময়াম্না ব্রহ্মাগা উয়বা লাকপদা তৌরিবা স্তুতি অসিদা ভারতকী অরাংবা দর্শনগী মশক শেংনা উবা ফংই –

জগদ্‌যোনিরযোনিস্ত্বং, জগদন্তো নিরন্তকঃ।
জগদাদিরনাদিস্ত্বং জগদীশো নিরীশ্বরঃ॥

নংদি জগৎপু পোকহনবনি নশাদি পোক্লাইদবনি জগৎপুসু লোইশিনবনি নংদি শক্লাইদবা জগৎ পুম্বদই হানবনি নঙোন্দই হানবা লৈতবনি জগৎকীসু মপুনি নংগী মপুদি লৈতবনি।

নংনি অপোকপশিংবুসু পোক্লিবা
লাইশিংগীসু লাই ওইবা।
অথোইবদগী অথোইবা
দক্ষপ্রজাপতিনচিংববু শেম্লিবা॥
নংনি মপু অমাঙবা নাইদবা
হোম তৌরিবা অমসু হোমগী মচাক।
নংনি চারিবা চানবা খঙলিবা খঙ্গদবসু
নি লিবা অমসুং নিংনফম॥

ত্বামামনন্তি প্রকৃতিং পুরুষার্থপ্রবর্ত্তিনীম্।
তদ্দর্শিনমুদাসীনং ত্বামেব পুরুষং বিদুঃ॥

হে ভগবান! নহাকপু পুরুষার্থ থোকহল্লিবা প্রকৃতিনিসু হায়নৈ। প্রকৃতিবু পুক্লিংদি হাপলুদনা য়েংলিবা পুরুষনি হায়নসু খঙনৈ।

মহাকাব্য অসিগী মনুংদা নীতিশাস্ত্র (Ethics) কী ওইবা ফজবা রাকম কয়াসু মতাং মতাংদা য়াওরি। ভগবান শঙ্করনা শক্তম ওন্থোক্তুনা পার্বতীগী মফমদা শিব মশামকপু নিন্দা

তৌব রা'স্ত কয়া হায়ররবদা খোয়শাউনরবী পার্বতীনা মতা য়েংতুনা হায়রকই—

ইতা! ব্রাহ্মণ অসি খাম্মু
রা ঙাঙ্গদবগী মচিনবান লেঙলক্লে।
মহাপুরুষশিংবু নিন্দা তৌবসে
অঙাঙবা ঙাক নত্তে অতা সু পাপনি॥

শাউদুনা চংলগে তৌরবী পার্বতী শিবনা অশেংবা মশক উত্তুনা খাম্নবা অমসুং 'ঐদি নংগী তপস্যানা অরৈবা মীনাই ওইরবনি' হায়রবদা পার্বতীনা খুমখি—'দাতা মে ভূভৃতাং নাথঃ' (ঐবু থাজগদবদি ইপাইবুঙো চীং নিংথৌনি।) শিব-পার্বতী অনি লুহোংলবা তুংদা মফম কয়া, চীং কয়া কোইরকপদা গন্ধমাদন কৌবা চীংদা ফমদনা নুমিদাংরাইগী ফজরশিং শাংখাদুনা রারী শাবদা ভগবান শিবনা হায়খি—'হৌজিক সন্ধ্যাগী অমম্বনা অরংবা-অমকপা, চীংলেম্বা তথকপা, অখোয়বা অচুমবা পুম্নমক চপ মান্ননা উট্রে। অরাবনি ফত্তবশিংনা নক্কাংলবদা অফ-ফত্ত খেন্নবা লৈরক্কে।' হিন্দুশি দি অমত ওইবা ঈশ্বরবু তোঙান তোঙানবা মওংদা নিঙই—'একং সৎ বিপ্রাঃ বহুধা বদন্তি'। ঐখোয়না মরু ওইনা লৌরিবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব অহুমগী মরমদা কবিনা অসুম্না হায়রি—

শক্তম অমতনা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহাদেব খায়দোকখিবনি
মতাং মতা'দা অমনা চাউই পীকই।
করিগুম্বদা বিষ্ণুদগী শিবনা করিম্বদা বিষ্ণুনা
অমুকসু অনিমক্তগী বিষ্ণুনা চাউই॥

লুহোংবদা লাক্লিবা লাইশিংবু শিবনা ব্রহ্মাদা মঙক নোমদুনা, বিষ্ণুদা রাহৈনা, ইন্দ্রদা নোকফেং তৌদুনা অমসুং অাতে লাই ময়ামদা থৌজালগী মিংয়েংনা স্বাগত তৌই। অরোইবদা

মহাকবি কালিদাসকী কুমারসম্ভব মহাকাব্য অসিগী মরুওইবা হায়গদবা নিয়মদি জগৎকী মপা-মমা ওইরবা শিব-পার্বতী অনিগী লুহোংবনি। রারী অসি ভারত হিন্দু কোটি কয়ানা থাইনবৈদগী সন্মান তৌদুনা লাক্লবনি। পুরুষ অমসুং প্রকৃতি অনিগী মঙ্গলগী মশক ওইরবা মিলন অসিনা পৃথিবীগী মীশিঙ্গীত নত্তনা স্বর্গগী লাইশিংগী ফাওন অরাবা কোক্লিঙাইনি। জগৎকী মমা ওইবী পার্বতীন ভগবান শঙ্করবু ফংজনবা তৌরিবা তপস্যা অসিদা জীবাত্মানা পরমাত্মাগা উননিংবগী রহস্যসু উংলি। ঋষি অরবিন্দগী রাহৈদা—"কুমারসম্ভবতা দৈবিক অমসুং লৌকিক, স্বর্গলোক অমসুং মর্ত্তলোক, ত্যাগ অমসুং ভোগ, তপস্যা অমসুং বিলাস পুম্নমক অসিগী মমাংদৈদা ওইথোকখিদ্রিবা মওংদা পুন্না ফজনা উংলি।" অসুম্না মহাকবিনা হকচাংগী ফজববু পাপকী তুংফম ওইনা লৌদে। ভারতকী মুপীশিংগী মরল অসি হকচাংগী ফজবা চাক নত্তে তৌইগুম্বসুং আধ্যাত্মিক সৌন্দর্য্য ( Spiritual beauty ) গা লোইননা রাংনা কাখৎপনি। রাফম অসি ঐখোয়না মহাকাব্য অসিগী পার্বতীগী লমচত্তা উবা ফংই।

# মহাকবি কালিদাসকী রঘুবংশ মহাকাব্যম্

প্রবন্ধ লেখক ঃ—শ্রীমণিস্না শর্ম্মা শাস্ত্রী

রঘুবংশ মহাকাব্য কালিদাসকী চংখোল্লব কাব্যনি। মসি বৈবস্বত মনুগী মচা দিলীপতগী অগ্নিবর্ণ ফাওবা নিংথৌ ২৯ থক্কী রারীনি। অরোয়বদা অগ্নিবর্ণনা মাগী রাণী গর্ভাবতী ওইরবী অমদা রাজ্য ভার শীন্নরম্মগা মাহাক নোঙ্গাখি। মুপীনা

মন্ত্রীশিঙ্গী মতে'না লৈবা'ক ঙাকহৌই। মশীং য়াম্না থারুবতনি—নিংথৌ ৭ শক হায়বদি—দিলীপতগী অতিথি ফাওবগী বর্ণনতনা মপুং ফাই। ২৯ শূব অগ্নিবর্ণগী কামকেলিস্থু ফনা মরীক চুম্না শীংথাই। কাব্য অসিদা শীংথারিব নিংথৌ দিলীপ, রঘু, অজ, দশরথ, রাম, কুশ, অতিথি, নিষধ নল, নভ, পুণ্ডরীক. ক্ষেমধন্বা, দেবণীক, অহীনগু, পারিয়াত্র, শিল, উন্নাভ. বজ্রনাভ, শংখন, পুষিত'শ্ব, বিশ্বসহ, হিবণ্যনাভ, কৌশল্য, ব্রহ্মিষ্ঠ, পুত্র, পুষ্য, ধ্রুবসন্ধি, সুদর্শণ, অগ্নিবর্ণ।

মহৌশাগী চংনবী ঙাকপা ওইনা মঙ্গলাচরণদা—

বাগার্থাবিব সম্পৃক্তৌ বাগর্থপ্রতিপত্তয়ে

জগত: পিতরৌ বন্দে পার্বতীপরমেশ্বরৌ ॥ ১ ॥

শক কায়নবা মলৈত্রব পার্ব্বতী-পবমেশ্বর অনিগুম্না বাক্ অমসুং অর্থ অনিসি কায়নবা লৈতবনি; মসিদা কবিনা শীজিন্নরিব উপমা অলঙ্কার অসি অওইবমক মহাকবি কালিদাস অমসুং সংস্কৃত লোলগা তীনকুবদগী নিংথিনা মহয় য়াল্লি। মসিদগী হায়নখ্রিবনি—

উপমা কালিদাসস্য ভারবেরর্থগৌরবম্

দণ্ডিনঃ পদলালিত্যং মাঘে সন্তি ত্রয়ো গুণাঃ।

কালিদাসকী উপমা ওইজরবসু মাঘকাব্যনচিং'দা উপমাগী ফজবা, অর্থ গৌরবকী চিং-লেম্বা, রাহৈগী থোং নৌবা পুন্না য়াওরি। ভারবিগী চিং-লেম্বা অর্থগী মতৌ, দণ্ডীগী ফজবব রাহৈ পরেং—মখোয়সিস্থু লৈবিবনি। মতাং লাকখিনি।

সুমিংকী চাদা নাওদানি থাজনরিব অত্তুনা সূর্যবংশ হায়না খঙনবিব ব শ অসিগী শাগৈ মৈতাল অরাব 'বঘু' নিংথৌগী মি' লৌরগা কাবা অসি মমিং থোনবনি। মাহাক অসি কাব্য অসিগী নায়কসু অমনি। কবিনা য়াম্ন সভ্য ওইরব মপুমসু ফারব মীগী কল্পনা অসুম্না তৌরি—

রঘুকুলগী মীওইশিংদি—শে লব মপোক ঙাক্লনি, ফংনিং লিবহ্র ফংস্ত্রি ফাওবা কর্ম্ম তৌবনি। সমুদ্রনা ঙমথৈ ওইনরিব পৃথিবী ঙাক্লিবনি, মথোয়গী দোলাইদি নোংদোন পক্লা পাইবনি, তত্তনা যজ্ঞ-ধর্ম্ম তৌবনি, নিরব মী অমত্তা মখুৎ হাঙনা হুলহনখিদবনি, মরালদৈব মীবু মতিকচাব চৈরাক পীবনি, লৈবাক রায়েন-থৌদাদা মতম চান মিংকপ থোকপনি। দান তৌননগীদমক্তা শেল তানবনি, অরানব হাফম য়াওদনবা রা খজিক্ত ঙাংবনি, ক্ষত্রিয়মচাগী হৌনশা ওইনা মিংচৎ ফংনীংবতনা দিগ্বিজয় তৌই, মচা ফংননবগীদমক্তা মযুম পাল্লি—বিষয়দা চংশিনখিবনা নত্তে। রঘুকুলগী মীওইশিংসিদি—অঙাং ওইরিদৈঙদা মহয় তম্মি, মথোং কাব্রকপদা অপাম হুংশি লমদা চংই, অহল ওইরক্লবদনা মুনিগী পুন্সি মরেল লেল্লি, লোয়শিল্লকপদনা যোগ সাধনানা হকচাং থাদোকই।

ফিদম্লিঙাই ওইরব পুন্সি অসি মখা শমথরক্তনা নীতি কায়ক্রব কাব্যগী বর্ণনদা অস্মুয়া কবিনা বর্ণন তৌরি—

**জ্ঞানে মৌনং ক্ষমা শক্তৌ ত্যাগে শ্লাঘবিপর্য্যয়**

**গুণা গুণানুবন্ধিত্বাত্তস্য সপ্রসবা ইব। ১। ২২**

মাহক অসি জ্ঞান লৈবনা রায়াম ঙাংদে অকনব প্রতীকার তৌফম থোক্লবদস্মু ঙাকপিহৈ, দানদি য়াম্না তৌই অহুবু মহুগী থাগংনরকপস্থু পামদে—অস্মুম্ব মগুণশিং অসি মাহাকীদি পোকমিন্নবগুম্মি। ১। ২২

নিংথৌদি প্রজাগী মপানি অসুম্না হায়রি—

**প্রজানাং বিনয়াধানাদ্রক্ষণাদ্ভরণাদপি**

**স পিতা পিতরস্তাসাং কেবলং জন্মহেতবঃ। ১। ২৪**

প্রজাশিংবু নিংথিনা য়োকপি থাকপিবা ঙাকশেনবিরিব মহৈ-মশিং তম্বিবনচিংবনা মরম ওইরক্তনা নিংথৌদি প্রজাগী চানব

মপানি। মখোয় পোক্লিব জন্মপিতা অদ্‌দি পোকচৈ হায়বতা মঙাইরে। ১।২৪

নিংথৌবা ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌদ্‌না ইন্দ্রনচিংব; লাইয়াম পেন-হল্লবদি লৈবাক মরাতপ্পা-মবাংকায়না পাল্লি—

**দুদোহ গাং যজ্ঞায় শস্যায় মঘবা দিবম্**

**সম্পদ বিনিময়েনোভৌ দধতু র্ভুবনদ্বয়ম্   ১  ২৬**

নিংথৌনা পৃথিবিদগী লৌখৎপয়াব পোৎ লৌখৎলগা লাই-য়াম পেন্ননব যজ্ঞনচিংবা তৌই; মতুদা ইন্দ্রনা পেল্লহনা মতম চানা নোং চুহল্লহনা মহৈ-মরোং মবা' কায়না থোকহল্লি। মতৌ অস্ময়া লাইরৈপাক-মীরৈপাক অনিনা অমগ-অমগা সম্পতি পীথোক-পীশিন তৌনরহনা ২মক নুংঙাইনা পানমিন্নি। ১।২৬

কবিনা তপস্যাদগী ফংলিব ব্রহ্ম তেজবু থাগৎলি—বনদা য়োৗরবদা দিলীপনা বশিষ্ঠদা হায়রি—

**তব মংত্রকৃতো মংত্রৈর্দূরাত্ সংশমিতারিভিঃ।**

**প্রত্যাদিশ্যন্ত ইব মে দৃষ্টলক্ষ্যভিদঃ শরাঃ।   ১  ৬১**

ঐখোয় ক্ষত্রিয় মচাশিংনা পায়রিব তেনশিংসিদি—মাংদা উরিব থরতমক কাপ্পনবনি অদ্‌গা গুরুদেবনা শীজিন্নবিরিব মন্ত্রশিং অদ্‌দি—উবা-উদবশিংবু জয় তৌরিবনি, অদ্‌গা গুরুগী কৃপানা লৈবাক ঙাকচবসিদা অরাৎ-অপা, অকায়-অতোয় অমত্তা লৈজদে; মরম অসিনা শেংনা থঙজরে মদ্‌দি—ঐহাক্না পায়জ-রিব লিকুং-তেন অসি শীজিন্নফম লৈতদ্‌না কান্নদ্রব পোৎ-কুম্নে। ১।৬১

বনদা দিলীপনা ষণশেনবদসু কবিনা কল্পনা শক্তিনা নিং-থৌগী থৌগল লোল কায়দবা উংলি—

**মরুৎপ্রযুক্তাশ্চ মরুৎসখাভং তমর্চ্যমারাদভিবর্তমানম্।**

**অবাকিরণ্ বাল্লতাঃপ্রসূনৈরাচারলাজৈরিব পৌরকন্যাঃ। ২।১০**

কোন্নুংদদি নিংথৌনা লেংথোরকপদা মনাই কুমারীশিংনা মাবুংতোগী কোকথক্তা কবোক অফাবা চায়রদুনা মঙ্গল তৌই। মতৌ অদুগুম্না—দিলীপ নিংথৌনা বনদা গুরুগী হোমধেনু নন্দিনীবু কোয়শেন শেল্লিংতৈসিদনা—নুংশিংনা কন্না ছুল্লিব উরীশিংনা লৈ-থিকথরদুনা নিংথৌগী মঙ্গল তৌরি।

মণবু য়াম্না নুংশিজবিব প্রদক্ষিণা—দিলীপ ২না নন্দিনীবু কয়া য়ামনা লুনা চান্না সেবা তৌবগে হায়বহ উংলি—

**তামন্তিকন্যস্তবলিপ্রদীপামন্বাস্য গোপ্তা গৃহিণীসহায়ঃ।**
**ক্রমেণ সুপ্তামনুসংবিবেশ সুপ্তোত্থিতাং প্রাতরনুদতিষ্ঠৎ। ২। ২৪**

মণ শেল্লিব দিলীপনা মণগারকপ মতমদা গুরুগী আশ্রমদা হুজিল্লকুগা রাণীগা লোয়ননা মচিঙাক (বলি) পীজে, থাউমৈ থানবি। মণবানা তুমপ্রগা তুম্মি। নন্দিনীনা হেক য়াহৌরকপগা নিংথৌ রাণী ২সু থুনা হেক্তা য়াহৌই।

কালিদাসকী দিলীপ মণদা মথরাই লুপ্লব জাতিগী প্রতিঃ নিধিনি। নোংমা, বনদা শঙ্করকিঙ্কর বুংতোদর কৌব অমনা শায়োল্লিব নোংশা ১না নন্দিনীবু ফাখি, চাননা থুদুম চনখি। দিলীপ গুরুগী মণ কন্নবগীদমক মশামকপু কংথোকখি, হায়খি—

**স ত্বং মদীয়েন শরীরবৃত্তিং দেহেন নির্বর্তয়িতুং প্রসীদ**
**দিনাবসানোৎসুকবালবৎসা বিসৃজ্যতাং ধেনুরিয়ং মহর্ষেঃ ২ ৪৫**

মণবীবু নথাথারব হে নোংশা! ঐহাক্কী হকচাংশদোং অসিমকপু ওসি নোংমগী নহাক্কী চরা ওইনবিয়ু, মণবী অসি থাদোকপিয়ু। মচা চেল্লিবী মণবীসিবু মণগানব মতমদদি য়ামনা খৌরাংনা খাইনরম্মগনি। থৌজালবিয়ু, থৌজালবিয়ু।

কবিগী দিলীপনা থাজে—মশা ওাকপদগীদি মিংচৎ ওাকপনা অথোয়বনি—

কিমপ্যেহিংস্য স্তব খেন্মতৗ১ঽ যশঃ শরীরে ভব মে দয়ালুঃ
এক্কান্ত বিধ্বংসিষু মদ্বিধানাং পিণ্ডেষ্বনাস্থা খলু ভৌতিকেষু।

২। ৫৩

অতু নত্রগা—ঐহাক্কী হকচাংসি নহাক্কা হাংপিক্ম থোক্তে খনবিরগনা হকচাং অসিগী মহুৎ ওইনা ঐগী মিংচৎপুদি ঙাক-পিয়ু; মরমদি ঐখোয়গুম্ব মীওইগীদমক্তি মাঙখিগদব হকচাংসিগী করিমত্তা খন্দে, মিংচৎ উরোং খিল্লস্ব অদ্‌তনি, পাম্নরিবা।

২। ৫৭

দিলীপকী প্রার্থনাসিদা পেল্লদ্‌না নন্দিনীনা হায়খি—"রাজন, ঐহাকপু কনামল্লনা মাঙহনবা থক ঙমদবনি। ইশাগী মায়। শক্তিনা নোংশা ১ পুথোক্তুনা নহাক্কী যণ ন্‌ংশিব চাং ঙেংলুবনি। মঙগী শুক্তিদা পেল্লে। ঐগী মঙোমসি লাগী দোনাদা শুম্নগা থকউ। নচা ফংজরো।" বর ফংলব দিলীপ-সুদক্ষিণা কোন্‌ংদা হনখি।

অক্বমশুব সর্গদা—বর দান ওইনা মচা অমা ফংজখি—সুদক্ষিণা-দিলীপনা। রঘু মিংথোনখি। হিন্দুগী হৌনবী সংস্কার-শিং তৌখি। দিলীপনা রাজচিহ্নশিং নত্তনা অতৈ পোৎ কয়া দান তৌখি। কৈশুমশংদগী বন্দী কয়া থাদোকখি।

শাগৈশিংগী মরম—

রঘু মপুং ফানা মপাঙ্গল-মরৌশিং লৈবনি। মপাবুংগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল মহুৎ ইন্নরকপদা ইন্দ্রদেবমক্কী মখুত্তগী শগোল মুল্লকপা ঙম্বা অসি রঘুতনি। মতিক চারব মচান্‌পাদা রাজশক্তি শীন্নরম্মগা দিলীপ রাণী সুদক্ষিণাগা লোয়ননা তপো-বনদা লাইনীংবা চংখি। থোদৈ অসি শাগৈ অসিগী হৌনশানি।

মরিশুব সর্গদা মপাবুংগী মহুৎ রঘুনা শীলহৌবা অদিব্‌ কবিনা অস্নুম্না শীংথারি—

**सदाचार्यं गुरुणा दत्तं प्रति यञ्ज्ञाधिकं बभौ**

**दिनान्ते निहितं तेजः सवित्रेव हुताशनः ॥ ४। १**

ন্ংথিলুগী মহুম লোয়ুবুরুবদা – নুমিংনা মচোন্দা ঠৈবস্থ তেজশিদ মৈদা শীন্নরমদনা মৈনা মঙাল শন্দোকপগী থবক পুংহোবগুম্না—রঘুনা, অমোকপকনা শীন্নরস্থ রাজ শক্তিদ নিংথিনা শাজিন্নরদনা থোয়না মঙান চাউনা পানখি। ৪। ১

রঘুনা ভারত'পুম্ব জয় তৌদনা মথা পোলহনখি। শীংথাবা তাববদা—কাশ্মীরদগী কন্যা কুমারী, প্রাকজ্যোতিষপুরদগী উৎকল-লমদমশিং অসি জয় তৌখি অদগা যবন লূণনচিংব লাকশিন-বদা রাবব জাতি কয়াস লায়না লাকশিনখি। মাগী মথৌনা মরিংজেন অসিগা মপা চানবব-চাউরব যজ্ঞ "বিশ্বজিৎ" কৌব অমা রঘুনা পাঙথোকখি।

মঙাশূব সর্গসিদা চানব মফম চাবদা দান তৌনীংবা, রাজা রঘুগী, অযাম্ব দান থক লৌজনীংব্রব আচার্যাবরতন্তুগী অদগা বিদা তম্বিরকপ গুরুদা ডমজব দক্ষিণা কন্তুনা পোং-থাফম খঙদ্রব কৌংস্থ ঋষিগী যাম্ন রাংলব আদর্শশিঙ্গী অঙকপ ফংনা ফজরব বর্ণনাশিংনি।

'বিশ্বজিৎ কৌব' যজ্ঞদা ঠৈজমথ লোয়না দান তৌথোক-খিদনা রাজা রঘু যাম্না নলে, ঠৈপাক্ত শাব পাত্রদা পোং চারে—

**इत्यप्रपात्रानुमितव्ययस्य रघोरुदारामपि गां निशम्य ।**

**स्वार्थोपपत्तिं प्रति दुर्बलाशस्तमित्यवोचत् वरतन्तुशिष्यः।**

**५। १२**

বরতন্তু শিষ্য কৌংস্থমা—রঘুনা মতম অদদা শীজিন্নরিব ঠৈপাক্ত শাব পাত্রদ উবযুক্তদা নিংথৌ অসি মশাগী ঠৈজব পুম্নমক দান তৌখরে, হায়বা খংলে, অদুনা মাগাক্রা নিগে

খল্লিবদ্ ফংলরোয়, হায়না আশা পিকথখি, নীংহন্নখি। অদ্ময়দি ওইরগা নিবব মীবু মথুৎ হাংনা খক হলহনখিবা ইহনজন্ত্রব রঘুনা ললগী মপু ওইরিব কুবেরদা ল্যান্দাবগা লল খোৎসে অদ্গা কৌৎস্য ঋষিদা দান তৌগে, থৌবাংলকপ-মঙদা—লল।। মপু ওইবিব কুবেরনা মনাই থারক্লুনা অহিংদা লোয়না স্না দোলাই মপোৎ কযামক্লম পীরে। নিংথৌনা মনীং থুংনা দান তৌখি। রঘুনা খাকচব লৈতনা লে যনা পানীং-লবস্থ কৌৎস্য ঋষিনা গুরুদা কংনবদগী হেন খক লৌখিদে। বাংশক্ত মাহাক্লা ভম্বিখিব বিদ্যাহুগা মপা চানব চাংদগী হেন্না খক লৌখদে।

অষ্টম সর্গ — স্বয়ম্বর সভা বর্ণন তৌব মতাংনি। ভেজ রাজকন্যা ইন্দুমতীগী স্বয়ম্বরসভা অসিমক্তি প্রাচীন ভারতকী স্বয়ম্বর সভাগী ফজবশিঙ্গী অযৌবা থাক অহু কবিনা খাকচব লৈতনা উৎপনি হাযবা যাই। মঙ্গলগাদমক্তা ইনিননিল্লিব যন্ত্র মখোলশিং অহুমক্লুনা নোংখো বা ওইবমাল্লে নীংলহনা কোন্নুঙ্গী লৈকোনশিংদুদা রাহোং জগোই শাবি। মতিকচাব ফিজোল লৈতে লবী ইন্দুমতীনা লৈকোনশিংদগী মরক খাযন খাযনা সভা মাগুপ তম্না লাকখি। নিংথিজরব মঞ্চশিংদা চিলেমনা ফল্লিব নিংথৌশিংদুগী মবক মবক্লা চংলকপদ্দা—লপ্প লাপ্পব লমদম-শিংদগী মাগীদমক্তা অশা তৌরদুনা লাক্লিবব নিংথৌশিং অদ্গী হকচাংশিং অদ্ মখোযগী ফমফমশি অদুদা শূপ্নগী হকচাং পোলাং মথৈত মঙাইহোরে—মথর ইমথৈদি শুক্লাংনিঙ্গাই ওইববী ইন্দুমতীদা লোয়না চোংশিনখবে। নিংথৌশিংদুগী অহানব ভাব মফোঙদোকসি কবিগী অঙকপ কল্পনানি।

তাং প্রত্যম্বিক্যকরমনোরথানাং মহীপতীনাং প্রণয়াগ্রদূত্যঃ
প্রবালশোভাইব পাদপানাং শৃঙ্গারচেষ্টা বিবিধা বভূবুঃ। ৮।১২

উপাল-হৈপালশিংনা বসন্থদা নৌনা চোংখংলকইব ময়োল-শিংনা মশা-মশাগী যৌবন বসন্তগী হয়াও-মুংঙাইজবা অমদি নুংশিব ভাব ফোঙদোক্লবগী মখল-মখা য়াম্লব পাম্বৈশিং ওইনৈ, মতৌ অতুগুম্না ইন্দুমতীদা মথরাই লুপগ্রব স্বয়ম্বর সভাগী নিংথৌশিং অতুনা মখল-মখা য়াম্লব শাথেকশিং অভিনয়শিংনা অপাম-নুংশি পুক্লিং রাখলশিং ফোঙদোক্লখি। ৬। ১২

কনাগুম্ব নিংথৌনা থম্বাল মখোক্তা পায়রন্থনা কোয়হাই হাইখি। থম্বালদা পক্লম্ব খোইমু পাইথোকখি। থম্বাল লৈরিক পাইহৌট। ১৩

কনামনা মায়থোংতু খজিক হাইগংলগা নোকমি-নোকমি তৌরদুনা লেংবান্দগী নাম্বরক্লিব লিকপরেং অদু ডকশমদা মফম চানা শেমজিল্লি। ১৪

কনাগুম্ব নিংথৌনা মিংক্ষম হুন্দাননা য়েংলগা খোঙগী খোংশাগিং অদু খজিক কোনশিল্লগা আসন মমাংদা তারিব ফজরব খোংদাফম অহুদা তক্লি অদুগা খোঙগী খুক্লিজ মঙাল-শিং অদু পাক্লা তারি। ১৬

কনাগুম্ব নিংথৌনা মশাগী আসন ময়ায়দা ওইথংব খুৎ শৌরদুনা নক্লা ফম্মিন্নরিবা মরুপ অদুগা রাখী শানরি। ১৬

কনামনা ফিভম ইকায় কায়দনা লৈরিব কোক্কী লুহুপ অদুবু মফম চান্দ্রে হায়বগী মতাগুম্না শেমজিল্লি, মথুক্তু লুহুপ্তা থম্মি, লুহুপ্তা থাম্লিব হীরাশিঙ্গী মঙালনা মখুংকী খুৎ-শাশিংদু পূমঙান ঙাম্মোক্লি।

কামগী মখা পোল্লব রাজকন্যাবু পামজবব স্বয়ম্বর সভাগী সদস্যশিঙ্গী কামগী সাত্বিক অভিনয়বু অম্মুক নিংথিনা বর্ণন তৌবসি কালিদাস নত্তনা অতোপ্প অমা পাক ঙম্লোই। ভোজরাজ-কুমারী ইন্দুমতীবু স্বয়ম্বর সভাদা লমজীংদুনা নিংথৌশিংগী মশক

ঋতুশিংসি মিত্না শংশং উবগুম তৌই অমসুং তশেংনা অনুভব তৌই, মসি অশৈবসিগী কলাকৌশলগী অথোয়বা খুদমনি অমসুং খুদোনি। লাইরিক অসি পীক্লবসু য়ামনা মগুণ লৈবা পোৎনি ; মাগী শৈথানা ঋতুশিংগী ওইবিবা ফিবমশিং ময়েক লানা উহল্লি, রাইং রাতা থোংমেই অমসুং তনৌ তনৌই অদুগা সমাসনা হকচিনমনবসু ওইদে। মসি পারিবা মীশিংগী থম্মোয় হূদনা হোক্কে।

মসি কাব্য ইবগী হৌনবী সর্গ ( Canto নাইনা ইরি অমস্রং সর্গ ৬ক্কা লৈতেংই। শৈরেং শৈকক ( Stanza ) শিংসি মওং তানা সংস্কৃত ছন্দ শাস্ত্রগী ( Prosody ) নিযমশিং অমত্তা কাংদনা ইরি। অহানবা Canto অসিদা গৃষ্মঋতু: (ওলাংথা) গী শকফমতু তশেং তশেংনা উহল্লি। মসিদা অহানবা শ্লোকগী ২১শুবা ফাওবসি বংশস্থবিল হায়বা ছন্দনি মদুদি— 'বদন্তি বংশস্থবিলং জতৌজরৌ' সংস্কৃত শৈরেং শৈককলোলগী মতুংইন্না মযেক ১২ না শারগা জ, ত, জ অমসুং রগণ মবিসিনা লৈচনবনু বংশস্থবিল কৌই। অদুগী মতুংদা শ্লোক ২২ দগী ২৮শুবা ফাওবনা মালিনী ছন্দনি। মদুদি— 'ননময়যযুতেয়ং মালিনী ভোগিলোকৈঃ' মযেক ১৫না শাই অদুগা নগণ অনি মগণ অমা অমসুং যগণ অনিনা শেমই।

অহানবা Canto অসিদা মমেঋতুঃ ( ওলাংথা ) গী শকফমতু তশেং তশেং উহল্লি। নুমিৎনা খাংঙমদনা চাকনা শাগৎলকপনা তোইনা ইরুজবনে, পুথ্রীনচিংবগী ঈশিংনা কংশিল্লকপনে খাংবদা অরাবা ওইরি, অদুবু নুমিদাংরাইরমদদি খবা শাফে অমসুং থাবলদি থোয়না হেন্না পাম্নরকপা মতমনি। মতমসিদা নৌনা মথোক কাবকপী মিহৌজাওবী কনাগী থম্মালপুম্নম ঙমজবা খবাক মতাফবদা তবাবা ফিনা লৈতেংবদি থোইদোক্কা সহৃদযশিংগী

থম্মোয়দা থোয়না মিতানি ঙাইনি। 'অমুদ্গতস্বেদবিলাসমন্থরো বিমুচ্য বাসাংসি গুরূণি সাম্প্রতম্ স্তনেষু তন্বংশুকমুন্নতস্তনা নিবেশয়ন্তি প্রমদা সযৌবনা.।" অর্থদি— হকচাং তুখোং খুদিংদা হুমাং ইরিক কারকপা নৌনা মথোক কারকপী চন্‌রাশিংনা থম্বাল পুম্মুম তাবা থবাক মতাকবদা অথাবা ফিগী মহুৎদা তবাবা ফিনা লৈতেংবদি থোইদোক্লা অউবশিংগী থম্মোয়দা মিতানিং-ঙাইনি। চেংহি শম্বাললাংলবী কালেন মৈশা কোক্লবা মাংয়ান তুংয়ান অনিদা তবাবা ফিনা লৈতেং ওই, নিংথিনা চন্দন চাইশিল্লবী, খোঙদা লাক্ষা তৈরিবী শাঙেল লৈরাং পাংথক্লবী চন্‌রাশিংনা কাঙগী খোংথা' তমজনা হায়না হুম্না চৎপদি থম্বনচাওবা কনাগী থম্মোয় মরাং হৌনিংঙাই ওইদবগে? অম্মুমনা অশৈরেনবনা মাগী হৈনজবী প্রমদাশিংগী কুচ বর্ণন মরাং কাইনা শৈথারি; অম্মুক শারবা মতমদম্মু অশৈবসিনা শৃঙ্গার রসপুদি কাওঙমদে।

ওলাংথাগী ন্‌ংশাগী মৈশানা মৈহৎপদা জীবপুম্বসি চোকথ নখিহ্লনা উক্লম-রাক্লমতা খিনগ্রে অমম্মুং অতোনবা জীবফাওবা হিংসাগী রাখল থাদেক্লগ্রে। খুদমদি লীন্না উক্লম থিবদা রাহোংগী মক্লমদা চংলুরে, অহবুনে চোকথরবা রাহোংনম্মু লীনবু চাগে থনখিদ্রে অম্মুমনা চোকথরবা নোংশানা শামু তানগে খনখিদ্রে। পুথ্রী, খোংবান্না কংগ্রবদা ঈশিংদা চাক্লাবা জীবশিং থোইনা অরাবা ওইগ্রে অমম্মুং ঈশিংদা হৈনজবা শাশিং ইরোই শামুনচিংবসু অচৌবা ঈশিং থিনরক্লে। ওস্থোকপনি ওলাংথা! ইস্থে ক্লস্‌ শাগ্রেদা, ন্‌মিৎযুংবা মতমদা শোরোক য়াংবী মথকসে মৈরি খোংনেৎনগুম্মে। ন্‌মিদাংবাইগী মতমদা নামিবা মালংবনা হৈরাং-লৈরাংগী লৈনমগা লোইননা তাইবং মাওথেম্লবব্‌ খ্‌ৎলাম তোয়না ঙাইনৈদো। ন্‌ংশাগী মৈশানা চাক্লহুনা ওকশক্লমনা লৈখোম লৈনাং কংগ্রবা পাৎ-পুথ্রীনচিংবদা লৈন্‌ং চংগে মতাঙম

মচিন অতুম্বহুনা লৈবাক খোংলি। উচেক অমসুং য়োংশিং শামন্দুনা মাইকৈ খুদিং চেন্নরে অমসুং মৈশাগুম শারে। বন্দা লমমৈ চাক্লকপদা বনগী শাশিংনা অচৌবা তুরেলদা চেন্থনখ্রে। মতমসিদা থম্বাল লৈনমচেল্লবা অয়িংবা ঈশিংদা ঈরুজবা, প্রাবলবু ভাইবা, নুমিদাংবাইগী তাঞ্জাদা দোলাল মথক্তা মিহৌ-জাওবীশিংগী নুংশি ইশৈ অসিনচি বনা কালেন মৈশা মুংনগ-দবা মঙাইরে, ইন্দোকননে শাগ্রেদা ওলাংথা!

অনিশুবা Canto দা তাইবং লীলা মপুগী খুংশেমগী চংনবী নিয়মদা রাক্লরগা নুংঙাইবা অমসুং নুংঙাইবগী মতুংদা অমুক অরাবা লাকপা, অমত্তদা লেংদনা লৈতে হায়বহ্ চুমহনগে মতাগুম ওলাথাগী মৈশানা চাকপমথৈ চাক্লুরবগী হেক মথংদা বর্ষা (নোংজুথা) কৌবা ঋতুসিদা চোকথরবা জীবশিংবু অমুক তনৌ তনৌনা তেকখংহনখ্রে। মসিদসু অহানবা শ্লোকতগী ১৯শুবা ফাওবসি ব শস্থবিলনি, অতুগা ২০, ২১ বসন্ততিলকনি। মতুদি— 'নৈয় বসন্ততিলক' তমজা জগৌগ:' মসি ময়েক ১৪ না শাই। তভজজ গণশিং অমসুং গুরু অনিনা শাই। ২২ দগী ২৮ ফাওবা মালিনীনি।

হন্দক নোংজুথানা লাকপদি কনাগুম্বা মতিক চাওবা নিং-থৌনা সনা খোংলেংলক্লুমই; ফুইনা হৌবা মুরৈনবা নোংনা শামু খোংনেংনগুমই, মরক্তা নোংথাং কুপ্পনা ফিরাল পরেং পাইরিদো অমসুং মরক মরক্তা নোং থাকপা পুংশেন যন্ত্রশিংগী খোন্থাংবু ভুমজৈ, মতিক লৈদা নোংজুথা! নেমনেম্নবা মুরৈনবা তারমদাইগী নোং নংসে পিবুক্লুংদা নাওতম্নবী থাবুম মগুা-তরুক শুগ্রবী কনাগুম্বীগী থবাক মতোনগী কুচুগা পাংথক্লি, অসুম্না অশেরেনবনা শীংথারি। নোংজুথানা লাকপদা নোংগৌবীনা হরাওবা, রাহোং জগোয় শাবা য়েংবগী পেনবা নাইদরে, ঈচেল

নাইবী তুরেলশিং লাইজনা শ্বাই পাগ্রে অমসুং করিগুম্বদা তোর্বান থুগাইদনা লাইজ ইফাংনখ্রে। নোংজুথাগী ফুইনা হৌবা নোংলক্লা অথাক অৱাও কিদনা সঙ্কেত মফম য়েৌনবা অভিসার চৎলিবী পুকচেল চাওবীশিংগী লম্বীদু মরক্তা কুপ্লকপা নোংথাংনা লম্বী লমতাকপিরিনে। অদুগা কনাগুম্বী মিপাই-চাওবীগীসু অশৈবসিনা শাংথারি।

“যথোদ্ধরৈর্মীমাংসার নহবনং হর্তাঙ্ক্ষিরুদ্ধোজত চেতসো ভূশাম্।
ক্রীড়াগৃহানাং যাষত. প্রিয়ান্ পরিষ্বজন্তে শয়নে নিরন্তরম্ ”

অর্থদি— কনাগুম্বী মিপায়চাওবী, নো থাক মথোন্দা কিগনবীনা মরাল লৈরফাও মাগী চান্নথোইববু হন্না চেৎনা কোনশিল্লি; নোংজুথানা অনিসিগী নুংশি পন্দোমনহল্লি, অসুমনা অশৈরেনবনা সম্ভেগশৃঙ্গারবু কাওঙমদে। মাগী চান্নথোইবনা লমদম তাম্না লৈখিবা কনাগুম্বীশিংগীদি থোইনা হেন্না ৱানিংঙাই ওইবা মতমনি। নোংজুথাগী মতমসিদা বনগী লাইরেম্বীনা অশংবা ফিভোলশেং শজি মচাশিংগী তথকপা মিংয়েং থোইদোক্লা পুক্লিং হুনিংঙাইনি; শামু মচুমতাবনা অনৌবা নোং উবদা থোইনা হৱাও মথোয় কাখ্রে। মিহৌজাওবী কনাগী মাংয়ান্নবু হেল্লি হায়গে খনবদা তুংয়ানগী শংক্কী অৱাংপা মেনখংকে মতাগুম শমজোইশিংনা নিংদুয়ৌ, কাঙগী খোংথাংবু ভম্বরা, শামু খোংথাংবু তমবরা? অসুমনা চংলিঙৈ নোংলিক্লা থজিক য়ৈখিবা হকচাং তুজুংঙকপদি অয়েংবগী পুক্লিং হুনৈদো। কনাগুম্বী ইৱাংজাওবী অকে অমৌদা লুপচবী অহল-লমনগী নাক্রুগী তুমফম কাদা চংনিংবহু চংঙমদনা লৈরি-ঙৈদা নোংখাক মথোন্দা কীবশা তফি. তক্লিং চংখ্রে। ৱাহৌংনা জগোয় শাবনে, কেতুকীনা শাংপনে কদম্বচিংবসু শাংলিনে। চান্নম্বা বিন্ধ্যচীংদোন অনৌবা নোংনা ইংহনগ্রে, ঈশিং পামজবা জীবশি থোইদোক্লা হৱাওজগ্রে অসুমনা নোংজুথা লাকপদা

জীবপুন্নগী অন্না-মৈচাক কোকথরে, হা নোংজুথা! কালেন-মৈচাকী মৈশা কাওব্রেদো!

অহুমশুবা (Canto) দা হাদ্রেম্বনু ( নিংথমথা ) লাক্লে, শরদ ঋতু নহাকসে অনিশুবা বসন্তনা ? ছন্দক্কীসিদস্মু অহানবা শ্লোকতগী ২০শুবা ফাওবসি বসন্ততিলকনি, ২১ দগী ২৪ ফাওবা মালনানি অহুগা অমুক ২৫শুবনা বসন্ততিলক অমসুং ২৬শুবনা মালিনা ছন্দনি। শীংনাং মপান শারকপা, লৌবুক্তা ফৌনা খোইথাংশাবা, নোংজুথা লোইশিনখিবনা তরু তরুরবা অতিয়াদা মপুংফাবা থাজনা তাংথক নাইদনা থোকপদি অশৈবশিংগী পুক্লিং শুমহৎপা অমসুং অপামজাওবীশিংগী থম্মোয় মরাং হৌনথানি। উরোক পরেং পাইবনে অঙোবা নোংম্নু কোইপাই পাই মপুং-নিংথৌগী চামর ছুল্লিবরা ? মালিকা অমস্নুং সনারৈনচিংবনা থোংদোক্লা ফজরি, থাবলগী অহিংনা নুংথিন্দগী হেন্না শাংলকপা থোইদোক্লা নিংথিজরি। কনাগুম্বী কায়নমৈশা লাংলবীগী নু শাস্বর হোনংগী অন্নাবতু লৈচিন ওইনা ফোংদোকই। ঙান্নু কাও জুরা জুরা থরো থম্বাল মরক্তা থেক্লা খোইনা চংপদি অয়ুক অঙনবগী পুথ্রীসে কেবা হৈবী কনাগী পিশুমগী খুৎথৎতু ইকাই-নিংঙাই ওইরিদা। শিঙ্গারৈনচিংবা লৈরাংগী লৈনম্না কয়াতা নুংশিপ্রবা, মালংবনা হৈরাং লৈরাংশিং নিকহল্লি অমসুং অয়েংবা কনাগী পুক্লিং হুরি। তনৌবী কনাগী মালতীনা শমজোইগী লৈতেং ওই, থরো অশংবনা নাচোম ওইনৈ। তরু-তরুরবা পুথ্রীদা মপুংফাবা থাজগী মমি তারিবা, নোং হাইগৎখিবনা মাইকৈশিংস্নু তরু তরুরিবা মতমসিদা মাইথোং থাবু ঙমজবীগী মাইথোংবু উবদা কনাগী পুক্লিং শুমহৎতবগে ? মিহৌজাওবীগী নিংথিব। শকফমগী মতৌতম্লিবা অয়ুক অহু উবদা থোইনা পুক্লিং থোইরাংই। শরদকী নিংথিবা উবদা লম্বীচংপা কনানা হৌপ্রবা মতম্নু নিংশিংহুনা থোইনা থোইশাওরি; শরদ কৌবা লাইরেম্বী মিহৌজাওবী মতৌতম কেনা মৌনা চংলিনে।

মরিশুবা Canto দদি হ্নমন্ত: ( উল্লেস্থা ) চংলক্লে, থোইনা হেন্না ইংখরে। অহানবা শ্লোকতগী ১২শুবা ফাওবসি উপজাতি ছন্দনি মহুদি—"অনন্তরত্নপ্রভবস্য যস্য হিমং ন সৌভাগ্যবিলোপি জাতম্।" মসি ময়েক ১১ না শাবনি, মসি ইন্দ্রবজ্রাগা উপেন্দ্রবজ্রাগা য়ান্নহনা শেম্বনি। ১৩শুবদগী ১৭শুবা ফাওবা বসন্ততিলকনি অমম্মুং অরোইবসিনা মালিনীনি। ম মসিদা লাইজ লৈরাং থম্বালদো মশক উবা কংখিদ্রে লৈনুংলৈদা চংপ্রবোই, অতুবু থম্বালগী মগুন মাংফদে মতাগুম মতমসিদা অশামমুংশি থুংনিংলিবী অপুক্কধুপনা শমজোইগী মনম হাপ্লিবীশিংগী মাইথোংনা থম্বাল লৈহুৎ শিল্লিদো অমম্মুং অহিংনা হেন্না শাংবনা মুংশিপম্মুং শুমথৈনেদে', লোধ্রপুষ্প মঙাইরে মতমসিদা শাংলিবা, হৈজিংকারবা কৌশিংগী লোকুপাম্মানিদো মতমসে। মিহৌজাও গীশিংনা খুজিন্নাচি লৌথোক্লে, মনম মুংশিবা চন্দয়া ককচাং লৈতেং ওইনা শেমখরে, নুংশি পম্মুংগীদমক শেমশাখরে ; অম্নুমা অয়ুক্কা নুংশি পম্মুংনবগী অবাবা কোংদে'কপা ওইনা উনাব্রানাদা লিক্লাগা উনগা তামিন্নখরে। চান্নবীনা খৌরাংনা গুাইরি অমম্মুং চান্নবনা লৈহিগী মদ্যনা ময়ায় কাহনা রান্থরি। নুংশি পম্মুং পম্দোম লোম্নবীনা নোংগুাম্নবদা অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্লা য়ৈবদা লৈবাক্লেগুম পখরি অমসুং ফিজিনা মাইথোং কুপ্পুনা নুংশিপম্মুংগী খুজিল মকম অমসুং য়াখুল লোংনৈদো অদুগনে নুংদাংরাইরম য়ৌরকপদা গুরাংগী চোকখুরবা হকচাংদু লৈতেং কয়া তৌদুনা মিহৌজাওবীশিংনা অমুক তনৌ তনৌনবা হোংনরি। অসুম্না মিহৌজাওবীশিংগী থোইনা হেন্না অপামনুংশি পম্দোম্নবগী তাঙ্গা ওইদ', অহিংনা কা হেন্না শাংবসিনা হো উল্লেস্থা নহাকসে! মতমসে সম্ভোগ শৃঙ্গারগী পম্মেংফমনিদা!

মঙাশুবা Canto দা হিমাম্রয়: ( নাকেস্থা ) চংলক্লে।

অহোবদগী ১০শুবা শ্লোক ফাওবসি বংশস্থবিলনি, ১১ দগী ১৬শুব ফাওবসিনা মালিনীনি। মতমসি উনা-রানা অয়াম্বা কেনবা মতমনি, উ-রাশিংসি অরিবা মনাশিং কেনখিদনা লাইনিংবা যোগীশুব তুমিন্না লৈবা মাল্লি। চুরোকপাম্বা ওইরক্লে, মৈশা অমসুং নুংশানা খ্রাইদগী নুংঙাইবা, থোং থিংজিল্লগা অক্নমবা কি ইন্দুনা খাংহৈবা, উন পুবা নুংশিং কন্না শিংপা, হকচাং তনীকপমথৈ হংইদা।

হকচাংদা ময়ায় কানবা পুষ্পমদা পেন্না থক্কুনা; চিন্দা শিশি কামতুনা হিপফম কাদা চংখি, শাংলবা অহিংসিদা নুংশি পন্থুংনবদা চোকথরবী হকচাংদা চন্দন্না লৈকা য়েক্লিবী মিহৌজাওবীহু মদা থকপনা তেকথংনরি। অহিং মতম হোৌথরে, নুংশি চা ।মিন্নবগী অরাবদু লেংতুনা মিহৌজাওবীদু তনৌবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা লক্ষ্মীগী শাথেক লৌথরে। মতমসে চুহি শুংবগী মনগনা নুংশিবনে অপাম নুংশি হেনগংলিদা। উনা রানানা কেনজল্লবস্থ অপাম নুংশিগী রাখন্দি কেনবা মরৈতে নাকেন্থা!

তরুকশুবা Canto সিদা ঋতুরাজ বসন্তঃ (য়েনিংথা) মাগী লৈজবী লৈতেংগা লোইননা তাইবং খোংদারক্লে অমসুং উনা রানা পুম্নমক পুম্ননৌ নৌথ্রে। অহানবগী শ্লোকসি বংশস্থবিলনি, ২শুবদগী ১৬শুবা ফাওবনা উপজাতিনি, ১৭শুবদগী ২৬শুবা ফাওবনা বসন্ততিলকনি, ২৭শুবনা মালিনীনি, ২৮শুবনা শার্দূলবিক্রীড়িতনি মদুদি—"সূর্য্যাশ্বৈর্মসজস্ততাঃ সগুরব শার্দূলবিক্রীড়িতম্" ময়েক ১৯ না শাই, ময়েক ১২ অমসুং ৭ তা পোথাই, ম, স, জ, স, ত ত গণশিং অমসুং গুরু ১ না লোইবনি, ৩০ দগী ৩৩ ফাওবা মালিনীনি, ৩৪ দগী ৩৬ ফাওবনা বসন্ততিলকনি। লৈলেংবশুম শৈরেং শৈকক ওন্ন ওন্না ইরি। মতমসি থোইনা পুক্নিং হূরবা মতমনি, সহকার অপোম্বনা

অথোৌবা তেনজৈ ওইহুনা, খোইমু পরেংনা লিরি ওই, মিহৌ-জাওবশিংগী থম্মোয়দা লেংগে হায়দুনা বসন্ত ( য়েন্নিংথা ) লাক্লে অমসুং হৈনৌ মপান্নচিবনা থোইদোক্লা নিংথিজখ্রে। হৈরাং লৈরাংনা শাৎপনে, নুংশাগী মৈশাসু কন্দবনে, য়াম্মা ইংবসু ফরকপনে, থোইদোক্লা নুংঙাইবা মতম ওইবনা, মিহৌজাওবী-শিংনা লৈরাং লৈখন খিবিক্লা হকচাংগী লৈতেং ওইনদুনা পাম্মুবা কনাগী থম্মোয়দা থোয়না হেন্না মিতাহল্লি। খ্বাইদগী হেন্না অপাম নুংশি য়াকাইবা মতম ওইদা; য়েন্নিংথা হৌরকপসিদা অপাম নুংশি লাইরেম্বসি মহাদেবগী অঙ্গমশুবা মিংকা মৈশানা চাকপ্রবসু হৌজিক হিঙ্গৎতুনা মথোক কারকপীশিংগী হকচাংদা লৈফম ওইখিব-গুম তৌরে। "নবেষু শাল্মো মদ্বিগলসেষু গণ্ডেষু পাণ্ডুঃ কাঠনম্ভ ঘু। মধ্যেষু নম্নো জঘনষু পানঃ হস্ব তাম্মনম্ভা বহুধা স্থলাঃ১ ষ" অর্থদি— পুষ্পাসব থকপদগা মিৎ তথক তথকপা, চাইরুংদা তাইবা, থম্বাল-পুম্বুক তাবা থবাক, খ্বাং চেংতকপা, তুংয়ান নিংদু লুমতকপা অসুম্না মথোককাবীশিংগী হকচাংদা অপাম নুংশি লাইরেম্বনা খোংদারি। অপামজাওবাশিংগী হকচাংবু শৈথাবদি মপা লৈতনা হৈনজবা কাচিন য়োবা অশৈরেনবনি। কুমার সম্ভবতা জগৎমাতা দুর্গা ফাওবগী হকচাং শৈথাখিবা অশৈবনি, হন্দক য়েন্নিংথা চংলকপসিদদি থোইনা হেন্না শৈথারক্লে। হকচাংদা লুমাং ইরিক থক্লিক ফাওরকপা মথোককাবীশিংগী পুম্বুম্নবা থবাক্লা কুঙ্কুমন-চিংবা চন্দন তৈত্তুনা কামগী মৈশা শাংনরি। কোকিললাবা খোল্লৌবা হৈনৌ মপলগী রস চুপ্লদা পেনঙমদা মাগী চান্নবীদা তেমশিংলি; খোইমুলাবা খ্বাংজেংবসু অদুমঙাই থম্বালগী লৈহি পেনঙমদা মতারোইগী মফমদা নাপচিক্লা ঙংলরি। অসুমনা অশৈরেনবসিনা মীওইবদগী হেন্দোক্লুনা অতোনবা জীব ফাওবদা সম্ভোগশৃঙ্গারগী মগুণ শৈথারি; হৈনৌ মনা তনৌবী তনৌতঙাংবী

নামিবা মাগী তাম্বাদা থেক্না নৌনা জগোয় শা, খুৎলাম তোয়ন খৎপদি নুংশিবা কনাবু কৌবরা ? অম্মুম্না মাগী শৈথাশিংসি চংচং লাওবা শৈশক্লি, অতাবা কনাগী থম্মোয়বু মাগী য়ায়ানা হুদবা লৈবগে ? ঙসি ফাওবা তারি মাগী নুংশি পাওদম, তাহৌখিগনি মাগী থোন্নুংশি মীওইবা জাতিনা খমস্ত্রিমথৈ, আঃ ইম্বোক্না থুমপ্রেদা মাগী য়ারা ! ঋতুরাজ বসন্তনি অমসুং রসরাজ শৃঙ্গারনি ; মফম অমদা মতম অমগুদা নিংথৌ অনি শাস্ত্রাংননা ঙাম্বোয়বা মফমঙ্গু খিং মতাংলিগনি ভারত নত্তুনা। অশোক কৌবা লৈপালনা তঙাং-তঙাংবা মপালনা য়োময়োম্না শাৎপা। অয়েংবা কনাগুম্বগী থম্মোয় মৈচাক কোক্তবগে ? অসিন-নিনে নশোকঃ-অশোকঃ নমিংগা নশক্না চাম্নরেদো ; পঙ্গে। মপাল তঙাংবী কোন্দাননা শাৎপদি পাম্মুবা কনাগী থম্মোয়বু হুবগে ? লমদা থাদি লাইরেম্বী। জুমজুম শাৎপী লৈরাংনা থবাক পুম্মুম ঙমজবী, মালংবনা হুম্বদা খ্বাংজেৎ কোমদানরিবী মাওইববু শুম্বপেল্ল, পুক্লিং লাকচরিবা মুনিবুস্থু ককঙাওনহনগে তেমশিংলিবরা ? ইম্বোক্লস্থু ফজেদা য়েন্নিংথা লাইরেম্বী নঙসে।

"মধুসুরভিমুখাব্জং লোচনে লোধ্রতাম্রে,
নবকুরবকপূর্ণঃ কেশপাশো মনোজ্ঞঃ
গুরুমংকুচযুগ্মং শ্রোণিবিম্বং তথৈব,
ন ভবতি কিমিদানীং যোষিতাং মন্মথায় ।"

অর্থ দি— নৌনা মথোক কারকপী, লৈহি লৈনম চেল্লিবী, মাইথোং থম্বাল ঙমজবী লোধ্রলৈরাংগুম ঙাংতকতা মিংস্না থম্বাল অনিনি ; তনৌবা কুরবলৈরাংনা শমজোই লৈতেং ওইরিবী, পুম্মুমতাবা থবাকনে, লুমদানবা নিংহুনে শামুমচাগী খোংথাংগুম নোম্নোম্না চৎপদি অউবা কনাগী থম্মোয়দা খোইরাং মিতাদবগে ?

অর্থদি— থম্মোয় মহি চেলহনবা হাইনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবগী মশক্তুবু মাধুর্য্য কৌই। অতুনদি মাগী কাব্যসি পাবদা থম্মোয় চেনবা কন গী থম্মোয় মহি চেন্দবা য়াওবগে ? অমসুং মাগী হৈনজবী উপমালঙ্কার Simile ফজনা য়াম্না তোয়না থেংনবিগনি, Description দি অয়েবীনি, য়াহৈ য়াতা থোংনা মেংনা পুক্লিং হুবা শৈশক্লি; মাগী শৈরেংশিংসি পাবতদা মিল্দা শং-শং উবা ফবগুম তৌই। মপুং ওইবা রসতি শৃঙ্গাররস ( Love of emotion ) নি, মসি তংন থানদনা ঋতু ৬ মক্তা য়াওরি। অপাম নুংশিদা লুপচবা অশৈবনি, নুপীশিংগী হৃকচাং অমসুং মরুওইনা থম্বাল পুন্নুমবা থবাকী শৈথাবসি মরাং কাইনা য়াওই, মসি মাগী হৈনজবী ওইরমাল্লে।

তৌজিক সংস্কৃত সাহিত্যজগত্তা চৎনরিবা রস (Emotional flavour) সি মাপলনি হায়না অশৈবশিংনা লেপ্পরে। মতুদি— **রসরাজশৃঙ্গার: ( Love of emotion or lust ), হাস্যম্ ( Humour or Laughter ), করুণ: ( Pathos ), রৌদ্র: (Anger), বীর: ( Heroism ), ভয়ানক: ( Fear ), বীভৎস: ( Hate ), অদ্ভুতম্ ( Wonder ) অমসুং শান্তম্ ( Calmness )** অসিনি। ময়ামসিগী মনুংদা শৃঙ্গারনা রসরাজনি হায়না সহৃদয়শিংনা শাংথানৈ। করিগুম্বদা কনাগুম্বা অশৈবনা বাৎসল্যরস হায়বা তরাগুবা রস ১ লৈ হায়; মতু প্রেমরসকী মথলশিংগী মনুংদা অমনি হায়না লেবা য়াই। মথক্তা হায়রিবা রস মাপলসিগী মনুংদা কালিদাসনা য়াম্না হৈনজবা রসসি শৃঙ্গার-রস অসিনি। অতুনদি মহাকসি শৃঙ্গারিক কবি হায়না কৌনৈ।

কনাগুম্বনা কালিদাস হায়বসি মপালৈতবা ( Pairless ) মহাকবিনি হায়না শাথানৈ মতুদি -

"পুরা কবীনাং গণনাপ্রসঙ্গে কনিষ্ঠিকাধিষ্ঠিত কালিদাসঃ।
অদ্যাপি তত্তুল্যস্য কবেরভাবাদনামিকা সার্থবতী বভূব।"

অর্থদি— মমাংঙৈদা কবি কনা লৈবগে হায়দুনা মশীং থানরকপদা খুনাওবীদগী মশীংথীবা হৌরকপদা অহানবা খুৎনাওবীদু কালিদাস ওইখ্রে। হৌজিক মথং অমা মাগা মান্নবা অমা লৈত্রবনিনা খুনিংথোসি হাংদুনা লৈরি। মসিনা তাকপদি মাগী লান্না লৈতে হায়বনি।

# মালবিকাগ্নিমিত্রম্

## কথাসারঃ (অহানবা অঙ্ক)

শ্রীরজনীকান্ত শাস্ত্রী

খৃষ্টীয় চহিদগী মমাং খর ওইনা বিদিশা (মালব দেশকী মনুংচন্না লৈব বেত্রবতী তুরেলগী তোর্বান্দা লৈব সহর) দা অগ্নিমিত্র কৌব নিংথৌ অম পাল্লম্মি। মহাক্কী ধারিণী অমসুং ইরাবতী কৌবী মহারাণী অনিথক লৈরম্মি। বিদর্ভ নিংথৌ মাধবসেনসু মাগী মচনুপী মালবিকাগী বিবাহসি অগ্নিমিত্রগা লোইননা পাংথোকনিংলমই। অদুনা মতুংগীদমক থিন্দনা অগ্নিমিত্র উননিংলমই (খেননিংলমই)। মাধবসেনগী মখুন্নানা পোকপা যজ্ঞসেন মফমদুগী বিদর্ভগী) নিংথৌ ওইরমই। মহাক অগ্নিমিত্রগা য়েক্লবম্মি। মাধবসেনগসু নুংঙাইনরমদে, মহাক্না মাধবসেনবু নিংথৌ খুভমদগী বন্দী ওইহল্লমই। মহাক্কী মন্ত্রী সুমতি (মাধবসেনগী মন্ত্রী) না মবুঙোন নিংবদু থুংননবা মালবিকাবু অগ্নিমিত্রগী নাক য়োহন্নিংলমই। মতুংইন্না মন্ত্রীনা মালবিকাবু মচনুপী কৌশিকীগা লোইননা কোনুং (সহর) দগী রাংমলান্ন পুরক্লগা বিদিশা চৎপ কাংবুগী মরক্তা থাজিনখ্রে।

লম্বী লাকপদ ৱারদুনা মীয়ামদু জঙ্গল অমগী মন্নুংদা পল্লম্মি, মফমদুদা ডাকু কাংবু অম চংলক্কুনা তকখাইরকপদগী মফম-মরাং ইথং খংনদনা কাইরে, লাঞ্জাও থোক্লে। মাদুগী লান-ফমদা মাধবসেনগী মন্ত্রী সুমতি শিথরে। মচননুপী কৌশিকী ৱান্থখরে, চুহাক ৱান্থক্লরগা মহাক্না হৌগংলকপদা (মফমদুদা) মালবিকা উদ্রে। অরাবনা উপগ্রবী ওইন ওইনা মবুংগী অগ্নিসংস্কার লোইরম্লগা বিদিশা তান্না লাক্কুনা সন্ন্যাস লৌখরে (লাইনিংবী ওইখ্রে কালগীক্রমদগী মথং মথং ওইনা মহাক অগ্নি-মিত্রগী কোন্নুংদা চংখরে। অদুগা মহাক রাণী ধারিণীগী থৌজান্দ-গী তরাম তরাম তৌবিদুনা মপুনসি লেনখি। অসোমদা ডাকু-শিংনা ফাদুনা মালবিকাবু বন্দী অমা ওইহল্লগা খুদোনপোং ওইনা বীরসেন কৌবা ধারিণী মহারাণীগী মপুৱা, অগ্নিমিত্রগী চুমখৈ চাক্লিব নিপাদুদা কখোক্লমলে। বীরসেননা মালবিকাগী ঈশৈ নোংমাইদা পামজবদু উরগা মাদুগীদমক মচেম রাণী ধারিণীদা ঈশৈ-নোংমাই অমসুং অভিনয় (শাথেক-খুৎথেক্ল-চিংবগা) তমহনবিয়ু হায়দুনা কোনুংদা থাখরে। রাণী ধারিণীনসু মালবিকাগী জগোয় নুংগোই ঈশৈ নোংমাইদ নারাইজবদু উরগা পেল্লদুনা মহাকপু জগোয় ঈশৈগী ওঝা অহৈব (ওইবা) গণদাসদা তমহল্লগা মপুংফানা হৈজননবা শিনবিরে। কৌশিকনা মালবিকাবু উরগা খংন-খংনমক করিগুম্ব অচৌব মরম অমদগী মহাক্কী পরিচয় (অওইবসি) কনামদা কাথোকখিদে।

নোংম ধারিণী মহারাণীনা মহাক্কী চিত্র অমা য়েকহনখি। মদুদা মহাক্কী মনাইনুবী অম, ওইবা মালবিকাবুসু য়েকহনখি। চিত্রদু মচু-মমেন (রঙ্গ) থারে, করি মতানো চিত্রশালাদা (লাইয়েকশংদা) ফম্লগা ধারিণী রাণীনা চিত্রদু য়েংদুনা লৈরমই।

তুংলোমদা ইরেন চংশিল্লক্কুনা বাজা ( অগ্নিমিত্র ) না মফমহুদা লেপ্লহুনা লৈখি। চিত্রহুদা মশক-মচু খংদ্রিবী নিংথিবী নুপী মচাদ্ উবগা নিথৌনা খঞ্জব রাথন উৎস্থকভাব না মহাক্কী মন্নিদা পাউহংবা হৌবকই। রার্ণীনা খংলদ্না পাউথুম পাখিদে। মফমদ্দা কুমারী বস্থলক্ষ্মীস্থ লৈ, মহাক্ক অঙাং ওইরিবগী হৌনশা তথা তশোইনা হাযরকই ( খুম্লকই ) মসিগী মমিং মালবিকা কৌই। নিংথেনা হরাও ত্যাম পুক্নিং লুপ্ল হব দুদগী নিংথৌনা ( খল্লিবা ) পুক্নিগী রাফমদ্ অনুমাননা খংলদ্না মহাব পাগী পুক্নিংদা অ্যুকপা পোকখি, অদুগা মালবিকাবু নিংথৌনা উ.রাইদব মফমদা লৈহংবস্থ শিনখি। চিত্রদা মাল-বিকাবু উযগা নিংথৌনা মহাক্কী নিংথিজবা ( রূপমাধুরী ) দুদা পুমশুম শুমহৎখ্রে। অদুগা মহাক্কী বিদূষক্কী মফমদা মহাক্কী পুক্নিগী ফিবমদ্ ফোংদোকখি। অদুগা মালবিকাবু উনব ফংনবা অদুগা মহাক্কা লোইনহল্লগা লে ইননা লৈমিন্নব (সঙ্গ ওইনব, গীদমক উপায তৌননবা য়াথং পীখবে। বিদূষকনা থৌদোক্কুগী মবিদা নাট্যাচায্য জগোয ওঝা। গণদাস অমস্থং হরদত্ত অনিদা হিন্নাই শাদ্না নত্তব রাফম তমশিন্দুনা যেংথিনহল্লগা মতাংদুগী লংলা ংজিন পুথোকখি। মখোইনা নিংথৌনা হঙ্গৎখি—অনিদুগী মফুংদা অসিনা হৈশিংবা হেল্লি হাযনা নিংথোনা লেপ্লিননবগী রাফম। হিবমসিদা নিংথৌনা কৌশিকাবু মধ্যস্থ ওইহনখি। কৌশিকীনস্থ মহারাজদা মধ্যস্থ ওইহনবিনবা হঙ্গৎখি। বরি অংধাব করম কবস্থ ) দা খল্লগা অ হনব খনগদগে হাযবসিগী মতাংদা কৌশিকীনা লেপখি মাদুদি আচায্য অনিনা মাগী মাগী সেবকশিংবু ইচম চম্ব কিজোন্দা হালিক অভিনয় উৎপিগদবনি হাযব রাফমসি হায়খি। মহাক্কী সে ক্লা মকোক ওইবদুনা অহেনবা ওঝানি

লৌগনি। আচার্য্য ( ওঝা ) অনিমক মহুদা য়ানরে। বিদূষকী অহানবা উপায় মহৈ য়াল্লে। উনদনবা ৱাফমসি করম তৌন নমখসিগে হায়বগী মরিদা ধারিণী রাণীনা কয়া যত্ন তৌখি। তৌইগুম্বস্সুং পুম্নমক তিল্লখরে। মহারাণী ধারিণী নিংব কাইরে। রঙ্গশালা শেমশাবা লোইখরে, উৎপ শোইদনা ওইরগনি। ( শোইদন উৎলরনি। ( প্রথম অঙ্ক লোইরে ) ।।॥।

## দ্বিতীয় অঙ্ক ( অনিশুবা তাঙ্কক )

চহি অহন ওইরবা গণদাসবু অহানবদ উৎননব মতম পীখরে। নিংথৌ, ধারিণী, কৌশিকী, বিদূষক অমস্যুং পরিজন ( অচৌঅশাং মিনাইমিশন ) পুম্ব ওম্ম তিল্লে। নিংথৌদি মালবিকাবু উনিংবনা পুক্নিং লৈচং লৈত্তাদ্রে। পর্দা ( য়ুখন ) হেক হায়দোকপদা মালবিকা ইচম চম্বা ফিজোল্না মাংথান চংশিল্লকই ( থুংলরে )। মহাক্কী নিংথিজব মতৌনা নিংথৌবু চঙক্লহনখরে। অসি ফাওবদা নিথৌন খল্লকই। মহুদি—চিত্রদ লৈরিব মালবিকাহু ( অয়েকপ মালবিকাহু ) য়েকলিব মীশক্কুনা হৈশিংহুনা ফজবনি তশেংব মালবিকাদি ভুক ফজরমলোই। তৌইগুম্বস্সুং তশেংব মালবিকাবু উক্করগা নিথৌনা ৱাখন্দা লেপখি মহুদি - মালবিকাসিগী নিংখিব মওং মতৌসি লাইয়েকপহুনা মপুংমরৈ ফানা য়েকপ ঙমখিদ্রেদনা, মসিদি অয়েকপদগীদি হেন্দোকনা ফজেনা ; জগোই হৌগংলকলে। শর্ম্মিষ্ঠান পুথোকলঙ্গ চতুষ্পাদ সঙ্গীত পদ মরিগী ঈশৈ ) দা ভাব উত্তুনা মালবিকানা নিংথৌ ( অগ্নিমিত্র দা আত্মনিবেদন তৌজখরে। নিংথৌ মত্তন শুমজিল্লবগুম লৈখরে, জগোই লোইরে। অনিশুবা ওঝা (হরদত্তগী) জগোই ঈশৈ মতুংদা অমুক উৎপিরো, হৌজিক্কি চাবংথকপ

মতম যৌরে ( তোক্লসি পোথারসি ) হায়দ্না হরদম্ভবু তোক-হনখরে। মী অপুম্ব ( সভা পুম্ব ) চান থক্লবগীদমক হৌগং-হৌগত্তুনা চংনখরে। নিংথৌনা বিদূষকশা হায়—মরুপ তশেংনমক মসিদি ওস্থোক্ল ফজখরেদা। বিধাতান ফজব পোংশক শেম্বদা চংগদব মচাকশিংহু পুলপ্ল মসিদ খোমজিনখরমালে। মহাক্ল ঐহাক্ল লোইনব ( তোংনব যাব উপায়হু নহাক খিন্দনা পাংখোকউ। নিংথৌগী বিরহবেদনা ( কাইনচৈথে ) হুমিং খুদিং হেনগংলকলে। মহাক মতম পুম্বদ মহাক্ল লোইননবগী মবিদা চিন্না পোংলুম পুখবে। বিদূষক নিথৌগী যাথং মতুং ইন্না নিথৌগী মওংহু বকুলাবলিদা থংহনখবে। মহাক মাল-বিকাগী সখীনি, মনুংহুজিন্ন চান্নবীনি। ( অনিশুব অঙ্ক (তাঙ্কক) লোইরে ) ॥*॥

## তৃতীয় অঙ্ক ( অহুমশুব তাঙ্কক )

অগ্নিমিত্রগী সনাকোন্নংগী বা মদা ইবেম্মশিংনা নুংঙাইন শান্ননবা বন অম শেমহুনা লৈ মমিং প্রমদবন কৌই। মহুদা ধারিণী মহারাণীনা হোংনজন্তুনা মনাদ্মক সনা মচু মাল্লব মমিংনা তপনীযাশোক কৌব অশোক পাম্বী অমা হৌরি। মহাক্ মপান শাংননবা মথোং কারকপা মুপীমচানা নূপুর শিরব মথোংনা কাউরমই। ধারিণী মথোঙ্ নারমই। মরমসিদগী মতাক্লা ( রাণীনা ) মালবিকাদা রাকমসি পন্দুনা থৌওংদগী-দমক থারমত থেদারমই )। অতিং মঙানিগী মতুংদা অশোক পাম্বীসিন মপানশাংপ থোক্লবদি নংন নিংজবদ্ থুংহনবিগনি। মালবিকা মহাক্লী মতা বকুলাবলিকাগ লোইননা প্রমদবনদ থুংলরে। বকুল বলিকানা মালবিকাগী মথোং অনিদা রং তৌবিবগা নূপুর শিজিনবিরে, অশোক পাম্বাগী দোহদ মপুং

ফাখরে। মতমসিদা শুম শুম কোইরকপনা নিংথৌ মফমহুদা থুংলরে। নিংথৌনা মফমহুদ থুংলব্রিগৈগী মাংদা বকুলাবলিক না নিংথৌগী মপুক্লিংগী রাফম মালবিকাদা পনখরে। নিংথৌ মশামকুম্ব মগী অনুরাগহু ফোংদোকখরে। মহাক্না বকুলাবলি-কাগা রারী শানরমই। মতুদগী নিংথৌনা মহাক্কী পুক্লিংগী ফিরেপ খংখরে। মখোয়না ইফোং ফোংবা রাহৈনা প্রেমভিক্ষা পিনরমই নিংথৌনা মালবিকা অমসুং বকুলাবলিকা অনিগী রারী শানরিঙৈ তাঙ্গা সিংক্তা অতোপ্পা থবক অমগী-দমক নিংথৌবু থিদুনা লাকপনা রাণী অতোনবী ইরাবতী মফমদুদা লকখি (থুংখি)। মহাক লাকপদা প্রণয়গী রারীদু থুপচিনখি। অদুগ থিন্দনা নিংথৌনা মহাকপু থিরকলিবী ইরাবতীদা হায়খি—দেবি! ঐহাক নহাকপু থিব মফমসিদ লাক্লমলিবনি। অদুগা থিন্দনা নহাকপু ঙাইদুন লৈরম্লিবনি। তৌইগুম্বসুং নংনদি ইলাক মলাক্রুবদুদা মফমসিদা মখোয়গা রারী রাতাই শাদুনা পুক্লিং ফারম্লিবনি। নিংথৌগী রাফম-শিংদু ইরাবতীদা করিমতা মমি তারমদে। মহাক শাওবন লুতোন কাখিহুনা নিংথৌবু করিস্থ ওইদনা মফমহুদগী চংখরে। চত্রিঙৈদা বকুলাবলিকাদসু নাকোং শাবা রাহৈ তাহল্লমই। ইরাবতীনা রাফমসি তরাই তরাইনা তোক্লিংলমদে। মহাক্না ধারিণী রাণীসু ইরাবতীগী মরাহৈ ঙাকপীহননবগীদমক অকনবা খৌশিল তৌহুনা মালবিকা অমসুং বকুলাবলিকা অনিবু কৈশুম-শংদ থম্বগী রারক (দণ্ড) পীরমই। মখোয় অনিবু ঙাক-শেন্ননবগীদমক ধারিণীনা মশানা থাজজব মনাইনুবী (মাধবি-কাবু) শংহল্লমই। মহাক্না য়াথং পীখি—মদুদি ধারিণীগী মুহর উংপা, নত্তনা বন্দী অনিহু থাদোকলোইদবনি। তৃতীয় অঙ্ক লোইরে ।।।

## চতুর্থ অঙ্ক ( মরিশুবা তাঙ্কক )

মালবিকা অমস্তুং বকুলাবলিকা অনিনা কৈশুমশংদা লৈখি বদগী নিংথৌ অমুক্তোই রাথখবে। মহাক্কী অরাব অদুগা প্রার্থনাদগী পরব্রহ্ম ওইদুনা বিদূষক্কা উপায় অম থল্লে অদুগা মাদুগী মতুংইন্না নিংথৌবু ধারিণী দেবীগী নাক্তা মহাক্কী ঈ-পাও লৌননবা থাখ্রে। অসোমদা বিদূষকনা লৌনম পরেং অমা শানরে। মহাক্কী মশামক্কী মথুক্তা লীননা চীকপা শাদুনা কেতকী তিংখংনা খেগাইরে। অদুগ লৌনমদুনা লীননা চীকপগী রাকব ( লীন্ন চীকলে চাকলে হায়না ) লাউদুনা মীপুম খুদিং চিন্তা কৌহলে। মহাক্কা অসি শন্দোকলি, মদুদি—মহাবাণী উনবদা কচ্ছননবগীদমক ঐহাক লৈ হেকলুগে চংচবনি, অদুবু কালসপ' ( কালন ওইব লীননা ) চীকথোকখরে। বাণী অমুক-তোইন চিন্তা তৌখ'ব—ঐগী ইরমদ ওইনা ব্রাহ্মণসি লীন্ন চীকপসিনা শিখিব থোক্লবদি ব্রহ্মহত্যাগী পাউথোক্লবদু ইংকোক থক্কা তাববনি। বিদূষকগী হুগী লাইনাদু মস্তুংশিন্না অনা লোইব শাববা মীওই অমা নিংথৌ বাণী অমস্তুং কৌশিকী অসিনচিব মীথাম তিল্লব দববারদা থুংলবে। বিদূষকনা হু হেনগংলকপগী মওং অসি উংলরে পুম্নমক চিন্তা তৌনখরে। নিংথৌনা বিদূষক্কী হুগী লাইযেংনবগীদমক মহাক্কী মাইব ধ্রুব-সিদ্ধিদা আজ্ঞা পীখরে, বিদূষক ধ্রুবসিদ্ধিগী নাক্ত চংখরে। ধ্রুবসিদ্ধিন মাগী হুগী লইয়েংদা 'নাগমুদ্রা' অমা চংগনি হায়রে। খ্বাইগী খোংদা মীশক অমনা ব্রাহ্মণ হিংব-শিবগী রা হংখি। কনা কনাগুম্নমতা করিমত্ত থন্নব নংখিদে। ধারিণী রাণীগী নাগমুদ্রা যেকপ খুদোপ লৈ, বাণীনা খুদোপ্তু খুদক-তুমক্তদা জয়সেনদা পীরে। খুদোপ্তু হেক উবমক্তা বিদূষক্কী শাজিন্নব হু হেনগংপদু কোকখরে। মহাক্কা খুদোপ্তু উল্লুনা

মালবিকা অমস্তুং বকুলাবলিকাবু কৈশুমশংদগী নাম্থোকহনখরে। মফমদুদা শংলিব মীশক্কুদা রাকমসিস্তু পনখি। মাদুদি—দৈব খংব মীওইবশিংন নিংথৌগী কুণ্ডলী য়েংলগা ফাওখি মহুদি—গ্রহশিং লৈকম ফজে. মরমসিন মসি শান্তি ওইননবা বন্দী পুম্ব লোইন থাদোকপিখো। রাণীনা তশেংন ইরাবতীগী মপুক ফাননবগী দমক মনাইমশন থাহনা নিংথৌন থাদোক্লিবনি, থৌ· দোকসিদা রাণীনা মথুং খিঞ্জিল্লক্কুননবা হায়হনা। মতুংদা সঙ্কেত তৌনবগী মতুংইন্না নিংথৌ বিদূষক মালবিকা অমস্তুং বকুলাবলিকা পূম্নমক সমুদ্রগৃহদা উনরে। নিংথৌ অমস্তুং মালবিকা অনিমক মশেন মশেন (মহৈ মহৈ) পুক্লিং মকা লাম্না উনরে। মালবিকানা রাণীবু কীজদুনা মহাক্কা উনরিবদুগী অপনবা ওইবা রাকম হঙ্গৎচদুনা নিংথৌদা আত্মনিবেদন তৌজখি। বিদূষক অমস্তুং বকুলাবলিকা নাকওইননা লোক্তুনা থুপ্পুনা) লৈখরে। অসিগুম্ব প্রণয়লীলাসি চৎথরে, মাদুদি মফমদুদা ইরাবতী থুংলরে। মহাক্ক লোইননা মনাইনুবী নিপুনিকাস্তু য়াওরকই। সমুদ্রগৃহগী থোংদা ফম্ন ফম্ন বিদূষক মং মংঙমই। মাদুদি মালবিকা নিংথৌগী চান্নবী ওইরে। ইরাবতীদা লৈব নিংথৌগী প্রেমহু জয় তোরে অসিনচিংবনা। নিপুনিকাদা হৈনদব ওইনা থোকখি। মহাক্কা মফমহুদ তারম্বা খোইত্রংনবা চৈতুপ অমা থাঙ্গৎতুনা বিদূষক্কা মথক্কা য়ৈরে (ফুরে) অহৃদগী অমুক হন্না বিদূষকলীনগা অকীব ফংখরে! নিংথৌ বিদূষক্কী অকীব খোল্লাওহনা মপান থোকখরে। মুংশিং-বগী মখা পোঞ্জরবী মালবিকাস্তু মহাক্কী তুং ওইনা লেপ্লমই, বকুলাবলিকাস্তু মফমহুদা লাকখি। ইরাবতীনা দৃশ্যসি উরগা তফিংনা হৌগংলহনা অমমম ওইনা মীপুম খুদিংদা অখিব রাহৈ তাহনখি। নিংথৌনা কয়া থেমজিনখি রাকম কবিমত্ত লৈতে

মতুদি—কৈশুমশংদগী লানথোকচবতুদা তৌবিমন কোংদোকচনিং- ঙুনা মফমসিদা ঐগী ইনাক্তা লাকচবনি হায়না। বকুলাবলি- কাগী মথক্তা ইরাবতীনা য়াম্না শাওরমই মরমদি ইরাবতীনা খল্লমই, থোক্লিব থোদোকসিগী মরম বকুলাবলিকানি। বকুলা- বলিকানা খুমথি নি থৌফাওতবু চি লিবসিদবু ঐগী করি ইরান লৈ। পুম্নমক তোনতাদনা য়ুম্বীগুম ) লেপ্লথি, ইরাবতী অয়োবীদা শাওখি। নিংথৌনা মাগী মপুক ফাথব হোংনথি, তৌইগুম্বস্নং মহাক্লা করিগী শাওরিবা। মহাক্লা ( ইরাবতীনা ) মনাইনুবীদা হায়খি, চৎলগা রাফমসি রাণীদা হঙ্গৎলু। মহাক মিচং শঙ্গন নাইরে হায়না ঐনা থাজরে, মাতুদি মহাক্লা খংন খংন মখোইশিংসি লোইননবা মহাকনা শিল্লিমাল্লে। ঈ-পাও- সিদগী পুম্নমক চিন্তাদা লুপখরে মরমদি—ধারিণীনা মসি ফংলগা শাওরবদি থবকসি য়েখাই থিনগাই লৈরনি। মতমসিদা সনা কোনুংদগী মীনাইনুবী অমা চেল্লক্লগা মফমতুদা লাক্নুনা পাউ তমখি। পিঙ্গল কোব য়োংদনা কুমারী বসুলক্ষ্মীদু মিপাই থবাই কিহল্লে। মহাক স্বরমক থবেং থবেংনা হোনখরে। মহারাণীনা তম্পাক্তা পনদুনা ফাথহোরি। তৌইগুম্বসুং মহাক হৌজিক জ্ঞান তাহৌদ্রি। নিংথৌনা তারগা হায়— চৎলো ঐহাকনা জ্ঞান তাহনগনি। অশোমদা পাউসি শন্দোকখরে মদুদি—তপনিয়াশোকসি মপান শংখরে। মালবিকাসু রাফম- সিদা অশা থরা তৌহনথি। বকুলাবলিকাসু হায়খি—দেবীদি হায়খিব রাফম হোংবিদবীনি, মহাকনা ইবুঙো ( রাজা ) গী নি বদু শোইদন থুংহনবিরক্কনি। ( মরিশুবা অঙ্ক লোইরে ) ॥*॥

## পঞ্চম অঙ্ক ( মঙাশুবা তাঙ্কক )

নিংথৌ অগ্নিমিত্রগী মফমদা বিদর্ভদগী পাউ খংহল্লকই। মদুদি— সৈনিকশিংনা যজ্ঞসেনবু মাইথিব পীরগা মাধবসেন

কৈশুমশংদগী লৌথোক্লগা লৈবাক তংখাই অমা মাগী শরুক ওইহনখরে ( লৈবাক তংখাই অমগী নিংথৌ থুভম থিন্দোকখরে ) । বন্দাশিং অমসুং চারশিংনা মহারাজদা স্তুতি তৌজরি । নিংথৌ অমসুং বিদূষক অনিমক তপনীয়াশোকগী লৈশাক্তম্বা হেনগংলকপহু মিংয়েং তাননবগীদমক প্রমদবনদ চংখরে । ধারিণী রাণীনা মালবিকাবু শেমশাবদ হৈশিংলবী কৌশিকীগী মতেংনা লুহোংবগী মতিকচারব ফিজেৎ লৈতেংনা ( পোৎলোই শনপোৎন ) নিংথিন লৈতেংবিরগা মহাকপু পণ্ডিত কৌশিকী অমসুং মনাইমশনগা লোইননা পুররুগা প্রমদবনদা লৈরিবা নিংথৌবু উনখি । বিদূষকনা অসুমনা শেম শারকপসি উরগা নিংথৌদ হঙ্গংলি মহারাজগী সনা পুক্লিংদা মনাইহু হৌজিক মপুং ফারগনি । মতমসিদা অগ্নিমিত্রগী মপাবু পুষ্পমিত্র নুমিৎ কয়ানিমুক্তু অশ্বমেধ যজ্ঞগী দীক্ষা ফংতুনা লৈ ( অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌহুনা লৈ ) দূত থাহনা পত্র অম পুরকহল্লমই । পত্রহুদা য়াফমসি খংহল্লকই মহুদি—কুমারবসুমিত্রনা থারিব যজ্ঞগী শগোলদু ভাকশেনবদা য়ামনা থৌনাফবা উংলি । সমুদ্রমপান্দ শুম শুম চংখিবদ যবনগী তেঙ্গৈ য়া শগোলহু কোইশিনখরে । তৌইগুম্বসুং সুমিত্রনা লিরুং পাইদুনা পুমনমক্তু তানখাইরগা শগোল মুল্লক্তুনা য়ৈখাইথিনগাই অকাই অতোই লৈতনা যজ্ঞদু লোইশিনখরে । নহাক হৌজিক পরিবার লোইননা যজ্ঞসিদ য়াওরুরাও ।” মচানা মমাই পাকলে হায়ব পাউসি তাবদা রাণী হায়নিংভাই লৈতনা হরাওখরে । মসিগী য়াফমসি মতমদুদা কোন্নুং মনুংদা খংহনখরে । অদুগা অতোপ্প রাণীশিংনসু পাউমী মিনাইশিংদুদা মনা-মখিন পীখি । মতুংদা ধারিণী রাণীনা নিংথৌদা হঙ্গংখি । আর্য্যপুত্রনা নুংঙাইব সনায়াথং তাহনবিসে, অদুনা মনা-মখিন খর্নসি য়াবিগনি লৌবিগনি ) । মতমসিদা মাধব-

সেননা অথেনপোং ওইনা থারকপী থুংশাহৈবী মুপীমচা অনি-থক থুংলখি। মুপীমচা অনিত্থনা মালবিকাবু উরগা অঙকপা ফোংদোকখি। অত্থগা পন্দনা মখোইনিগী মচীন্দগী খোঙ্খোকসি ওইখি (থোকখি, মত্থদি—"মসিদি রাজকুমারীনি।" মুপীমচা অনিত্থ উরগা হান্নবা খংনখিব ওইবন। মালবিকা মমিত্ত মপী শিন্থখি। মুপীমচা অনিদু মশক ওন্থোক্লবী ওইদুনম্ব মখোন্দগী কৌশিকীবু খংখি। মসিদা ইঙক ঙক্তুনা নিংথৌনা খংনিংবদু ফোংদোকখি। সনায়াগং মতু' ইন্না মুপীমচা খরনা অমম্বুং ইরোই লে'ইবদা কৌশিকীনা মালবিকাগী মরিমখোং লিখি; মহাক্না লাকপদগী হৌদুনা থোদোকপুস্ব চৌখদনা তাহনখি। মাদুদগী মালবিকাসি রাজকুমারী নিংথৌ মজাইবেস্ম) নি হায়বসি প্রমাণ তৌখি। পুমনমক অমুক্তোইনা নুংঙাইনৈ। তৌইগুম্বম্বুং মালবিকা চিন্তা তৌখি। মাদুদি—করিগুম্ব মসি থোক্লমদ্রবদি নিংথৌনা ঐহাকপু তরাম তরাম তৌরগা ইবুংঙোগী নাক্না থিল্লমগনি। অসে মদা ধারিণী রাণীনা কৌশিকীদা হংই। অসুক কুইবা মতমসি নহাক্না মালবিকাগী পরিচয় পীদদুনা ঐহাক্না মহাকপু হন্থনা খনব ওইনা থে কহনখি মদুদি চুমবরা? রাফমসি খ'ন খংন থুপচখিবনি। দেবি! তাবিয়ু মালবিকাগী মপাবুং হিংলিঙৈদা তীর্থ যাত্রা অমদা লাকপা সিদ্ধপুরুষ অমনা ফাওখি। মাদুদি—"মালবিকা চহি অম চুপ্পা মীনাইনুবী ওইরগা মহাক্না চানব নিপাগা লুহোংলক্কনি।" মফমসিদা দেবীদা আশ্রয় তৌজদুনা লৈব উরে, ইরারাদনা মতম শুরে। মরমসিনা ঐহাক্না য়ৈশিল্লবনি। তৌইগুম্বসুং মতমদুদা ঐহাক্না রাফমসি ফোং-দোক্লুদুনা মফমসিদগী মহাক্না অতোপ্পদা ফংলম্ব তারবদি অফব ওইরম্লোই। অসিগী তুংদা ধারিণী রাণীনা ইরাবতী মন্না মপাও লৌরগা কৌশিকীদা হংলগা নিংথৌদ হঙ্গংখি।

আর্য্যপুত্রনা মথক্তা পঞ্জখিব সনা ( খুদোন পোং ) অদ্দা মালবিকাবু লৌবিয়ুনে। নিংথৌন হায়—দেবীনা মসিদা নহাক্ক মাননা দেবী হায়ব রাহৈসি পীনবরা অদ্গা লাউথোক্লবা অদ্ ওইরবদি ঐহাক ( নংগী ) দেবীগী আজ্ঞসি য়ারে। ( পঞ্চম অঙ্ক—মঙাশুব তাঙ্কক লোইরে ) ॥*॥

# মালবিকাগ্নিমিত্রম্

'মালবিকাগ্নিমিত্রম্' কালিদাসনা লেংব লাইরিকশিংগী মনুংদা অমনি। মসি ক্ললক কাব্যদা নাটকনি। সংস্কৃত নাটক লক্ষণগী মচাক তরানিথোইনি, মসিমক্তা নাটককী লক্ষণ অস্তুম মওইরে।

"নাটকং খ্যাতবৃত্তং স্যাৎ পঞ্চসন্ধিসমন্বিতম্।
বিলাসর্দ্ধ্যাদিগুণবদ্ যুক্তং নানাবিভূতিভিঃ॥
সুখদুঃখসমুদ্ভূতি নানারস নিরন্তরম্।
পঞ্চাদিকা দশপরাস্তত্রাঙ্কাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ॥
প্রখ্যাতবংশো রাজর্ষি ধীরোদাত্তঃ প্রতাপবান্।
দিব্যোঽথ দিব্যাদিব্যো বা গুণবান্ নায়কোমতঃ॥
এক এব ভবেদঙ্গী শৃঙ্গারো বীর এব বা।
অঙ্গমন্যে রসাঃ সর্ব্বে কার্য্যং নির্বহণেঽদ্ভুতম্॥
চত্বারঃ পঞ্চবা মুখ্যাঃ কার্য্যব্যাপৃতপুরুষাঃ।
গোপুচ্ছাগ্রসমাগ্রন্তু বন্ধনং তস্য কীর্ত্তিতম্॥" সাঃ দঃ ৬/৬

১। নাটক রামায়ণনচিংব মহাকাব্যদা থেংনবা রারী রাতাইগী ওইগদবনি ( খ্যাতবৃত্তং )।

২। মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ বিমর্ষ অমসুং উপসংহৃতি ( নির্বহণ ) সন্ধি মঙাসি য়াওগনি ( পঞ্চসন্ধিসমন্বিতং )।

৩। বিলাস অমসুং ঋদ্ধিনচিংব সন্ধিগী অঙ্গশিং লোইনগনি ( বিলাসর্দ্ধ্যাদিগুণবৎ )।

৪। নায়ককী উদ্দেশ ওইব কার্য্যদা মতিক মগুণ লৈব মীওইনা সাহায্য পীগনি ( নানাবিভুতিভির্য ক্তম্ )।

৫। অরা-নুংঙাই থেংনবগ লোইননা শৃঙ্গারনচিংব রস কয়া নক্তন য়াওগনি ( সুখদুঃখসমুদ্ভুতির্ণানারসনিরন্তরম্ )।

৬। নাটকতা মঙানা হৌবা তরানা লোইব অঙ্কশিং লৈগনি ( নাটকতা য়ামত্রংদা অঙ্ক মঙা'দগী তাদং, য়াম্নবদা অঙ্ক তরাদগী হেনদব। ( পঞ্চাদিকা দশপরাস্তত্রাঙ্কাঃ পবিকীর্ত্তিতাঃ )।

৭। অফাওব মৈচংবা শাগৈদ পে কপা, ঋষিশি দ চেনগদব গুণ চেনব, মতিক মগুণ চাওবা ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌ (লৈঙাক-পনা) নায়ক ওইগনি। মহাক ধীরো'দাত্ত ওইগনি। "ধীরো-দাত্ত" অসি উপলক্ষণ ( মশামক থ হল্লগা অতো'প্পবুস থংহনবফি )। নায়কসি দিব্য ( লাই ) শ্রীকৃষ্ণনচিংবা দিব্যাদিব্য ( লাই ওই-রবসু মীগুম্বা রামচন্দ্রনচিংবা অমসুং অদিব্য ( মীচম ওইগনি। প্রখ্যাতবংশো রাজর্ষি ধীরোদাত্তঃ প্রতাপবান্। দিব্যোঽথ দিব্যাদিব্যো বা গুণবান্ নায়কোমতঃ )।

৮। নাটকতা শৃঙ্গাররস ওইরবসু নত্রগা বীর ওইরবসু মপুং ওইব রস অমখক্তম ওইগদবনি। মহাক্তু অঙ্গ ময়াম লোইনগনি ( একএব ভবেদঙ্গী শৃঙ্গারো বীর এববা )।

৯। অতৈ রসশিং অঙ্গ ওইগনি ( অঙ্গমন্যে রসাঃ সর্ব্বে )।

১০। উপসংহার ( নির্বহণ ) সন্ধিদা অদ্ভুত থোদোক ওইগনি ( কার্য্যং নির্বহণেঽদ্ভুতম্ )।

১১। নায়ককী থবক তেংবাংবা মকুওইবা নিপা মরি নত্রগা মঙা লৈগনি ( চত্বার পঞ্চ বা মুখ্যা কার্য্যব্যাপৃতপুরুষাঃ )।

১২। নাটককী মরেং মণ মমৈ চামরগুম্না ( অঙ্ক অতেন অশাং ) নাইন লেঙ্গনি ( গোপুচ্ছাগ্রসমাগ্রন্তু বন্ধনং তস্য কীর্ত্তিতম্ )।

## মালবিকাগ্নিমিত্রে ( লক্ষো ) লমণসমন্বয়ঃ ।

( মালবিকাগ্নিমিত্র নাটকসিদা নাটককী লক্ষণ চাশিন্নবা ) মসিদা শরুক খরগীদং উৎলি ।

১। নাটকসিগী ৱারী খ্বাইন খংনরব ৱারীনি (খ্যাতবৃত্তনি)। ( লক্ষণগী মচাক খুদিংমকী ওইনা সমন্বয় তৌরোই, মরুওইব-শিংদ মতৌগনি, তৌদবশিংদু উৱে। )

২। সন্ধি মঙাগী মনুংদা নির্বহণ সন্ধিতং উৎলি।

৩। নায়ক ( অগ্নিমিত্র ) গী শৃঙ্গারগী থবক্তা সাহায্য ওইরিব মীওই কয়া কয়া নাটকসিদা অতুম মউই।

৪। অৱা নুংঙাই থেংনবগ লোইননা শৃঙ্গারনচিংব রস কয়া নাটকসিদ তত্তন থেংনৈ।

৫। নাটক অসি অঙ্ক মঙানা শাবনি।

৬। বিম্বশাগৈগী সেনাপতি পুষ্পমিত্রগী মচা অগ্নিমিত্র নাটকসিগী নায়কনি। মহাক ৱাজর্ষি অমসুং ধার্ম্মিকনি, অদিব্য ( মীচমনি ), ধীরললিত নায়কনি।

৭। নাটকসিদা মপুঙওইবা রস শৃঙ্গারনি।

৮। নাটকসিদা অতোপ অতোপ্পা অঙ্গরসশিংসু মথেংনৈ।

৯। উপসংহার ( নির্বহণ ) সন্ধিদা অঙকপা থোদোক মালবিকাবু নিংথৌ মচানুপীনি খংবা অমসুং অগ্নিমিত্র মহারাজদা মালবিকা দান তৌবা অসিগী মনুংদা অঙকপা থোদোক কয়া কয়া উই। অসিপুম্ব নাটকসিগী ৫শুব অঙ্কদা ময়েকলানা উই।

১০। নায়ক অগ্নিমিত্র মহারাজগী শৃঙ্গারগী থবক্তা তেং বা বা মরুওইব নিপা মঙানি, আমাত্য ( বাহক ), বিদূষক (গৌতম), কঞ্চুকী ( মৌদ্গল্য ) অমসুং নাট্যাচার্য্য অনি (গণদাস, হরদত্ত )।

১১। নাটকসিদা ষণ মমৈ চামরঙুম অঙ্ক অতেন-অশাং

ইয়ান য়াম্লৈ। ১। ৩। ৪শুব অঙ্কশিং শাংই ; ২ অমসুং ৫শুব অঙ্কনা তেল্লি। অঙ্কগী রাক্সম ( লক্ষণ ) পন্দ্রে।

নাটক রচনাগী এম মতুংইন্না পূর্ব্বরঙ্গনচিংব উৎলি।

"তত্র পূর্ব্বং পূর্ব্বরঙ্গঃ সভাপূজা ততঃ পরম্। কথনং কবিস জ্ঞাদের্নাটকস্যাপ্যথামুখম্।" সা, দ, ৬/৯

১। পূর্ব্বরঙ্গ কৌবা মঙ্গলাচরণ। ২। সভাপূজা (স্তুতিবাদ)। ৩। কবিগী মমিংনচিংব তাকপা। ৪। নাটককী মমিং তাকপা। ৫। আমুখ ( প্রস্তাবনা )।

মঙ্গলাচরণ ( পূর্ব্বরঙ্গ )—"যন্নাট্যবস্তুন পূর্ব্বং রঙ্গবিঘ্নোপশান্তয়ে। কুশীলবাঃ প্রকুর্ব্বন্তি পূর্ব্বরঙ্গঃ স উচ্যতে।"

সা, দ, ৬/১০

মাহুদি —"একৈশ্বর্য্যে স্থিতোঽপি প্রণতবাঞ্ছফলে যঃ স্বয়ং কৃত্তি বাসাঃ ........ ।"

শ্লোক অসিনা অহানবদা আশীর্বাদগী মশক ওইবা নান্দী ( মঙ্গলাচরণ তৌরি। মতু'দা পারিপার্শ্বিক ( অথন্নব নট অমা ) কৌথোক্লগা সূত্রধারনা হায়রকই।

সূত্রধারগী মশক - "নাটকীয় কথা সূত্রং প্রথমং যেন সূচ্যতে রঙ্গভূমিং সমাক্রম্য সূত্রধারঃ স উচ্যতে।"

নাটকসিদা সূত্রধারনা হেদোক্লিবা রাক্সমদি— "অভিহিতোঽস্মি বিদ্বৎপরিষদা" কালিদাস গ্রথিতবস্তু মালবিকাগ্নিমিত্রং নাম নাটকমস্মিন্ বসন্তোৎসবে প্রযোক্তব্যমিতি। "তদারভ্যতাং সঙ্গীতকম্।"

পারিপার্শ্বিক। মহাকবি কালিদাসনা লেংবা মালবিকাগ্নিমিত্রং কৌবা নাটকতু বসন্তগী হরাও কুম্মৈ মতমসিদা শান্নৌ ( অভিনয় তৌনা উৎলু ) হায়না অথং অহৈ সভানা এরোন্দা তাকপীরি। অহুনা ঈশৈ নোংমাই হেগৎলো' হায়রবা—

মতুংদা সূত্রধারনা—"পুরাণমিত্যেব ন সাধুসর্ব্বং নচাপি কাব্যং নবমিত্যবদ্যম্। সন্তঃ পরীক্ষ্যান্যতরদ্ভজন্তে মূঢ়ঃ পরপ্রত্যয়নেয়বুদ্ধিঃ ॥ ২ ॥

"কাব্য পুম্ব অরীব ওইবঙাক্ল ফগদব নত্তে, অনৌবনি হায়না মাথোক্লব চুমদে, অথং অহৈ কাংবুনা অফ ফত্ত য়েংলগা অম হেক্তা মরোই, অপংবদি মীগী বুদ্ধিনা মবুদ্ধিহ্ন হোইবনি।" অসিনা কবি প্রশংসা তৌই। অস্মম তৌনা মথং মথং ওইনা—

'শিরসা প্রথমগৃহীতামাজ্ঞামিচ্ছামি পরিষদ কর্ত্তুম্। দেব্যা ইব ধারিণ্যাঃ সেবাদক্ষঃ পরিজনোহয়ম্' ॥ ৩ ॥

হান্নমা ইকোক থোংনা লৌজগ্রবা পরিষকী আজ্ঞা পাংথোকচগনি। সেবাদা হৈশিংলব ধারিণী রাণীগী মনাইগুম্না। অসি ফাওবনা সূত্রধার (স্থাপক না সংস্কৃতনা মপুং ওইব ভারতীবৃত্তিদ আশ্রয় তৌহ্ননা শ্লোকনা সভাপূজা তৌবা "মালবিকাগ্নিমিত্রম্" অসিনা নাটককী মমিং তাকপা, "কালিদাসগ্রথিতবস্তু" অসিনা পোৎশকসি কালিদাস কবিগীনি হায়না কবিগী মমিং পনবা "অস্মিন্ বসন্তোৎসবে" অসিনা ঋতু বসন্তনি তাকপা প্রবর্ত্তক কৌব নাটককী প্রস্তাবনা তৌরি।

স্থাপক হায়বদি— পূর্ব্বরঙ্গং বিধায়ৈব সূত্রধারো নিবর্ত্ততে। প্রবিশ্য স্থাপকস্তদ্বৎ কাব্যমস্থাপয়েত্ততঃ। সা দ ৬/১২

ঋতু তাকপদি—রঙ্গং প্রসাদ্য মধুরৈঃ শ্লোকৈঃ কাব্যার্থসূচকৈঃ। রূপকস্য কবেরাখ্যাং গোত্রাদ্যাপি স কীর্ত্তয়েৎ। ঋতুঞ্চ কঞ্চিৎ প্রায়েণ ভারতীং বৃত্তিমাশ্রিতঃ। সাঃ দঃ ৬। ১৩

প্রবর্ত্তক হায়বদি— কালং প্রবৃত্তমাশ্রিত্য সূত্রধৃগ্ যত্র বর্ণয়েৎ। তদাশ্রয়শ্চ পাত্রস্য প্রবেশস্তৎ প্রবর্ত্তকম্॥ সাঃ দঃ ৬।২১

পাত্র পরিচয় তৌদ্রে। নাটকসিদা উংলিব বিষয়শিং—

নাটকসিদা রস শৃঙ্গারনি, হায়বদি রতিন স্থায়িভাব ওইব রসচু শৃঙ্গারনি, মসিনা মপাংনি, অতৈদি মশা ওাক্কি বিপ্রলম্ভ অমসুং সম্ভোগ শৃঙ্গার মখল অনিমক উৎলি।

বিপ্রলম্ভ হায়বদি – যত্রতু রতিঃ প্রকৃষ্টা নাভীষ্টমুপৈতি বিপ্রলম্ভোহসৌ ॥ সা: দঃ ৩। ১৯০

শৃঙ্গারচুদা নায়ক-নাযিকা অনিগী রতি (অনুরাগ) চু অমুক্তোইন হেল্লবা তৌইগুম্বসু অপাম্বদি ইথুং-থুংনদব রতিচু "বিপ্রলম্ভ" কৌই। বিপ্রলম্ভসিনা সম্ভোগকী মচু থোগংলি। মচুদি— ন বিনা বিপ্রলম্ভো সম্ভোগঃ পুষ্টিমশ্নুতে। কষাযিতে হি বস্ত্রাদৌ ভূযান্ রাগোবিবর্দ্ধতে ॥ উজ্জ্বলঃ ॥

সম্ভোগ হায়বদি—দর্শন স্পর্শনাদীনি নিষেবেতে বিলাসিনৌ। যত্রানুরক্তাবন্যোন্য সম্ভোগোহয়মুদাহৃতঃ ॥ সা দ ৩/২১২

মহৈ মহৈ অনুরাগ লৈনবচুনা ভোগসুখ পাম্নবব নাযিকা-নায়ক অনিচুনা রতিচু মকালাম্নকপদা উনবা শোক্লবনচিংব অনুভব লৌমিন্নবচু সম্ভোগ শৃঙ্গার কৌই। সম্ভোগ অমত্তনি, অদুবু চম্বন অমসুং আলিঙ্গননচিংবা অনুভাব ময়াম ওইবনা মশীং থীওম-দন য়ামই।

মাচুদম্ম মহাকবিনা বিপ্রলম্ভশৃঙ্গারবু মপুঙ্ ওইনা উৎলি। সম্ভোগতি অদুক মপুঙ্ ফানা উত্তে বিপ্রলম্ভশৃঙ্গারদা—১। পূর্ব্বরাগ, ২। মান, ৩। প্রবাস অমসুং ৪। করুণবিপ্রলম্ভ (প্রেমবৈচিত্ত্য মখল মরিমক্কী বিপ্রলম্ভশিং থেংনৈ।

পূর্ব্বরাগ হাযবদি—শ্রবণদর্শনাদ্বাপি মিথঃ সংরূঢরাগয়োঃ। দশাবিশেষো যোহপ্রাপ্তৌ পূর্ব্বরাগঃ স উচ্যতে ॥ সা: দ: ৩/১৯১

দূতনচিংবগী মচৌন্দগী তাক্লবদগী ওইরবস্ম চিত্রপটদা নক্সগা তংশংনা উক্লবদগী ওইরবসু মহৈ মহৈ অনুরাগ হেনগংলক্লবা নাযিকা-নায়ক অনিগী ইকং ফংনদবদা ওইবিবা দশা থুদোং) অদু পূর্ব্বরাগ কৌই।

পূর্ব্বরাগদা—১। চিত্রদর্শন, ২। সাক্ষাদ্দর্শন, ৩। দূতীগী মচীন্নগী তাব ( দূতীমুখশ্রবণ , মখল অহুমগী পূর্ব্বরাগ নাটক সিদা উংলি।

সম্ভোগ শৃঙ্গারদা—(অ) সংক্ষিপ্ত (পূর্ব্বরাগগী মথুদ ওইব) সম্ভোগ অসিমতং করিনা উংলি। আ) সংকীর্ণ—( মানগী মতুংদা ওইবা ) সম্ভোগ। (ই) সমৃদ্ধিমান ( প্রবাসগী মতুংদা ওইবা ) সম্ভোগ। ঈ) সম্পান্ন ( করুণপ্রেমবৈচিত্ত্যগী মতুংদা ওইবা ) সম্ভোগ। আ, ই অমসুং ঈ অহুমসিদি মক্ষমসিদা উন্ত্রে।

## বিভাব

লোকত ওইবিব নায়কনচিংবদ লৈরিব রতি-হাসনচিংবত্থু মকালামহল্লিব নাযিকানচিংবত্থু কাব্যনাট্যদা নিবেশ তৌরগা বিভাব কৌই। অমনা নায়িকানচিংবদ লৈবগী মফমদা নায়কনা চিংবত্থু ওইগনি।

"রত্যাদ্যুদ্বোধকা লোকে বিভা বা কাব্যনাট্যযোঃ।" সাঃদ. ৩/৩২

বিভাব মখল অনি শুই, মত্থুদি—আলম্বন অমসুং উদ্দীপন নি। অনিমকসি নাটকসিদা উংলি। নায়কনচিংবশিদা আশ্রয় তৌরগা রস মকালামথোরকপদগী নায়কনচিংবনা আলম্বন-বিভাবনি।

"আলম্বনং নায়কাদি স্তমালম্ব্য রসোদযাৎ॥" সাঃ দঃ ৩/৩৪

(ক) নায়ক—অগ্নিমিত্র, (খ) নায়িকা—মালবিকা অমসুং (গ) প্রতি-নায়িকা— ধারিণী, ইরাবতী মখোইসি আলম্বন বিভাবনি।

থুম্ন, হুনগংলক্লব বসন্ত য়োকখংলিবশিংত্থু উদ্দীপন বিভাবনি। মখোইত্থুদি আলম্বন ওইরিব নায়ক-নায়িকাগী চেষ্টা নচিংব,

ফিজেং লৈতেং ফাওবা, মফম, মতম, থা, চন্দন, কোকিল মখোন অমসুং খোইমুন ও বনচিংবা।

"উদ্দীপন বিভাবাস্তে রসমুদ্দীপয়ন্তি যে। আলম্বনস্য চেষ্টাদ্যা দেশকালাদয়স্তথা॥" সা: দ: ৩/১৩৮/১৩৯

নায়ক—"ত্যাগী কৃতী কুলীন সুশ্রীক রূপযৌবনোৎসাহী। দক্ষোঽনুরক্ত লোকস্তেজো বৈদগ্ধ্যশীলবান নেতা॥ সা: দ: ৩/৩১

পাটলীপুত্রগী নিংথৌরেন বিশ্বশাগেগী সেনাপতি পুষ্প-মিত্রনা পোকপা অগ্নিমিত্র মহারাজ নাটকসিগী নায়কনি, মহাক বিদিশা লৈবাক্তা পাল্লমই। মহাক পীনাহৈব থবক-থনাদ হৈ-শিংব, মৈচাব শাগৈদ পোকপা, বুদ্ধি-লৌশিং চাওবা, মশক মশৌ ফজবা, অতোপ্পা মীওইনা তাথি-তাওইনব খাঙনদব, শা বেপ ফারব, থবক-থনাদ যাংশনবা মীযোক মচান ফব, খ গন-ফাগনব অমসুং লীচং-শাজং চুম্বা নায়কতা লৈব হৌনব গুণ চেল্লি।

নায়ক ধীবললিত—"নিশ্চিন্তো মৃদুরনিশং কলাপরো ধীরললিতঃ স্যাৎ।" সা: দ: ৩/৩৭

মন্ত্রীনচিংবদা ভারতপুম্ব শিন্নথোক্নগা নিংথৌইদন লৈথোকপা, মহৌশা ইমৈংদ মেংব অমসুং মতমপুম্বদ চগোয ইশৈনচিংব কযাদ পুক্লিং লুপ্পা নায়কতু ধীরললিত নায়ক নি।

১। নিশ্চিন্ত ধীরললিত নিংথৌইদব ধীরললিত—নাটকসিগী অহানব অঙ্ক বিশ্রবিষ্কম্ভক—(ততঃ প্রবিশ্যৈকান্তস্থিতপরিজনো মাত্রনালেখাঽনুসন্ধানপরো মন্ত্রো রাজা) "মতুংদা নিংথৌ লেঙ-শিল্লকই, লোন-থমকনশিংনা নাকল অমদ লৈ মথুঙ পত্র পাইদুনা মপ্পনা তু ওইরগ লেপই।" অসিদগী হৌরগা "সৌযা সচিবং বিমুক্তত॥ ৭॥" অসফ ওবনা মন্ত্রীন পত্র পাব লোইরব তুংদা, বিদভ নিংথৌন পামালবরু করিনো হংলগা,

অমুক হয়া পত্রগী মবোল তারব তুংদা ....রাজা ( সরোষং ) কথং ক য্য ... দণ্ডচক্র মজ্ঞাপয়।" অসি ফাওবনা বিদর্ভ নিংথৌ মক্কফন মাংননব সেনাপতি বীরসেনলুচিংব সন্যশিংদ আজ্ঞা পীখো। পৃঃ ২১ প ৯—পৃঃ ২৪ পং ৩ অসি ফাওবনা য়াথং পীথোক্লগা নিঙাইদন লৈথোকই। অতুগা অছুমশুব অঙ্কদা ইরাবতীনা মনাই বাক্তদা খুদোনপোক কংহল্লতুনা দোল তোংনবগী হঙ্গলকপ মতাংদা নিথৌনা বিদূষককা লোইননা প্রমদবন যৌবব ফাওবদা মাতুদা করিমত্ত নাচ দব রাফম কয়া কয়া উংলি।

২ মৃদুধীরললিত (মহেশান ইমেংদমেংবা) অহানবা অঙ্কদ বকুলাবলিকা অমস্তু কৌমুদিক. অনিগী রাহং পাওথুম মংদা লোংমা মহারাণী ধারিণীনা মনাই-মশনগা লোইনা শিল্পশালা ( লাইয়েক-শংদা লেংশিন্দুনা মচু মমেন থরিবা অযেক-পাশদ, য়েংলিঙেদা মহারাজ লেংশিল্লকুনা মহারাণীগী অসনগা মান্নরা ( নকুন। থাবিবা আসন্দা লেংশিন্দুনা অয়েকপশিদ মিংয়েং তবদা মহারাণীগী নাক্তা য়েক্লিবী মালবিকাবু উংবগা রাজা—"অপূর্ব্বেয়ং দাবিকা দেব্যা আসন্না সা লিখিতা কিয়ামধ্যেযেতি।" ( পা. ২ প ৮ ) অসিনা মালবিকাগী মমিং হংনদা মহারাণীনা খুমখিদে, অমুকস্তু হংই থমখিদে, লৈবিবা পুবরাণীগী মমই য়েতুনা কনানত্ত খুমখিদে। মতাংসিদা নিংথৌনা ঐগুম্বন হংনদবু খুংদে হায়দুনা শাওব য়রবনি ( বাণীবু তথি তথি তৌব য়ারবনি ) অদুবু মৃদুস্বভাব ওইবনা করিমত্ত শাওখিদে। অতুগা নিংথৌনা থংনিংলিবত্তস্তু অচাং ওইরিবী মজাইবেস্মা চমূলক্ষ্মীনা ইচম চমনা 'মালবিকা' কৌই থুমক্তুনা অদুম মথংখি। অদুগা অনিশুবা অঙ্কদা বিদূষকনা 'অথবা পণ্ডিতসত্তান পচ্চআগং মূঢা জাদী—অর্থদি অথঙ্ অহৈশিংনা ফরে হায়বদুনা ঐখোযগীস্তু অফবা ওইগনি।' অসিন

হৌরগ মনা পীগদবগীদমক মহারাজগী খুজী হুক্তোকপ মতাংদা মগাবাণীনা টিষ্ঠদাব (তিষ্ঠ তাবং) গুণান্তরং জানস্তো কি নিমিত্তং অাক্করণম্ দেসি। (পৃ ৭২, পং ৩—৭৩ পং ২) অসিনা খামখি। থৈদোকসিদা নিথৌনা পুক্লিং হুমলিবগ হায়করবদি তাকপিবকপ য়াব রাফম করা কযা লৈবনি অদুবু রাণী মরাহৈদ, কবিমক্তা য়ৈথংখিদে। অসিনসু অাগ্নিমিত্র মহারাজ মদু স্বভাব ওইবা নায়কনি তাকই।

৩। অনিশং কলাপবধীরললিত (মতম পুম্বদা জগোই ইশৈনচিংব কলাদ পুক্লিং লুপ্পা)। অগ্নিমিত্র মহারাজ জগোই ইশৈনচিংব কলাবিদ্যাদা মপুক্লিং চংব নিথৌ অমা ওইবনা জগোই তম্ফম শ লৌংদুনা থুবা অহ অাহৈব থম্লগা নুংিং খুদিং নুপীমচাশি জগোই ইশৈ তমর্কল্লি, নিংথৌনা কলাবিদ্যদা কযামরম পাম্বগে হায়বদা মীতোপ (নুপীমচংশিং) তমহনবদ নত্তনা মহাক্না রাণী অনিশুবী (য়াইমা) ইনাবশী ফাওববু জগোই ইশিনচিংব তমহল্লি। বাফমসি অহানণ অঙ্কদা— "বকুলাবলিক ন। গুরু 'গণদাস' না মালবিক সিবু জগোই ইশৈদা নারাইবী হম্ব যাগদবাব। হাযনা মহারাণীগী যাথং ওইনা হংবদা গণদাসনা মালবিকা ফাগনবা কাউগন্দবা নুপীমচানি, মাগী মপান্না ঐহাক ফাওব হৈনগদৌরি।" হ যব পাউখুনসি তারব তুদা বকুলাবলিকা আত্মাত অদিকমপ্তী কিম ইরংবদিং পেকু যামি অর্গদি— মহাক্না ইরাবতীবু হৈনবদি মহেনতার বোইরে। পৃ ১৭, প ৮) অসি॥ ইরাবতী জগোই ঈশৈ তম্বিনী তাকই। অসিদ নত্তনা নিংথৌনা পামজব ওইবনা অতেপ্প মফমদগী অতোপ্প মীশক্না কলাবিদ্যা হৈবা নুপীমচাশিং খুদোন ওইনা পীরকখি। বাফমসি মত্তাওবা অঙ্কদা— মাগী মথা পোনগ্রবা বিদর্ভ নিংথৌ যজ্ঞসেননা কলাবিদ্যাদা হৈশিংবা

মুপী মচা মদনিকা, জ্যোৎস্নিকা ) অনিখক খু দানপোৎ ওইনা থারকপগী রাফম মন্ত্রীনা হঙ্গৎলকপ ওইনা কঞ্চুকীগী রাফম অমনা পল্লি কঞ্চুক'•বিজয়তাং দেব। অ মাত্য্যা বিজ্ঞা পয়তি বিদর্ভ বিষয়োপায়নে দ্বে শিল্পকাবিকে মার্গপরিশ্রমাদলঘু শরীরে ইতি পূর্ব্বং ন প্রবেশিতে সম্প্রতি দেবোপস্থানযোগ্যে সংবৃত্তে তদজ্ঞাং দেবো দাতুমর্হতীতি। কঞ্চুকী মহারাজগী জয়। মহারাজ। (পৃ ২১০ সঃ ৩) অসিনম্মু অগ্নিমিত্র মহারাজ কলাপ্রিয়নি ত্তাকই।

৪। অনুকূল ধীরললিত ( নাযিকাগী মফমদা ফোবোইনব ধীরললিত )। নায়ক অগ্নিমিত্র মহারাজসি ন যিকা মালবিকাগী মফমদা অনুকূল ধীবললিত নাযকনি। রাফমসি নাটকসিগী অহানব অঙ্কদগী হৌরুনা মঙাশুব ( অবোইবা ) অঙ্ক লোইব ফাওবদা খেংনরিবা অসিগী থেংদোক খ দিংদা নিংথৌনা মাল বিকাগী মফমদা গাঢ অনুরাগ লৈবগী থোংদোক ঙাক্ত ওইব রাফমসি কবিনা উৎলি। অদুনা অগ্নিমিত্র মহারাজ মালবিকাগী মফমদা অনুকূল ধীবললিত নায়কনি।

## নায়িকা

নাযিকা ( Heroine ) "অথ নায়িকা ত্রিবিধা স্বান্যা সাধারণী স্ত্রীতি। নায়কসামান্য গুণৈর্ভবতি যথাসম্ভবৈ র্যুক্তা॥" সা দঃ ৩/৬৮ স্বস্ত্রী ( স্বকীয়া , অনাস্ত্রী ( পবকীয়া )—"পরকীয়া দ্বিধা প্রোক্তা পরোঢা কন্যকা তথা।" অমসুং স ধারণী অসুম্না নাযকাগী মখল অহুম শুই। অহুমসিগী মনুংদা স্বস্ত্রী (স্বকীয়া) অসিমতং নাটকসিদা উৎলি। অতোপ্পা অনিথুগী রাফম পন্দ্রে অহুগা স্বকীয়া নায়কাসি মুগ্ধা, মধ্যা অমসুং প্রগলভা হায়না অমুক অহুমথোক্না খাইদোকই।

নায়িকা মালবিকা ; প্রতিনায়িকা—ধারিণী অমসুং ইরাবতী অছুম্মক স্বকীয়ানি।

নায়িকা—( মালবিকা ) কুলীনা ( মৈচ ব শাগৈদা পোকপী ) বিদর্ভ লৈবাক্কী মাধবসেনগী মচমুপী নিংথৌগী মচানুপীনি অতুনা কৌলীন ওইবী হায়বদি মৈচংব শাগৈদা পোকপীনি। ৱাফমসি নাটকসিগী অহানব অঙ্কদা নাট্যগুরু গণদাসনা মালবিকাগী পবিচয় ( হৌরক-শাংলকফম ) হ বদা বকুলাবলিকানা থুম্নকপ তাবগা গণদাস ( আত্মগতম্ আকৃতিবিশেষপ্রত্যয়াদেবামন্যান বস্তুকীং ষংভাবয়ামি—গণদাস ( মান্নবা ) মসি........( পৃঃ ১৯, পং ২/৮'১৫ ) অসিনা, অহুগা মঙশুবা অঙ্কদা বিদভ নিংথৌনা অগ্নিমিত্র মহাবাজদা খুদোল ওইনা থাবকপী কলাবিদ্যাদা হৈ-শিবী মদনিকা অমসুং জ্যোৎস্নিকা অনিনা বিদিশা য়ৌরক্লবদা মহারাণী য়াওনা খ্বাইতিনবা নিংথৌগী সভাদা মালবিকাবু উবগা "উভে ( মালবিকাং দৃষ্ট্বা অহো ভর্তৃদাবিকা। জয়তু জয়তু ভর্তৃদারিকা। ইতি প্রণম্য তয়া সহ বাস্পং বিসৃজতঃ। হায়মাঃ বাজকুমাবা.....( পৃঃ ২১২,৮/৭৯ ৯ ) মালবিকাবু থুরুম্নগা কপ-মিন্নখি।" অসিনা হৌড়ুনা মাগী হৌবক-শাংলকফম পরিব্রা-জিকানা মখা তানা লিথখি। মসিনস্তু মালবিকা মৈচংবা শাগৈনি নিংথৌ মচ নুপীনি তাকই। অতুনা মালবিকা মৈচংব শাগৈদা পোকপীনি। ৱাফমসি নাইরিকসিগী মঙাশুব অঙ্কদা ( প্রবিশ্য ) কঞ্চুকী—পৃ. ২১০,২/৭৮,৮ তগা হৌরগা পৃঃ ১২০,৬/৮২,১১ মাস ফাওবদা কবিসিনা নয়েকলানা চংলি।

মালবিকা শক ৮ হেনবী মতৌলবা, নাটকসিগী অনিশুবা অঙ্কদা জগোই শাগদবগী চংলকলবা মালবিকাবু উরগা "রাজা ( আত্মগতং ) অহো সর্ব্বস্থানানবদ্যতা রূপবিশেষস্যাঃ তথাহি—দীর্ঘাঙ্গং শবদিন্দু কান্তি বদনং বাহু লতাবংসয়োঃ......." ৩ শ্লোক

পৃঃ ৫৯, পঃ ৩—নিংথৌনা মথন্তা ওস্থোক্লস্থ ফজেদা শকফমসে করিগুম্বমতা হেক মাথোকনিঙাই লৈতেদা। মন্নদি— শাংতক তৌন ছুইথরকপা……৩ পৃঃ ২১, পঃ ২২ ) অসিনা মালবিকা শক চু হেনবী মতৌলৈবীনি তাকই।

মালবিকা মথোংকোরকপী—মথক্কা পনথ্রিবা অনিশুব অঙ্কগী ৩শুবা শ্লোকসিমক্কা মথোংকোবকপী শারেপ তাল্লকপীনি তাকই।

মালবিকা খ্বাইনা চানবীনি। মতাংসিমক্তদা মাগী জগোই য়েংলিব চৈশে তাবিব মী খুদিংমক্কা মাগী থোওং কুম্মে মতাহ্নুনা ইপেন পোন্নহুনা মাব, ইচান্দ মচাল্লি।

মালবিকা খংগন-ফাগনবী (অভিজ্ঞাবতী) নাটকসিগী অহানব অঙ্কদা বকুলাবলিকানা মহারাণীনা হংজবকপা ওইনা গুরুদা মালবিক'সিব, গুরুন তাকপি-তাকপিবন্থ নারাইব ঙমজ-রিবরা হংবদা "গণদাস— ভদ্রে। বিজ্ঞাপ্যতাং দেবী পরমনিপুনা মেধাবতী চেতি কিংবহুনা যদ্‌যং প্রয়োগবিষয়ে"—ইবেম্ম মহা-রাণীদ হঙ্গংলু·· ···পৃঃ ২৭,৪/৫,২২ অসিনা অভিজ্ঞতা লৈবী খংগন-ফাগনবী তাকপী-তিকপীবদা নারাইবী শুপীনচ'নি তাকই।

মালবিকা লীচং-শাজং ফজবী লমহেন্দবী (শালবতী) রাফমসি নাটকসিগী অহানব অঙ্কদা কৌমুদিকা বকুলাবলিকা অসিগী রাহং পাউবিনব মতাংদা লাইয়েকশংদা নিথোনা মাবু উরবা হাক্তকুগী মহারাণী ধারিণীনা শিন্দুনা "বকুলা কিমন্যং। সাম্প্রতং মালবিকা সবিশেষং ভর্ত্তু বদর্শনপথাদ্রক্ষ্যতে।" পৃ ১৩,৮ বকুলা—করি তৌনি হৌজিক মালবিকা····· ৪,১৯। অসিনা, অতুগা ৪শুব অঙ্কদা বিদূষকনা নিংথোদ তম্ব মতাং অ,দা "বিদূষক— কথং ভবিষ্যতি যৎ সারভাগু·· " পৃঃ ২৪২,৩/ ২৪৩,৫/৫৩,১০/৫৩,১৯ অসিদা মালবিকাব, মতাগ লোইননা য়োংহিং চন্নুলা প,তালদ থমগুম্মি। থৌদোকসিমর্কসিদা মালবিকা

করিমত্ত হে হায় তোংদন মযাথং ভাকক্ম থোকপ অতুম মঙাকখি। অসিনস্থ ম ল বিকা শীলবতী (লমহেনতুহেন্দবীনি) অতুম মত্তাকই। মালবিকা শৃঙ্গারগী আলম্বন (বিভাব) ওইবিবী মুখ্যনায়িকা মালবিকা (স্বকীয়া) নি। মালবিকানা ওইরিব স্বীয়া (স্বকীয়া) গী মওং— মালবিকা কন্যানি. অতুনা পরকীযা নায়িকানি, অতুম ওইনমক কবিন উংলিবা মালবিকান এইরিবী অগ্নিমিত্রগী স্বীয়া (স্বকীয়া) সি রুক্মিনীনা শ্রীকৃষ্ণদা কন্যা ওইবিংডদগী হৌতুনা অনুরাগ লৈজবকপনা অকাইব ওইব যাব থোদোক কযা থোকখ্র বস্তু মমৈথংদ শ্রীকৃষ্ণদ বিবাহ লাংতুনা রুক্মিনী শ্রীরষ্ণী স্বস্ত্রী (স্বকীয়া) প্রিয়া ওই। অতুগুম্না মালবিকা অগ্নিমিত্রদা ৪শুবা অঙ্কদা 'দুর্লভঃ প্রিয়োগে অস্মিন ভব হৃদয়নিবাশমহো অপাঙ্গোমে পরিস্ফুরতি কিমিবাথঃ। এষ স চিবদৃষ্ট কথং পুনরুপেক্ষিতব্যো। নাথ মাং পরাধীনাং ত্বয়ি পবিগনয় সতৃষ্ণাম্।' (শ্লোক ৪) অসিনচিংদুনা অনুবাগ লৈজরকপনা তুংদা থোদোক কয়াগী মতুংদা অগ্নিমিত্রদা বিবাহ লাংই অদুনা মালবিকা অগ্নিমিত্রগী স্বস্ত্রী (স্বকীযা) ওইবা নায়িকানি। রাক্ষসি নাটকসিগী অঙ্ক অনিদগী মরি ২—৪) ফাওবগী মনু দা উংলিব থোদোক-শি সিদা অদুম মত্তাকচৈ। অদুম কৌনা মালবিকা অগ্নিমিত্রদা অনুরাগ লৈজরকপনা নি থোনস্থ মচেন্দ অনুরাগ লৈবনা মমৈ-থংদা ধারিনী মহারানীনা মাবু পাইদুনা পুংশল্লগা অগ্নিমিত্র মহারাজদা লে শিনবিরো হায়না শিন্নে, বাক্ষসি নাটকসগী মপাশব অঙ্কদা (মালবিকামবগুণ্ঠনবতী কৃত্বা) আর্যপুত্র! ইদানীমিমা প্রতীচ্ছতু পৃ ১৭৮,৮—মালবিকাব, মযাই থুপীবগা আযপুত্র। মসিবু লৌশিনবিরো পৃঃ ৮৮,৮ অসিন কংখি— অদগা নিংথৌনস্থ তুচ্ছাসনাং প্রবৃত্তা এব বয়ম্ (অপবাযা) হস্ত প্রতিগৃহীতা। পৃঃ ২৩৫,৮০ (দেবী ঐ নয়াথংগী মথাপোল্লে

( লংনরগা ) ওস্থোকপনি ! লৌবদ মতাশ্রবা, লৌরে (পৃঃ ৮৮,৯ অসিনা অগ্নিমিত্রনা লৌখি। মতুংদা মনাই মশন পুম্বনা মাল বিকাবু "রানাগী জয়" হায়না লাউখি। অদুনা মালবিকা অগ্নি- মিত্রগী স্বস্ত্রী (স্বকায়া নি।

মালবিকা মুগ্ধা নায়িকানি। "মুগ্ধা—প্রথমাবতীর্ণ যৌবন মদনবিকারা রতৌ বামা। কথিতা মৃদুশ্চ মানে সমধিকলজ্জাবতী মুগ্ধা॥" সাঃ দঃ ৩,৭৩। অভিনব বিকশিতয়ৌবনামদ- বি া। মৃদুর্মানে। বার্ত্তায়ামপি স্ফুরতে, পরাঙ্মুখী সত্রা মুগ্ধা। অ - কো ৫.৩৪॥ মুগ্ধা (ঈরাংনচিংবগী থুমু হুংগংলক্লবা নায়িকা শিংহু মুগ্ধা কৌই)। মুগ্ধাদা ওইগদবা মওং—

১। শারেপত্তানবা হৌবকপী।

২। নৌহৌননা ঈবাংগী মওং ফোংলকপী।

৩। শাওরব ফাওবদ ইথোংত মথেংপী ইমেংন মমেংনী।

৪। ঈরাং থোরম , রতি গী মবিদ মওংদ পনবদত্ত মমাই লৈথোকপী।

৫। ইকাই শিংগোইনবন মকারোই ওজবী ইকাইখিজবী।

মালবিকা শারেপত্তানবী হৌরকপী শক্তইনা অ নদ - ন- খ্রিবা। উংলিবা, "দীর্ঘাক্ষং" অসিনক্লা মালবিকা শারেপ ত্তানব হৌরকপীনি হায়ব ঙদুম মতাকই।

মালবিকা নৌহৌননা ঈরাংগী মওং ফোংলকপী নাটকসিগী অনিশুব অঙ্কদা মালবিক (উপগানং কৃত্বা চতুষ্পদবস্তু গায়তি) দুর্লভ প্রিয়—দুর্লভ প্রিয়ে মে তস্মিন ভব হৃদয়···· ৪ শ্লোক ·······নুংশিদব উত্তমজদে হে থম্মোয় নহাক্লা ৪। শ্লোকসিনা মালবিকা নৌহৌননা ঈরাংগী মওং ফোংদেকপীনি তাকই।

শাওবব ফাওবদ ইথোংত মথোংপী, নাটকসিগী ৪শুব অঙ্কদা মালবিকা (সোপালম্ভক) সোপ ভাঅদি (সোনবিভাত

স ময়া ভট্টিনী দর্শনে দৃষ্টসামর্থো ভর্ত্তা ) তথি ২ হায়রুনা কিগনব ইবুংঙো। .. পৃঃ ১৭৪,৬/৮৫,৭। অসিনা শাওরুনা নিংথৌদা হায়বনি তু'দা নিথৌনা খেমজিল্লব ফা'ওবদা কবিস্ন তৌরমদনঃ থোকচখি কবিমক্ত পা থোকচব ছমজখিদে। অসিনা শাওরব ফাওবদা মালবিকা ইথোংক্ত থোংপীনি তাকই।

মালবিকা ঈরাং থৌরমগী মবিদা মমাই লৈথোকপী, মরিশুবা অঙ্কদা রাজা—দাক্ষিণ্যং নাম বিম্বোষ্ঠি! বৈম্বিকানাং কুলব্রতম্ ........১৪ শ্লোক—চীনবান ভয়ানমানবীও!........। অসিদগী হস্তং কম্পয়তে রুণদ্ধি রসনা ব্যাপারলোলাঙ্গুলী ১৫ শ্লোক— ঐনা নমরুনা কে'নগে । অসি ফাওবনা মালবিকা ঈরাং থৌরম ( রতি ) গী মবিদা মওংদা পনবমক্তদা মমাই লৈথোক-পীনি তাকই।

মালবিকা ইকাইশিঙ্গোইনবনা মতারোই ওইনী (ইকাইংিবা, অহুমশুব অঙ্কদা মালবিকা — অবিন্নাদহি ( অবিজ্ঞাত হৃদয়ং ভর্ত্তারমভিলষন্ত্যাত্মনোঽপি লাবজ্জে। ... পৃঃ ৯৫,৪ মহারাজগী পুক্লিংদি খঙদনা মঙোন্দা আশা তৌজরুদনা। ইশা ইথগা ইকাইজরি........পৃঃ ৩৫,১৫ অসিনা মালবিকা ইকাইথিবীনি তাকই।

নাটকসিদা মপুঙওইব রস শৃঙ্গার রস (ক) নি। কবি কবিগুম্ব রস অতৈন্মু ময়াওই। শৃঙ্গাররুদগী মহাকবিনা বিপ্রলম্ভ (খ)

---

(ক) শৃঙ্গার:—( রতিন স্থায়ীভাব ওইব রসতু শৃঙ্গারনি।

(খ) বিপ্রলম্ভঃ যত্রতু রতিপ্রকৃষ্টা নাভীষ্টমুপৈতি বিপ্রলম্ভোঽসৌ ॥ সা, দ, ৩,১৯

শৃঙ্গাররুদা নায়ক-নায়িকা অনিগী রতি অনুরাগ ) হু অমুক্তোইন হেন্নব তোংগুস্নং অ শাম্বদি ইথুং থু নদব অহবু বিপ্রলম্ভ কৌই। বিপ্রলম্ভসি সংভোগ হেনগৎনবগী কারণনি মাহুদি—ন বিনা বিপ্রলম্ভেন সংভোগঃ পুষ্টিমশ্নুতে। কষায়িতে হি বস্ত্রাদৌ ভুয়ান্ রাগো বিবর্দ্ধতে ॥ উজ্জলঃ।

শৃঙ্গারবু মপুং ওইন উংলি। সংভোগদি গা অতুক মপুংফান উত্তে। বিপ্রলম্ভদা পূর্ব্বরাগ ঘা মান প্রবাস অমসুং করুণ-বিপ্রলম্ভ (প্রেমবৈচিত্ত্য মবি অসিমক উই থেংনৈ।

১। পূর্ব্বরাগ (খ) বিপ্রলম্ভঃ (চিত্রদর্শন)

নায়ক অগ্নিমিত্র মহারাজনা মালবিকাবু লাইযেকশংদা মহারাণী ধারিণীগী নাক্তা নকুন যেক্তুনা লৈরম্বদুদ উখি মসি চিত্রদর্শন পূর্ব্বরাগনি। রাফমসি নাটকসিগী অহানবা অঙ্কদা বকুলিকা—(উপচারানন্তরং ...২১২ পঃ ২। পৃঃ ৪ পঃ ৬) অসিনা তাকলি। নাযিকা মালবিকাসু সমুদ্রগৃহদা অগ্নিমিত্রগী অযেকপ মূর্ত্তি উখি মসি চিত্রদর্শননি, রাফমসি নাটকসিগী ৪শুব অঙ্কদা মক্ষম কযাদা পাল্লি।

পূর্ব্বরাগ সাক্ষাদ্দর্শন (তশেংন উবা)

মালবিকানা জগোই ঈশৈগীদমক থোবকপদ মহাকপু মহা রাজনা তশেংন উখি মসি সাক্ষাদ্দর্শন পূর্ব্বরাগনি; রাফমসি নাটকসিগী ২শুব অঙ্কদা "রাজা আত্মগতম্) অহো সর্ব্বস্থানা নবদাওা" শ্লোক ৭, পৃঃ ৫৯, পঃ ৩/২১/২০ অদুগা মথাং

(গ সংভোগ:—দর্শন স্পর্শনাদীনি নিসেবেতে বিলাসিনৌ।
যত্রানুরক্তাবন্যোন্যং স ভোগোহয়মুদাহৃতঃ॥
সাঃ দঃ ৩,২১২

মহৈ মহৈ অনুরাগ লৈনরদুনা ভোগসুখ পাম্নরব নাযিকা নায়ক অনিদুনা অদুগ রতিহ ওইরবদা মহৈ মহৈ উনব শোক্রবনচিংববু অনুভব তৌমিন্নরববু সংভোগ শৃঙ্গার কৌই।

ঘ, পূর্ব্বরাগ:—শ্রবণাদ্দর্শনাদ্বাপি মিথঃ সংরূঢ়রাগয়োঃ।
দশাবিশেষো যোহপ্রাপ্তৌ পূর্ব্বরাগঃ স উচ্যতে॥
সাঃ দঃ ৩,১৯১

অমদা "বাজা (আত্মগতম্) উপান্তসারশ্চক্ষুষা মে স্ববিষয়ঃ" শ্লোক ০ পৃ: ৭৮,১/০৫,৯ অসিনা উহল্লি। অদুগা মালবিকান্তু নিংথৌনা চিনদা মহাকপু উরগা মহাক্কুবু অখন্না "কেয়ং দাবিকা" · অসিনা মহাক্কুগী মমি হংখিবসিনা মহাক্কুন্তু নিংথৌবু যেংব মশান তাবনি। মরমসিনা খুদক্তুদা মহারাণী ধারিণীনা অনিগী মওংদু উবনা ইকুইকুইদনা মাল নকা থৈদোক-শিবগী ব্রাকম অহানব অদা বালাবলিকানা— কিমন্যৎ পৃ: ৩/৭/৪,৯। অসিদ নক্তনা অনিশুব অদা বাগগ চননা ঈশৈ শকপ মতাংদা ঈশৈদমকা ৪ শ্লোকসিনা মমাংদা উ শ্রে হায়বসি পল্লি। মাসি সক্ষাদ্দর্শননি।

পূর্ববাগ— দূকীগী মচৌন্দগী ঈ-পাও তাবনদি বদগী ওইবা।

বাফমসি নায়ক-নায়িকা অনিমক্কা ওইনা দূনক অমসুং বকুল বলিকানচিংবগী মচৌন্দগী মাইহ নেইই ঈ পাও তনহনা ওইব ব্রাকম কযা কযা নাটকসিগী অনিশুব অমসুং অগনশুব অক্কদা মহাকবিন উহল্লি।

২। মান (ক) বিপ্রলম্ভঃ

(অনুরাগদি নৈরগা শাওবনু মান কৌই, মসি নুপীশি দদা নৈ) মখল অনি শুই। প্রণয়মান অমসুং ঈর্ষ্যামান।

(ক) মানঃ কোপঃ সন্তু দ্বধা প্রণয়েৰ্ষ্যাসমুদ্ভবঃ।
দ্বযোঃ প্রণয়মানঃ স্যাৎ প্রমোদে সুমহত্যপি ॥ সাঃদ: ৩,২০২-২০৩
প্রেম্নঃ কুটিলগামিত্বাৎ কোপো স কারণং বিনা ॥

অনুরাগদি নৈরগা শাওবনু মান কৌই। মান অনি শুই, (প্রেমদগী ওইব মান অমসুং ঈর্ষ্যা খনবনদব) গী ওইব মান, অমুক্তাইন পুক্কি মকা লায়রবদ ওইবিব মানদু প্রণয়মাননি মবম চাদন শাওবনি। মসি প্রেমগী খোংচৎ খোইবদগী ওইবনি।

নদীনাঞ্চ বধূনাঞ্চ ভুজগানাঞ্চ সর্ব্বদা।
প্রেম্নামপি গতির্বক্রা কারণং তত্র নেষ্যতে ॥
অলঙ্কার কৌঃ ৫ কিরণ।

প্রণয়মান ( অনুরাগ লৈন শাওবা )

অহানব অঙ্কদা চংলিব মনাক্ত নকুন ফমলিব নিংথৌনা চিত্রদা মালবিকাবু উরগ হংবদা মহারাণী ধারিণীনা ইচম চম্ম ফেক্ত খুম্ব য়াবনি অহুবু প্রেমগী হৌনশা ওইব থোইচংনবন ফাথিহনা খুমদবসিমক মহাবাণীগী প্রণয়মাননি অদুগা অঙ্কসিমক্তা জগোই ঈশৈগী চাংয়েং হৌরমদাইদা মপুক্লিং মাংবগী হৌনশা মবান কুপশিনব শাদুনা নিংথৌনা মহারাণীদা হায়খি—রাজা অলমন্যথা ...... শ্লোক ২০, পৃঃ ৫১,৮/১৯,১০ অদুম তৌন ২ নেপথ্যদা পুংখোল্লচী'ব থোরকপ তারদুনা অমুকস্থু নিংথৌনা দেবী ঐথোই নাট্যশালাদা চংলসি হৌরবদা মহারাণীনা দেবী ( স্বগতম্ ) অ'হা অবিনয় আর্য্যপুত্রস্য ॥ পৃঃ ৫৩,৩/১৯,২১ অসিনা দক্ষিণনাযক ও'ব নিপাসিনা ইমাংমক্ত অতোপ্পী নায়িকা অমবু য়েংনি'বন চৌংলি। অসি খন্দুনা রারৌখি মসিসু মহাবাণী ধারিণীগী প্রণয়মাননি। মহাবাণী ধারিণীদা ঈর্ষ্যামান লৈতে রাফমসি ৪শুব অঙ্কদা চেটী সাগরিকানা মহারাণীগী মরাইহে ওইনা ইবাবতীদা হঙ্গংপ মতাংদা চেটী ( প্রবিশ্য ) জয়তু জয়তু ভটিণী। দেবী ভণতি ...... পৃঃ ১৭৬,৭/৫৪,২০ অসিন তাকই।

ঈর্ষ্যামান ( খনংন্দুন শাওবা ) (খ

নায়কগী শঠ অমসুং ধৃষ্ট ধীরললিতগী মতাংদ পনত্রিব ইরাবতী মশামক্ত থেংনকহনা মেখলানা নিংথৌদ ফুব অমসুং মথোঙদ তুরব ফাওবদা ফেংলাওহনা ইরাবতী অদুম মথোকখি।

(খ) পত্যুরন্য প্রিযাসঙ্গে দৃষ্টেঽথানুমিতে শ্রুতে।
ঈর্ষ্যামানো ভবেৎ স্ত্রীণাং তত্রত্বনুমিতিস্ত্রিধা॥
উৎস্বপ্নায়িত-ভোগাঙ্ক গোত্রস্খলনসম্ভবা॥ সাঃ দঃ ৩,২৪৫
নায়কতুনা অতোপ্প প্রিয়াদা মপুক্লিং হুমখিবহ ( মমিংমক্ত )

## প্রবাস বিপ্রলম্ভঃ।

নায়িকা নাযক অনিগী নিংবদ থুংনববোইদব মফমদা লৈনগ্রববু—প্রবাস (ক) কৌই।

প্রবাসদ ওইগদব অনিগী মওং (খ)।

১। হুকচাং মোংত্তাই শুদাইনবা।

২। কুচু ওনবা।

৩। যাং কণ্ডথবা।

৪। ক ইনমৈশা লাংব অসিনচিংবা।

মতা সি তৃতীয অঙ্ক পৃঃ ৮৪—৮৮,২ শ্লোক যাওবমা নিংথিন উৎলি মসি মালবিকাগী প্রবাস বিপ্রলম্ভগী রাফমনি—মসিদা বচু ওনবা রাহুব ফাওবগী রাফম পল্লি অদুগ নিংথৌন মযাং কংথরে হাযজবগী রাফমসু পল্লি। অদুগ মবিশুব অঙ্কদা নিংথৌনা বিদূষকদা মালবিকাগী বাফম হ বদা। বিদূষকনা কমথি মদুদি ইরাবতী রাণীনা কমশিনবদগী শাউদ মহারাণীনা মালবিকাদ, বকুলাবলিকাগা লোইননা লৈন্নুং লমংগদ

উববদ', অনুমান কৌববদা নগ্রগা কনাগুম্বদগী কারবদা নুপীশিংনা শাওবিবদ, ঈর্য্যামান (খনবন্দুন শাওব) কৌই। অন্নমিশিদগী থংবসি অত্তমনি। মাদুদি—

১। উৎস্বপ্নাযিত—তুমলিংগদা নায়কন্তুনা মপুক্লিংন হুমলিবা নাযিকান্তু মমংদ পনবা চোইবোন্দ যাওবা।

২। ভোগাঙ্ক দশ নম্—নাযিকা অমদা লৈমিন্নরুবগী খুদম ফংবা।

৩। গোত্রস্খলনম্—মাগী মমিং কৌগদব মহুক্তা অমতুগী মমিং পনবা।

(ক) প্রবাস :—প্রবাসো ভিন্নদেশিত্বং কার্য্যাচ্ছাপাচ্চ সম্ভ্রমাৎ। ২,৭

(খ) অঙ্গেষ্বসৌষ্ঠবং তাপঃ পাণ্ডুতা কৃশতাহরুচি। সাঃ দঃ ৩,২০৮

থমজিনখ্রে। রাকমসি পৃঃ ১৩৯,৫০২/৫২৬—১৪৩,৩/৫৩,১৯। মসি প্রবাস বিপ্রলম্ভনি।

## করুণ বিপ্রলম্ভ

[ রস শাস্ত্রদা প্রেম বৈচিত্র্য হায়না খংনৈ ]

মহৈ মহৈ প্রেম লৈনবিবা নায়ক নায়িকা অনিগী ইনক হেক নক্কহুনমকপু প্রেম থুমহংখিহুনা শেংন খাইনবগী ভাবতা অরাব ফংলিবহু প্রেম বৈচিত্র্যনি।

যুনোরেকতরস্মিন্ গতবতি লোকান্তরং পুনর্লভ্যে।
বিমনায়তে যদেকস্ততো ভবেৎ করুণবিপ্রলম্ভাখ্যঃ॥

চিত্রদর্শনগী মতাংদা নায়ক অগ্নিমিত্র নায়িকা মালবিকা অনি শকউনবগী রাফম মথক্তা পূর্ব্বরাগদ পনখ্রে। অতুম্মা নিংথৌদা অনুরাগ লৈববী মালবিকানা ভগোই ঈশৈ মতাং অনিশুব অঙ্কদা ৪ শ্লোকসিমক মালবিকাগী প্রেম বৈচিত্র্যনি। নিংথৌগী প্রেম বৈচিত্র্যসি নাটকসিগী মতাং কয়াদা কবিনা উৎলি।

## সংভোগ শৃঙ্গার (ক)

[ নাযিকা নাযক অনিগী প্রত্যক্ষভোগ মহাও লৌহল্লিব বতি ভাবপু সংভোগ শৃঙ্গারনি। মসি মখন মরি শুই সংক্ষিপ্ত, সংকীর্ণ, সম্পন্ন অমস্তং সমৃদ্ধিমান। ]

## সংক্ষিপ্ত সংভোগ (খ)

নাটকসিদ সংক্ষিপ্ত সংভোগদং উব ফংই। রাকমসি নাটকসিগী মবি ৪শুব অঙ্কদা বিদূষক—তুবরদ্ ভবং ( তুরতাং ভবান ........পৃঃ ১৫৯, পঃ ০৩ )—মহারাজঃ—নিঙাইদবদি তৌবিবনু

---

(ক) দর্শন স্পর্শনাদীনি নিষেবতে বিলাসিনৌ।
যত্রানুরক্তাবন্যোন্যং সংভোগোহয়মুদাহৃতঃ॥ সাঃ দঃ

(খ) পূর্ব্বরাগগী তুংদ ওইব সংভোগহু সংক্ষিপ্ত সংভোগনি। মপুঙ ফাদব সংভোগ হায়বনি।

...... পৃ: ৬০, পঃ ৪। অসিদগী হৌবনা নাটকসিগী ৪ অঙ্ক শ্লোক ১৫।

হস্তং কম্পয়তে রুনদ্ধি রশনাব্যাপারলোলাঙ্গুলীঃ
স্বৌ হস্তৌ নয়তি স্তনাবরণশ্রমালিঙ্গ্যমানা বলাৎ।
পাতুং পক্ষ্মলনেত্রমুন্নময়তঃ সাচীকরোত্যাননং
ব্যাজেনাপ্যভিলাষ পূরণমুখং নিবর্ত্তয়ত্যেব মে ॥ ৪/১৫।

ঐনা মাবু নমদুনা কোনগে হোংনরকপদা
থংলি মখুং হাইদুনা, খ্বাঙলি কিশি খোক্লগে
হোংনরিব নীক্লবা খুংশাশিংবু মথিলি।
নমদুনা ঐনা কেল্লুরে মাইয়োক থাবু অনিবু
মখুংন কল্লা খুমজিল্লি। ফজব পান তিল্লব
মমিংন নীংথিজরব মমাইথোংদু ঐহাক্লা
থাঙ্গংলুবমক্তদা অমবোমদা লৈথোকখি।
তোশিন্নবু ওহরবগু অন্থমতোনা মহাক্লা
এগী আশা খুংবগী নুঙাইবাদ মপীরি॥ ৪/১৫।

মসি ফাওবনা মহাকবিনা সংকেতস্থান তাকপদগী হৌদুনা সংভোগ ফাওবগী রাফম পল্লি। মসি সংক্ষিপ্ত সংভোগনি। মানগী তুংদ ওইব সংকীর্ণ, প্রেম বৈচিত্র্যগী তুংদ ওইব সম্পন্ন, অমসুং প্রবাসগী তুংদ ওইব সমৃদ্ধিমান সংভোগগী রাফম নাটকসিদ ডদে।

